ꯆꯛꯄ ꯆꯥꯢꯔꯦꯜ ꯈꯨꯟꯊꯣꯛꯂꯣꯟ

# চক্পা চাইরেল্ খুন্থোক্লোন্



লাইশ্রম রোহেন (লানৃঙম্বা) খুমন





# চক্পা চাইরেল্ খুন্থোক্লোন্

লাইশ্রম রোহেন (লান্ঙবা) খুমন

# কচ্ছবা

ঐগী অচম্বা ৱাহৈ খরদং
চক্পা ইবুধৌশিংগী মফমদা
ৱাহৈগী খুদোল তমজরী
লৌবিয়ুকো লৎনদনা
ইবুধৌশিংগী কোলোয়
মীংলেন অথোইবা
মৈতৈ অছৈবশিংনা
শৈদম শৈশক্নরীদো
ইধৌশিংগী নগুনবু
ঐনা থাদুনা লোইরোইদো
য়াওশুরাক্পা থৌদেম চীং
খোংজাই ঙম্বা পুনম চীং
করি নোংদগী থোনখিবা
চক্পা চাইরেল্ করম্নবু
কোলোয় মীংথোনখিবা
পুক্চাও তাইবোং কোলোয়বা
চক্পা চাইরেল্ ইধৌশিং
চাইরেল্ মৈনো অকন্বা
নগুন্শিংবু শক্পিনবা লৈতবনা

তাইবং কাননসু শৈশক্পীদেদো
ৱারৌগনুকো ইধৌশিং
মতিক্ চাদবনা নশুশিং
ঙসি ফাওবা শৈশক্নদ্রিদো
ঐনা খঙজবা খরদং
ইধৌশিংগী মগুনবু শকচবা
মতিক্ চাদে খনবীগনুকো
হৈত-হৈত শৈশক্চবনি
মতিক্ চাদ্রবা নশুনা
পেনবীয়ুকো ইধৌশিং
অয়াং লৈমা পাম্ভোইবী
কোলোয় মীংলেন্না
তাইবং শাৎপী ইমাও !
ইমাগী কোলোয় মীংলেনবু
কংলৈচা কনা তারমখিরোইদা
হায়ঙমদেদো তাইবংচা কনানা
অইবা ওইনা পুথোক্তবনা
খঙবীদে নগুনবু ঐনা হৈজবা
খরদং শৈথাবা পেনবীয়ুকো ইমাও !!

ফোংঙবা :

**লাইশ্রম রোহেন (লানৃঙম্বা) খুমন**

চাইরেল খোংনাং লৈকাই।

অহানবা নম্বা, ১৭ ওক্টোবর, ২০০১

ফংফম থোকপা পুন্নমক অফোংবগীনি



কোপি মশিং ঃ ৫০০ (চামঙা)

মমল ঃ — লুপা ৫০/-

নম্ফম ঃ- *পুথিবা প্রেস (কম্পুটরাইজ)*

খুরাই লমলোং বজার, ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

ঁ ইবুধৌ পাখংবা, ইমা পাম্থোইবী, ইবুধৌ খুমাবা-খুমাবীবু অহানবদা খুরুমজদুনা চক্পা চাইরেল খুম্থোকলোনগী লাইরিক অসি অচুম্বদা লমজিংবীদুনা ইবা ঙম্নবগী পাঙ্গল লৌশিং থৌনা শক্তি নচাদা হাপ্পীয়ু।

লাইরিক অসি তুংদা লাক্কদৌরিবা ঈরৈবাক্চাশিংদা খরদং ওইরবসু কান্নগনি খনজদুনা ইজবনি।

লাইরিক অসি চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্পা-য়াওশুরাক্পা নিংথৌ মচিন-মনাওনা পানবদগী হৌজিক্ ফাওবগী মনুংদা থোক্খিবা থৌদোক্শিংগী ওইবা পুৱারীশিংদা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসি তশেংনা থোক্খিবা থৌদোক্শিংগী খুদম্দি লৈরগা মতম্ অদুগী ইপা-ইপুশিংনা ইবদা ৱাংপা অমদি মাংহনখিবনা মরম ওইদুনা চপ্-চাবা কুমশিংদি হাপ্পা ঙমজদ্রে, মসিগীদমক্ অখণ্ড-অহৈশিংনা তাক্পিরক্পদা অচুম্বা ৱাফম্ ওইরগদি হরাওনা লৌজগনি, লাইরিক্ অসি মীয়াম্দা পুথোক্পা ঙমজবসি ঐগী লাইবক্ ফবনি। অদুগা লাইরিক অসিবু ইনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা ঐগী মাম্মা সোরোক্খাইবম্ পঞ্চমনি খা-ঙানবা অমদি ঐগী ইয়াম্বা লাইশ্রম রনজিৎ খুমন অমদি লাইরিক অসি ইবদা তেংবাংখিবা লাইশ্রম্ খুমন্জাও লোয়ননা লাইরিক অসিবু ইবদা তেংবাংবীরক্খিবশিংগী মফমদা শীংঙম্লরোইদবা লমন্ তোন্শিনজরে। লাইরিক্ অসিবু পুথোক্নবা হোৎনবদা তেংবাংবীরক্খিবা পুক্চেল চাওরবা মীওইশিংবু মতম চুপ্পগী কাওজরোই। অদুগা লোয়ননা পুথিবা প্রেস কম্পুটরাইজগী ইচিল-ইনাওশিংগী লমনসু পুন্সিগী তোনশিঞ্জরে। লাইরিক অসিদা অশোয় অঙাম য়াওরবদি অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপিরকপা পাওতাক হরাওনা লৌজগনি।

*লাইশ্রম রোহেন (লান্ঙম্বা) খুমন*

# চক্পা চাইরেল্ খুম্নোক্লোন্

ঁ পাখংবা খুরুম্না ইজরক্কে, হৌজিক্তি চক্পা চাইরেল্ লোনবু ইজগে, লাইরিক্ অসিবু তাংশঙ্ মীথনদ্রবদি তুম্না মাংও ... । নহান্ নোং হয়িচক্ লৈমরেম্বী কুম্শিং ১৯১৮৮০৮ দা সেলোই লংমাইচীংগী অমমম্ লোক্কী নাক্পাক্তা চক্পা খুনজা তরাগী অশুপপা পিবা লুৱাং কৈশাক্ অমসুং তাইদিংনু পান্নদুনা চহি ৪০০ নিংথৌ ওইদুনা পানখি, অসুম্না মথং মথং পাল্লক্পনা মৈতৈ কুমশিং (পালচা) ১৪১৪ (16 A.D) দা কোলাম্বানা নিংথৌ ওইদুনা অমুক্ পান্খি। অসুম্না পাল্লক্পনা অরোইবা ওইনা চক্পা খুনজা তরাগী অসুপ্পা পিবা লুৱাং চাইবনা নিংথৌ ওইদুনা নোংমাইজিংদা পানবদা চক্পা খুন্গাইদুনা খুনজা তারা অসি তোঙান-তোঙান্না খুন্দানখি, খুন্শিং অদুদি – (১) সেকমাই (২) থৌবাল্দোং (৩) অন্দ্রো (৪) ফৈয়েং (৫) লৈমরাম্ (৬) খুরখুন্ (৭) কৌক্রক্ (৮) থোংজাও (৯) ক্বাথা অমসুং (১০) চাইরেল্ অসিনি । অসুম্না লুচিংবা অমম্মম্না চিংদুনা খুন্দানখি । চক্পা পিবা অথোইবা লুৱাং নিংথৌ চাইবনা চিংদুনা পুরক্পা খুন্জবু নিংথৌগী কোলোই মিংলেন্ লৌদুনা চাইরেল্ কৌখি, চাইরেল্ থোংখোং (খুরাই) দা চাইরেল্গী শরুক্ অমা ওইনা খুন্দাহৌই । অদুগী মতুংদা শগোল্মাংদা মতম্ খরা তারম্লগা খুলহোংদুনা চীংঙুথেল্দা অমুক্ খুন্দারে । মফম্ অসিদা লুৱাং নিংথৌ চাইবগী মচা মেনাংবা, কানাংবা অনী পোক্ই, অদুগী মতুংদা লৈতান্ পোক্পীদা খুল্হোংদুনা তাইয়ে, লৈতান্পোক্পী হায়বা অসি হৌজিক্কা মোইদাংপোক্ হায়রিবা মফম্ অসিনি । অসুম্না চাইবনা চহি ১০৯ নিংথৌ ওইদুনা পানখি । মেনাংবা-কানাংবা অনীনা হুয়েল্ লান্ হৈরক্পদা কবো মথি ফোং-অৱা মরাং হৌঙৈদা হুয়েল্ লান্দরক্ঙৈদা হুয়েল্ লানঙল্লবদা কবো চনু সেরিংনুবু মেনাংবনা তালোই শিংদা চন্থিঙৈনে, সেরিংনুনা য়াওফুরাক্পা, য়াওশুরাক্পা অনী পোকএ, মেনাংবনা চহি ৭৫ নিংথৌ ওইনা পান্খি । মতুংদা কানাংবনা অমুক্ চহি ১৬ পানখি । অদুগী মতুংদা লৈতান্পোক্পীদগী খুন্ হোংলক্লুনা হৌজিক্কী ক্বাকতা হায়রিবা মফম্

অসিদা মৈতৈ পালচা কুমশিং ২৬৭০ দগী ২৭৪০ ফাওবা য়াওফুরাক্পা অমদি য়াওশুরাক্পা মচিন্-মনাওনা নিংথৌ ওইদুনা পান্খি। য়াওফুরাক্পনা সেরিক্নুবু পান্নদুনা নিংথোন্ পোক্ই।

চক্পা চাইরেল্ ঐখোয়না ক্বাক্তাদা পান্বা মতমদা মোইরাংদা চেংলৈ নিংথৌনা লৈমা তরেৎ নিংথিবীবু ফম্বাল্ তোংহন্দুনা পাল্লি। মতম অদু মোইরাংদা চাওবা থোংলেন্গী মতমনি। ময়াং ইম্ফালদনা খুমন নিংথৌ পুন্সিনা হুইমু লৈমা লৌদুনা পাল্লি। মতম অসি শা-লানগী মতম্ ওইবনা কংলৈপাক্কী নিংথৌশিং অমগা অমগা তিন্নদা মাগী-মাগী লৈবাক্ অমমম্ শেমদুনা অথোই অহেন্ তান্নদুনা পান্নবা ঙাক্লি, ক্বাক্তাদা চক্পা চাইরেল্ য়াওফুরাক্পনা পানবা মতমসিদা মোইরাংগা লৈলোম্নৈ (লৈবাক্লোম্নৈ) মতম অসিদা চীংঙু লাইগী নোংদম্মী, খোইয়ুম্ মাগী লীল্লানি তাইবং কনা খঙ্ঙমদবা, য়াওফুরাক্পা নিংথৌগী মমোম্ লাংলেন্ ওইনা অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা লাংওন্লে। অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা তাইবং ফাওরম্দাইদা নিংথৌ মচিন্-মনাওগী খোমলেন্ মংলান্দা অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা লাক্কুনা হন্দক্ নখোয়না ফংগদৌরিবা নমোম্সে অয়াং লৈমা পাম্থোইবী ঐগী লাংওননে, চাক্মাং শামাং পীজফদে তাক্পীরমই। ইনুং মানা ঙাল্লবা কান্দা চাইরেল্ নিংথৌ মচিন্-মনাওনা খোম্লেন্ মংলানগী ৱারীবু লীনখি, মতুং ইকুই কুইদনা মমোম্না তাইবং ফাওরবা কান্দা, মমোমগী চেংলৌ য়েংলগা য়াওফুরাক্পা নিংথৌনা মমোমগী কোলোয় মীংথোললে; চেংলৌ শক্না হেন্বনে পুক্লিং লিন্না ঙান্বনে তাউজিং হৈরাং নিংথিববু হেন্না ফজৈ হৈয়াই লীগুম ঙাংই হায়বগী হৈয়াইনু কৌখিয়ে, ক্বাক্তাবু ঐখোয়না মতম্ অদুদা হৈয়াইনু পোক্ই হায়দুনা হৈয়াই পোক্পী কোনুং থোন্খি। মোইরাং লৈবাক্কনা কমদৌরী; মোইরাং চেংলৈ নিংথৌগী মচা লৈতে হায়দুনা থাংজিং লাইদা থৌনিবদা থাংজিং লাইশঙ্ শুমাংদা তাংলৌ অহিংদা মঙালগা লোইননা লৈরম্ই হায়বগী তাংলৌ ঙানবা, তাংলৌ খোম্বা অসুম্না কোলোয় মিংথোন্দুনা মোইরাং নিংথৌ চেংলৈনা য়োকখিয়ে। নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্পা তোর্বুং লমজাওদা য়ারৌ শাবু তান্বা চৎলিদো, নুমিৎসিমক্তদা মোইরাং নিংথৌসু য়ারৌ শাদান্বা তোর্বুং লমজাওদা লাক্খিদো, নিংথৌ অনীমক্ য়ারৌ শাবু ফংদবনা ৱানরদুনা পোত্থমিননৈদো, নিংথৌ অনীসি অমনা অমবু

ইকাই খুমনৈদো হান্না মরুপ্ শান্নৈদো। মোইরাং নিংথৌনা পাথৌ নংবু তাবরা নংগী নমোম্ লাংলেন্ অমা শাৎলিবদো ঐগী ইমৌ ওইনা পীনৌদো অসি ৱাবু হায়রবদা য়াওফুরাক্পা নিংথৌসু মোইরাং ঙান্বগী মপোক্পু খঙলদুনা থাংজিংগা পান্থোইবীগা লাম্বনী খন্দুনা পাথৌ মোইরাং নিংথৌ নংনবু খোইদারবদি কোরৌগী অফবা অমদা পুজখো হায়নদুনা তোর্বুংদা পীনখি। অসুম্না কোরৌগী নুমিৎ তরানি শুবদা হৈয়াইনুবু ঙান্বদা লুহোংবা হায়না লেপ্পরবা মতুংদা নিংথৌ অনী য়ারৌ শাশু ফাদনা ময়ুম্ মাইকৈ পাংনরক্খি। অসোমদনা কমদৌরী মোইবাং ঙানবদি কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী য়ারৌ শাবু থিবাচৎপদা খুমন নিংথৌ পুন্সিগী মমোম নোংযাই শংলৌলেন্বীগা হৈরাং লোনজানা লৈরাং লোনজিন্না নুংশি পরৈ কিশিনখ্রে. মোইরাং ঙানবা শাদানলুবা হল্লক্পদা পন্থৌগী মপাও তাবদা যাইবী কল্হৌ নিক্না তিল্লাং মখোই শাওরে, নোংয়াই শংলৌলেন্বীসু মোইরাং মপাও তাবদগী তাঙময়ে; মারাল্ লুহোংগদবা নুমিৎ শিংবুম্ তরেৎনিদা ঙাইরবদা মোইরাং নিংথৌনা মপারী ঙানববু খুৎলাম তোইনা পাওগৌখিয়ে; হে, ঙানবরো ঐগী ইপাওখোন্বু তাওরো ঙসি ইনুং অসিদি তাঙাইও হয়েং ইনুং ঙান্বদা তরা চাক্ঙন চানা লম্লেল্ হৈয়াইপোক্পীদা চক্পা চাইরেল্ খুন্দা খুল-লানলুও ঙসি নুমিৎ শিংবুম তরেৎনিদা মাঙাইরে চক্পা চাইরেলগী মমোম্লোই মথক্তা মচেম্ শাৎতবী মখাদা মনাও ফুইদবী হৈয়াইনু কৌবীবু খরাইথক্তা লৈহাপ্পীরে লৈরোং লাইদা কৎলক্লে; চেংলৌ শক্না হেনবী পুক্নুং লিন্না ঙানবীবু চেংলৌ শখথংনরুরো হায়না মাপারীদা পাওমেনখিয়ে; ইনুং শোরা মথোং তৈনা ঙানলক্লে, তরা চাক্ঙন্ চাদুনা ঙান্বা তাংলৌখোম্বনা য়াঙ্গোই শায়াংথক্তা মরোইসু য়াংগা চক্পা চাইরেল্ তানা খোঙশানলকএ, অশোমদনা কমদৌরী মপল্ য়াওশুরাক্পনা মমোম্ হৈয়াইনুবু কৌশিন্দুনা পাওমেনখি। হে, ইমোম্ ইবেম্ম-ও, পন্থৌ পাউমেনখোন্বু তাউ-ও ইবেম্মা নংদি নাথক্তা নাচেম্ শাৎতেদো নখাদা ননাও ফুইদেদো ইপাগী লাংলেন্ ইবেম্মা ইপানা পমগে লাক্ও হায়না মীৎলু স্না থম্বাল মান্বদা তরং লাইজ চেন্না মমোমবু ফৈরা তাজিনথক্তা পাম্দুনা পাউমেন্খিয়ে, ঙসি কোরৌ শীংবুম্ নুমিৎ তরুক্নি শুবদা ইমোম্ নংবু কেগে মমোমগী মপারী ঙানবা তাংলৌ খোম্বদা ইপানা খরাই থক্তা লৈহাপখ্রে লৈরোং লাইদা কৎপগুম্ ইপানা পিখরে ইমোম্বু কোলোই

নিংথিবী চীংনুং-নুংনাং হরি ঙম্জবী নাব্রা হৈতম্গী তম্না মানবী নাপাওখুমবু নপল ঐদা তম্মুদা লাংলেন্ তাংজ ইকাই থোইগনু লৈকাই খোইমু কনাগা হায়না ব্রাবু লৈবরা অব্রাং সেল্লোই চাংবী লাগুম্ ইম্মোম্ কোলোই তম্মুদা হায়না পম্বৌনা তাংজ মাকু হুবগুম্ লিলহা মতাং শিংপাগুম্ পম্বৌ মাগী ময়াথং তাবদা হৈয়াইনু-নুফাবিনা তাংজ মরু লুক্লা তরা ব্রাখল্ তৌখিয়ে; মসিদগী মোইরাং ঙানবা ইনুং তাংলৌখোম্বাসু ব্রাইথুংলরে, মপল নাক্তা চংশিল্লকএ, কৈখা নোনবা হুইগুম্না তাংজ মরু লুক্লা পুনেমজৈএ, হে পারী নংদি কৈদৌনুংগী লাকপনো পাউহংববু ঐবু থাঙ্গা লৈকাই কোইজবনে, হায়না পাউখুমখিয়ে। মমোম্ কৌনা পাউতাক্খিয়ে, হে, ইমোম্ ইবেম্মা তৌরাং ফক্চা অমবু থাজৌও কাবা তাকতা অয়াক্পী খুদোং চেপ্ফান্ন হল্লো হায়না পাউতাকএ, তৌরাং ফক্চা থানা থৌগন্খিয়ে চেংলৌ শক্লা হেন্বা পুক্লিং লিন্না ঙানববু উবদা পাইমা নুংদা খোইজংলে, তিললাংনুংদা খোংদাখিয়ে; শোংগিখিয়ে, কেগে মোইরাং ঙানবদু নিঙোল্ মতৌ উবদা লাইজ ইরোন-নুংদা তাগুপয়ে, নুজা চেংলৌ উবদা হরাও ঙমখৈ লৈখিদেয়ে, মোইরাং ঙানবদি ময়ুম্ মোইরাং পাংখিয়ে। য়াওফুরাক্পনা তালোয় সেরিক্নুবু য়েংদুনা মমোম্ পাউবু হংলক্য়ে; হে, তালোয় ইনুংবীয়ো নংবু তাওব্রো ইমোম্ পাউবু হংবদি লেমলৈ মরু পনগুম্ইদা ইমোম্ মপাও ফংনিংবদি লাইজ ইরোন্-নুংদগী লৈরাং লৈমী লাম্লগা ইপাল্ লাংনা শাৎচবা তাইবংপান্ববু শেন্নক্পদা মপুনা ফম্বাল্ ওইবা লৈ, শীংঙেন্ থম্বাল্ লৈনা থাগী মঙাল্ ফংনিংবগুম্ ইদা খোইয়ুম্ লৈমাই তেমগুমইদা নংগী নপাও খোন্না ইমোম্ পাউবু হংঙুদা হায়না তালোই মানুংবীদা শিখিয়ে; অসি লাইরেন্ মতুংদা সেরিক্লুনা মমোমদা পাওহংলক্য়ে; হে, ইমোম্ ইবেম্মা নংবু তাউদা পুক্নুং লিন্না ঙান্বীয়ো চেংলৌ শক্লা হেনবীয়ো নপল্ পম্বৌ কোলোই মায়াথংবু কোরৌ নোংদবু কাগবরা মালেম্ লৈদবু তাগবরা হায়না পলেম্ নামা ঐনা থম্মোয় খুদুম্ শুরিয়ে, লাংলেন্ নাপাও নিংথিবী তাংজ মরিল্ শিৎপগুম্না অব্রাং শেনবী লাগুমবা নাপাউদুবু শিৎথরকউদা হায়না পলেম্ মামা পোক্মবিগী কোলোয় মপাও তাবদা য়াব্রা লোইদাম্ খুম্দম্ চেক্লা হরি নোংনাং খোংগুম্বী য়াওফুরাকপা মমোমলোই নুজা হৈয়াইনুনা পাউখুন্নক্এ, হে পলেম্ অপোক্পী পম্বৌ কোলোয় ময়াংথংবু কোরৌ নোংদা কাফদে মালেম

লৈদা তাফদে তাংজগুম্ লৈফাংজরোই লিলহাগুম্ লৈলোংজরোইএ, খোইয়ুম্ মখুৎয়েক্পু থৈজদেয়ে হায়না নিঙোল্ পাউপিখিয়ে, অসি লোইরেল মতুং থোংপদা নিংথৌ মা মাংদা মমোম্ পাউবু তমখিয়ে। মমোম্ পাওবু তাবদা থাবী খুৎনা ফংগুমই; থাবা খুৎনা লামগুমই, নুমিৎ শিংবুম্ তরেৎনি শুরে কেগে মোইরাং লৈপাক্ হৌরক্লে হৈজিং খুদোং পুরকএ, শারম্ চামানা তুংদা ঙারম চামানা মাংদা থারে চক্পা চাইরেল্ খুনবু পাংলক্লে, হৈরম্ চামা থুংলরে, লৈরম্ চামা থুংলরে, মোইরাং চাইরেল অনীমক্ তরা চাক্ চানরে, ৱাংলৈ কোক্কানরে নুংঙাই ঙমখৈ লৈতনা পারোই লৈকোইরে মারাননুবু হোংখিয়ে সেনদ্রিং পাখংবনা সেন্ য়ৈরে পোনবী লুৱাং পনথা, মৈরোইহনবা অনিনা পুং য়ৈরে, অশৈবনা খোইয়ুম্ মিংথৈ শকএ, অমাইবনা খোইয়ুম্ মিংথৈরোনবু শোল্লে, মোইরাং চাইরেল্ অনী চংনা হৈয়াইনুবু মোইরাং নিংথৌ মাগাইদা শয়াংথক্তা থিন্খিয়ে, মোইরাং লৈবাক্সু খুনজাও লৈজাওরে, চাইরেল লৈপাক্সু শুক্তা শোইদরে খুল্হোং লৈহোংদুনা চাইরেল্ মোইরাং অনি অসি হান্না মরুপ ওইবগী মথক্তা ঙাই-শেন ওইনদুনা অমগা-অমগা অৱাৎ-অপা মেন্নদুনা মতম খরা নুংঙাইনা পানমিন্নখি, চক্পা চাইরেল্ হায়বসি অরুবা লাইগী থেঙ্গৌরোল্ তিমেন্ চাংদম্বা হায়বদি চাংয়েং খৌদেমদুনা লৈপাক্কী অৱাবা থোক্কদবা অমদি য়াইফবা ওইগদববু খঙবা য়াওশুরাক্পানা চিংদুনা তম্পাক্তা লৈহৌবা ফুরুপ্পু চক্পা চাইরেল্ কৌই। য়াওশুরাক্পা খৌদেম্ চীং খোংজাই ঙম্বা পুমন্ চীং হায়বা অসি চাইরেলগী য়াওশুরাক্পানা চাংয়েংফমনি, মফম অসি লোক্তাক্ পাৎয়াইদা লৈ।

য়াওফুরাকপা হায়বা ময়াম্বা অসিনা থেঙ্গৌরোল খেন্তেক্তা ফাওই হায়বগী খেন্দম্বা (য়াওফুরাকপা) না চিংদুনা চীংদা কাখিবা ফুরুপ্পু খেন্দে, খেন্ য়েংবদা তেরে হায়বগী খেন্দে কৌখিবগী মতাং মখাদা লাক্খিগনি। চাইরেল মোইরাং অনীসি মতম্ খরা ইংনা পাল্লেদো চীংঙু মাগী থৌশিলনী খোইয়ুম মাগী লীল্লানি, তাইবং কনানা খঙঙমদবা মোইরাং ঙান্বা তাংলৌ খোম্বা থাংজিং লাইগী লাংওননে, হৈয়াইনু অমদি খুমন নিংথৌ মমোমলোই লৈমা শংলৌলেম্বী অনীসিসু পাম্থোইবীগী লাংওন্নে, অয়াং লৈমা পাম্থোইবী লাংওন্ চংখোন্বী হৈয়াইনু হায়বী ইবেনধৌ অসিগী মফমদা মোইরাং ঙান্বা লংজরক্লেদো

লুহোংলবা মতুংদা খরা লৈরগা মোইরাং ঙানবা ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা হল্লক্ত্রেদো খুমন্ লৈমা শংলৌলেম্বীগী নাক্তা হরাও মথোই কা মতম নুংশাংনা লৈথ্রেদো অমরোমদনা কমদৌরী হৈয়াইনু হায়বী ইবেনথৌসিসু নোংমদি মপাম্ লমদম্ পাংলক্খি মপাম্ লমদম য়ৌরক্লবদা পলেম্ মমা সেরিক্নুদা কলোইগী মপাও তমজরকইদো। পলেম্ ইমা অপোক্পী ঐদি মোইরাং লমদম্ পাংনিংদ্রেদো, মোইরাং ঙানবদি লৈমা শংলৌলেম্বীগা নুংশি পরৈ কিশিন্নরেদো ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা হল্লক্তবা কোরৌগী শিংবুম কয়ানি হৌখ্রেদো মোইরাং ইচে-ইনেমশিংগী মমাংদা নমোম্গী মাইবু থমফম্ লৈত্রেদো, অসুন্না কোলোই মপাও তন্নবদা পলেম ওইবী সেরিক্নুনা ঙাইখো ইমোম্ লাংলেন ইবেম্মা নংবু পোক্পা পম্বৌগী য়াব্রা কোলোই তাখিসি অসুন্না মাবু পোকপা চাইরেল নিংথৌ য়াওফুরাক্পাবু ঙাইদুনা লৈরক্লে, নুমিৎনা চীংয়া থাংলক্পা কোরৌনা মমি শান্নকপা পোন্বী চেক্লানা মহুমনুংদা হল্লক্পা অসুক্ঙৈগী কানশিদা পম্বৌ য়াওফুরাক্পা অমদি য়াওশুরাকপা অনীসু য়ারৌ শাদানবদগী ময়ুম্ লমদম্ য়ৌরক্খি। মতম্ চাদনা মমোম্না লৈরম্বা উরবদা য়াওফুরাক্পনা ইমোমগী লাংলেন্ ইবেম্মা মতম চাদনা নপাম্ য়ুমদা কুম্লক্পবু করি মরমগীনো, অসুন্না য়াব্রা মপাও হংলবদা হৈয়াইনু ইবেনথৌনা তাবীয়ুনে পম্বৌ অপোক্পা নমোম্ লাইবক্ থীবীদি ইপাম্ য়ুমদা কুমজরগে ইদু য়ুমদা খোংদাজরগে অসি হায়না য়াব্রা মপাও তন্নবদা ইপাগী ইমোম ইবেম্মা মোংরাং ঙানবা তাংলৌ খোম্বানা ইমোমদা করি লান্দুনা ইমোম্না করিগী অদুক নবুক্ নুংশিবনোদা ? পম্বৌ অপোকপা মোইরাং ঙানবদি খুমন নিংথৌ মমোম্লোই লৈমা শংলৌলেম্বীগী নাক্তা লৈখিবা কৌরোগী শীংবুম কয়ানি হৌখ্রেদো, নমোম্গী মাইসে ইকাই ফিরুক্ খুম্লেদো মরমসিননি পম্বৌ অপোক্পা অসি ব্রাবু তারবদা য়াওফুরাক্পনা ইপাগী ইবেম্মা নত্ত ব্রাখল্ খনগনুদো নুপী ওইবীশিংনা মমং অনী শুবদি মাংলমচৎতসু চৎনরক্তেদো তুংলমচৎতসু ইমোমগী নতৌ তন্নক্কনিদো অসি ব্রাবু লৈবনা পম্বৌনা ইমোম্ নংবু থীনগেনে হায়দুনা মমোমবু মোইরাংদা অমুক্ হননা থীনখিদো, মোইরাং ঙানবসু লৈমা শংলৌ লেম্বী নাক্তগী ময়ুম্ লমদম্ মোইরাংদা হল্লক্পা মতম্দা হৌখিবা ব্রাবু খঙলেদো। মোইরাং ঙানবা তাংলৌখোম্বা থাংজিং লাইগী লাংওন্নি চীংঙুগী লীল্লা মপুং ফাহনগে খন্দুনা অহিংগী অথেংবদা মশানৌ ইবেম্মা হৈয়াইনুবু

নংগী লাংওন লোইরে হায়দুনা মশানৌ মানা খোমলেন্ তুমখুন্ তাল্লিদুঙে মশানৌগী লব্রাই কোইরেল্ থক্তা অশাংবা য়োৎপী অমা শাফু কন্না খুৎথা অমুক্তদা থুম্না য়ৈখিয়ে। মনা মনিন্ নাইদনা মশানৌ ইবেম্মা হৈয়াইনু অমং থরৈ কুমখিদো। মশানৌ মানা পুন্সি খম্লবদা শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী তাইবং মপোক্ লোইরেদো, ঐসু পংকুই কুইররোই অনৌবা মপোক্ লাংওন্সি অসি ব্রাবু হায়রম্লগা মশানৌবু অমুক্তং চীংনা য়েংলম্লগা মোইরাং ঙানবা অহিং মমৈ ওইরক্লবদা লংগোই থক্তা তোংদুনা খুমন্ লৈমা শংলৌলেম্বীগী নাক্তা চৎখিদো। লাংগোই শয়াংথক্তা মোইরাং ঙানবনা অসুম্না তেংথাখি শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী, পাম্বোইবী লাংওন চংখোনবী, তাইবং মপোক লাংওনবনা, শানৌ নংদি খঙদ্রবোই ঐগী লাংওন খুদিংদা শানৌ নংবু থাদেদো অনৌবা মপোক্ অমগীদমক্ শানৌ নফমদা লংজবনিদো তাইবং মপোক্ ওইবশিং শানৌ নফম্দা লংজবা থাংজিং ঐগী লীল্লনি তাইবং কনা খঙ্ঙমদবা, ঐসু হৈনা নতুং ইল্লক্কনি অনৌবা মপোক্ লাংওন্লসিনে ইনেম্মচা অসুম্না ঙানবনা তেংথাদুনা মশানৌ ইবেম্মা খুমন্ লৈমা শংলৌলেম্বীগী নাক্তা য়ৌখিদো, অসোমদনা কমদৌরি মোইরাং কোনুংদা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙনবদা হৈয়াইনুনা খোম্লেন্ য়াকাইরক্লবদা চংদুনা য়েংনরুবদা হৈয়াইনু কৌবীদো অমংগী থরৈ কুমলম্লে, খুমনুং শাব্রা তানলমলে, মতৌ অসি উবদা মোইরাং প্রজা মীপাইরেদো মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা তম্বা নিপা ২ থারেদো য়াঙ্গোই শাগোল তোংদুনা মপাম্ চাইরেল্ লমদমদা ওইদা পাওনা অচুম্ শা চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্পগী মফমদা পাওবু খঙ্হনখিদো ঙসিগী অহিংদা তাংলৌ মানা ঙানদ্রিঙে নমোম ইবেম্মা হৈয়াইনুদো খোমলেন্ তুম্খুন্ তানবদগী তাইবং মিৎকপ্ত্রেদো অমংগী য়াইথোং কুম্লম্লে অসি ব্রাবু হায়দুনা ওইদা পাউনা অচুম-শা য়াওফুরাক্পা মফমদা পাওদমমে, মোইরাং তম্বা অনী চৎখ্রেদো য়াওফুরাক্পনা মনাও ইবুংঙো য়াওশুরাক্পদা কৌদুনা পাউদম্লে নিংথৌ তালোই সেরিক্লগা লোইননা য়াওফুরাক্পা, য়াওসুরাক্পা চাইরেল্ প্রজা খরাগা মোইরাং লমদম পাংলক্লে, মোইরাং লমদম্ য়ৌরবদা মমোম্না খাংঙুথক্তা নৌনা অমম্ শিগুম্লম্বাবু উবদা, হে ইমোম্ ইবেম্মা কল্লক্ইদা ইপলনা করি হায়সিবনো নথক্তা নমোম্ শাৎতেদো নখাদা ননাও ফুইদেদো লোইবী চীংদা শাৎপী য়িঙা কুমখৈলৈ ইঙেল্ কুমদম্ লৈ, লোইদাম্

থাজা মিংলোইনবী শীংঙেন্ ইঙেল্‌লৈগুম্ ইমোম্‌না নৌনা কেল্লেদো, পোমবী চেক্লনা মালেম্ লৈতগ্লবদা পোম্‌বী চাবু চেক্লা কোরৌ নোংদা পুখৎপসু ঙম্‌দা, চেক্লা চাগী নাক্তা ইনুং কৌবা য়াইরেক্‌পসু নামু তাইবং কি, চেক্লা চাগী মানাক্তা পোম্‌বী মাপা য়েংনা খেক্ল-খাক্লা খোংনা পাইবগুম্ পম্বৌনা কোইনা কোইনা কৌবসে লাংলেন্ নংবু খুমলক্‌উদা পোনবীগুম্ চিলওক্লখিসি, চেক্লাগুম্ চিনদম্লখিসি হায়না কোরৌ নোংলেন্ খোংগুম্ মমোম্ কৌনা তেংথাখিয়ে। সেরিক্‌নুশু মমোম্ শিগুম্ববু থিক্‌লেনথাদা পম্লা খাজাই লেংওন্ চুপ্লা থনুং নোংখোং মীকপ্লা তেংথাখিয়ে, ইমাগী লাংলেন্ ইবেম্মা হৌবী চীংদা পানবী হৈয়াই লীগুম্বী পুক্লুং নীলনা ঙানবী চেংলৌ শক্লা হেনবীও নংদি পালেম্ শেংনা ৱাবু হায়রমদেদা পম্বৌ খাইনা ৱাবু তাক্লমদনা লাংলেন্ নংদি পলেম্ পম্বৌ অনীবু থবী থাবা অনীনা তাইবংপানবগী অৱা-অনা, অচুম্-অরান্ হায়রমদনা ময়ুম্ মোংবা মরান্‌য়াইবু ইতাল খিবগুম্ ইমোম্লা লমদম্ কৈদা ওনখিবনো থবী হল্‌না ঙানবগুম্ ঙাল্লক্‌উদা থাবা হলনা থোক্‌পগুম্ লাংলেন্ থোরক্‌উদা ইমাগী ইমোম্ ইবেম্মা তালা ওইনা পোক্লবসু ইরোক্ লাইশ্রম্ চনুনা তালা ওইনা খুৎ চাবা তালাৱো নিংথৌদসু শীংজং লাতোই চল্লমদাইদা পলেম্ মমাদা তালা নুংওন্ ৱারীখিয়ে, ইমোম্ নংবু হল্লক্‌উদা পম্বৌ পাওমেন্‌লমখোৱো, পলেম্ পাউমেনলম্মুদা নপলনা উন্‌বা নংগী লাইরেন্ থাঙ্গা নাগাইকা পালেম্ নামা ঐনা ৱাবা নীংঙোল্ নংগীলাইরেল্ নাকাই কাদা ক্লহি তেরা মোলাংদা য়াতারমদা ইমোম-ও! নংনা হৌজিক্তি চাংবী লফু মতুপ্তা লাংলেন্ মোলাং ঙাইখাঙনারেদো শিনৌ তেরা মোম্‌পাক্‌থক্তা ইমোম্ য়াতারমলগা ঙসি লাইরেল্ নোংজাদা লাংলেন্‌না চাংবী লাথক্তা পামেল্ শহি মতুপ্‌কুম্ লাংলেন্ য়াতারম্‌বসিদি ইমাবু করি ওইরসিনোনে হৈয়াইনু অসুম্লা পালেম্ মমানা তেংথাখিয়ে। অসি লাইরেল্ মতুংদা ইবেম্মা হৈয়াইনুবু দোলাই শয়াংথক্তা পুদুনা সহি উপুথক্তা য়াতাররে, লৈরোন্ চন্দুনা হৈয়াইনুগী থৌরম্ লোইরবদা য়াওফুরাক্‌পা, য়াওশুরাক্‌পা চাইরেল্ প্রজা ময়ুম্ মাইকৈ পাংলক্লে। ময়ুম্ হৈয়াইপোক্‌পী কোনুং য়ৌরবদা য়াওফুরাক্‌পা, য়াওশুরাক্‌পা অনী মমোম্লা হন্দক্ নৌনা শিগুম্লম্‌বসি পুক্লিং চীংনবা পোক্‌তুনা করম্বা চীংঙু লাইনা মীনম্বনো হায়দুনা য়াওশুরাক্‌পানা মমিৎ উইশিন্দুনা য়েংবদা খঙলে, থোক্লিবা থৌদোক্‌পু ময়েক্

লানা উরেদো মমোমগী পুন্সি খাংঙুথক্তা কেম্‌বনি, আইয়ু পুন্সি লোইবা নত্তেদো, নিংথৌগী মনাও য়াওশুরাক্পা চীংঙু লাইমক্লা কিবনী, খোইয়ুম্ মানা মিপাইবনি, মমিৎ পাংথোক্তুনা য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা মোইরাং ঙানবনা চীংঙু লাইগী লাংওন্নী অথোই নাপল্ কারেদো ইমোমগী পুন্সি মানা খাঙ্ঙুথক্তা লোমহল্লেদো, মনাওগী য়াৱা তাবদা য়াওফুরাক্পা নিংথৌসু চীংঙু লাইগী খেন্‌বু য়েংলেদো, খুবাক্ য়াইদা তিনবু হাপ্লেদো চীংঙু লাইগী মৈংখৈবু শোন্দুনা অতেন্‌বা খেন্‌বু য়েংলেদো, খেনবু য়েংবদা খঙলেদো মমোমগী পুন্সি লোইদনা মোইরাং ঙানবনা মমোম্গী পুন্সি লোমহল্লে হায়বা খঙ্লবদা, য়াওশুরাক্পানা য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা মোইরাং ঙান্‌বা থাংজিং লাইগী লাংওন্ ওইরবসু ইমোম্গী পুন্সি খাংঙুথক্তা লোয়্হন্‌বগী ইমোমগী মংশৎ তানগনি, তাংজ লূরেল্ লৌগনি লাল্লু চোমাই কক্কনী, ঙম্‌দবা মতাং থোক্লগা ইমোম্গী হৈনা মতুং ইনগেদো হায়না ৱাশক্লবদা মনাও য়েংদুনা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা ইয়াম্বানা নিংথৌ ওইজবতনি শানৌ নংনা শা লানগীবু পাবনিদো শানৌ নংনা পাম্বা হায়য়ুদো মোইরাং ঙানবা মথক্তা হুয়েল্ লানশিংনবদা ইনাওনা পুনিংবা খোংমী লানমী কয়ানো ? অসি ৱাবু হায়রবদা য়াওশুরাকপানা ময়াম্বা য়েংদুনা য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা ননাও মোইরাং ঙান্‌বা লাম্বা পাবদা ইরোই-ইনাও লোইনরোইয়ে, তম্বা কনা য়াওরোইয়ে, য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা ননাও ইতোম চৎকনি ঙমদবা মতাং থোক্লগা ইমোমগী হৈনা তুংইন্‌গে ননাওবু মঙ্গল্ পীনরো ননাও চৎচরগে হায়না ময়াম্ববু খুরুমজরে। ময়াম্বনা মনাওবু কোন্দুনা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা নয়াম্বা ঐনা নিংথৌগী ঈ অশেংবমক্তা ওইরবদি ইনাওগী মাংদা মোইরাং চাম্ম-চাম্মা লেপ্লা ঙমদবা ওইসনু অসুম্না মঙ্গল্ পীরেদো, য়াওশুরাকপা হুয়েল্ লানগী শাজোল্ তৌরক্লে, লাংগোই কারু খোঙনেৎ শা মথক্তা শেম্বাং পাইবা য়াদ-শা হুইয়েল লান্দা নত্তনা তোংদ-শা তোর্বুং লম্‌জাওদা মনিং তম্না চাক্তবা শা মমাই নোংপোক্ ওন্না লাংগোয়্ কারু মন্ত্র শোন্না কৌরকলে, লাংগোই কারু মবুংঙোগী খোঞ্জেল্ তাবদা মীৎনা কুপ্পদা হুয়েল লানবু চৎকদৌরে হরাও মথোই কা শুন্দ পাইবা পাংখক্নি। মীৎনা কুপ্পদা চাইরেল্ য়াওশুরাক্পা মাংদা লেপলরে, মবুংঙোগী মাংদা লাংগোই কারু লান্‌বু চৎকদৌরে হরাও মথোই কা খুমাং মরি খোৎতুনা শাগোলনা ফৈনা-ফৈনা চোংদুনা লোংহন্‌ননা জগোই

শারেদো। য়াওশুরাক্পানা লাংগোই মাবু ফারগা শাবোৎ নমদুনা হাপলেদো। থাংশাং খুৎতা তিমেন্ তানিদো শগোলগী নাক্থিং অনিদা অরাম্বাই তেন্দোং থন্না হাপচিল্লী। লাংগোই শয়াংথক্তা নমদুনা চোংখৎলে, চাইরেল্ লাইবুং চংলক্লে, খুমাবা-খুমাবী খুরুম্লে অয়াং লৈমা পাম্বোইবী হরাও-মথোই কা লানগী জগোই শারক্লে। চাইরেল্ লাইবুংদা হৌরিবা উ, ৱা পুম্নমক্ মালং নুংশিৎ শিংতনা খাংবা ঙম্দনা হায়রকলে মতোন্না লৈপাক্ শোক্কুম্লে, নোংবু মংদনা যুগিনি নোংথাং কুপলক্লে; মতম নত্তনা অখাক্ অরাও খোনঞ্জেল্ তারক্লে অমুক্তা থেংনদ্রিবা খুদমদু উবদা য়াওশুরাকপা পুক্লিংদা করিগী মঙ্গোলনো খল্লক্লে, অয়াং লৈমা পাম্বোইবী লানগী মবেম্মা হুইয়েন্ লান্বু তেংবাংগে কীগনু হায়বগী খুদম্ পীরক্লে। য়াওশুরাক্পা মমাংদা লাংগোই শয়াংথক্তা খ্বাংজেৎ মচি লাং চীরোংবা থাংশাং পাইদুনা থাংগী জগোই শানা য়াওশুরাক্পা মাংদা থারকলে, অসুম্না লাকপনা য়াওশুরাক্পা খৌদেম চীং কারকলে, চীংদোল্ য়ৌরবদা লংগোই শয়াংথক্তাগী চোংথরে অয়াং লৈমা পাম্বোইবীবু খুরুম্না তিমেন্ তাগী খৌশারোল্ মাপল্বু শারক্লে, খৌশাবা লোইরদুনা হুয়েল্ লানগী মঙ্গোল্ চাংবু য়েংলক্লে, চীংঙু লাইগী মিংখৈরোনবু শোন্দুনা খুবাক্ অহুমলক্ খুবদা লোক্তাক্ ঈথক্ হৌরেদো অহানবা চাংয়েং মাইবু পাকলে খঙলেদো অনীশুবদা অশাওবগা লোইননা মলেম্ লৈদা খোংফম্ থীন্ খৌবু থেম্বদা লোক্তাক্দা তাবা চেক্লা কয়া অমা অদুগা তাক্মুদা তাবা চেক্লা কয়া অমা লোংনা লোংনা ইয়াইদা তাওরেদো। নুমিৎ অদুগী চাংয়েং অদু পাম্বোইবী য়াওবনা চেক্লা মরুম্ ফাওবা মাখিদো। অনীশুবা চাংয়েংশু মাইবু পাক্ইদো অহুশুবদা য়াওশুরাক্পানা খোংফম্ লৈদা থিন্দুনা মাগী খুৎশু তিমেন্ তাবু লংবদা অয়াং লৈমা পাম্বোইবীনা হরাও মথোই কা লোক্তাক্ পাৎয়াইদা নোংলৈ নুংশিৎ শিংলেদো। তিমেন্ তানা পাইখিদুনা থাংজিং লাইমাংদা য়ুংখ্রে, তিমেন্ তাগী তাখোক্ মতোন্দা মৈবু হৌদুনা চাক্লেদো অয়াং লৈমনা নোংলৈ নুংশিৎ ওন্দুনা থাংজিং লাইকোল্ নৈরক্লে। তিমেন্ তানা পাইরক্পা শগাই শেল্ পাইকুমই মৈখু য়াওদা মৈরিনা তানিং তামাং পুমঙাং ঙাং ঙংদুনা পাইখিবা লোক্তাক্ পাৎতা চাক্তাবা লৈত লাইর কয়ানা তৌরিবা থৌদৌদু উবদা চাইরেল্ য়াওশুরাক্পা হুয়েন্ লানগী চাংয়েংলে কদোমদনো থৱাই হীংনবা হায়দুনা ময়ুম্ মাইকৈ পাংনখি। অসোমদনা

কম্‌দৌরী মপু ইবুংঙো মোইরাং নিংথৌনা চক্‌পা চাইরেল্‌না চাংয়েং তাবু হুল্লক্‌পা থাংজিং লাইমাংদা য়ুংলবা থাংজিং লাইকোন্দা নোংলৈ নুংশিংনা অঙক্‌পা খুদম্‌ পীরবদা চীংঙু ইবুংঙো মোইরাং থাংজিং মোইরাং খুনজাবু কনবীয়ু হায়না থাংজিংগী কোলোয় শোন্নলেখ্রে, য়াওশুরাক্‌পাগী তাসি কনানা লৌঙম্‌দবা তানি থাংজিং লাইকোনসু মী চংঙম্‌দ্রে, থৌওংদুদা য়াওশুরাক্‌পাসু তিমেন্‌ তাগী খোংগুন্‌ লীনা লাঙ্গোই কারু থৌরক্‌পনা মীৎনাকুপ্পদা তিমেন্‌ মাবু ফুক্‌খ্রে। তিমেন্‌ মাবু ফুক্লগা খুমন্‌ মাইকৈ পাংনা লাংগোই শগোল্‌ থৌখ্রে থাংজিং লাইকোন্দা নোংলৈ নুংশিংনা অখাক্‌ অরাও তৌরম্বা অদু নেম্লবা কান্দা মোইরাং নিংথৌনা কংলাগী য়াইপুং তোমান্‌ পুংজাও য়ৈদুনা লৈপাক্কী প্রজা তিন্নরে, চকপা য়াওশুরাক্‌পগী চাংয়েং তাবু হুনবসে হন্দক্‌ মমোম্‌ লাংলেন্‌ ইবেম্মা হৈযাইনুনা মতম চাদ অমন্‌ শিগুম্বসে চক্‌পা থরাই নুংঙাইতবা মাল্লি, মোইরাংগী প্রজা ঐখোয়শু চক্‌পা লান্‌বু ঙাক্‌নবা হুইয়েল্‌ লানবুং শাসি হায়দুনা মোইরাং প্রজা পুন্নমক চক্‌পা চাইরেল্‌না লান্দারক্কদবা মাইকৈদা মোইরাং প্রজা পুল্লপ্না থেন্দুনা লৈখ্রে। অসোমদনা কমদৌরী চাইরেল্‌ য়াওশুরাকপদি লংগোই শযাংথক্তা তোংদুনা খুমন্‌ মাইকৈ পাংনা লাক্‌পনা নমবোল্‌ ফোইজিং থক্তা চরৈ ফিঙৌ খন্‌না খুমন্‌ চনু লৈমা শংলৌলেম্বীনা মশাবী মোইরাং ঙানববু ঙাইদুনা লৈরম্বা থেংনরে। লৈমা শংলৌলেম্বীবু উবদা য়াওশুরাক্‌পানা ইমোম্‌ মান্‌বী ইবেম্মা নংবু কনানো (পোইরৈ কৈদা শাৎপীনো পম্বৌ কনাগী মমোমনো) হায়না হংলবদা লৈমা শংলৌলেম্বীনা চেংলৌ হেন্‌বা তম্বা নংবু কনানো নিংঙোলগী পুক্লিং হুইদা, হৈরাং লৈববু চামিন্নখিসি লৈরাঙ্‌ অযাওববু চিনমিন্নখিসি হায়না করেম্নবা ৱাহৈনা হায়রক্লবদা অশাওবনা লুতোন্‌ কারবা য়াওশুরাক্‌পানা শংলৌলেম্বী য়েংদুনা চেংলৌ হেল্লী অথোই নাপল কাবরা ঐনা হংবা ৱাহংগী পাওখুমতমক্‌ পীয়ুনা নপাগুম্বা ঐঙোন্দা করিগী অথোই নাপল্‌ কাবনো হায়না অয়াক্‌পা ৱাহৈ শীজিন্নরক্‌লবদা লৈমা শংলৌ লেম্বীনা নাপল্‌গা লোইননা ঐদি খুমন্‌ নিংথৌ মমোম্‌নে কোলোই মিংলেন্না শংলৌলেম্বীনে, মোইরাং ঙান্‌ববু ঙাইবনে হায়রবদা য়াওশুরাক্‌পানা অশাওববু নেমথনা নবুংঙো মোইরাং ঙানবদি পোইরৈ কৈদা চৎখিবনো মাবু উনবা লাক্‌পনে হায়রক্লবদা মোইরাং ঙানবদি য়াংগোই কারোংদা য়ারৌ শাবু তান্‌বা চৎখিয়ে হায়না

পাওখুম্লবদা য়াওশুরাক্‌পানা লাংগোই তোংনা মোইরাং ঙানবগী খোঙ্গুন্ লিখিয়ে। য়াংগোই কারোংদা মোইরাং ঙানবদি য়ারৌ শাশু ফংদনা কোরৌ মৈশা খাংনা খোমলেন্ তুমখুন্ তাল্লম্ই। মোইরাং ঙানববু থেংনরবদা ঙানবনা য়াওশুরাক্‌পাবু উবদা ইমান ইবুংঙো হায়না খুরুমই, অশোংবা নারক্‌তা ইমান্‌না খোংলেংলক্‌পবু করি মরমগীনো হংলবদা য়াওশুরাক্‌পানা পারী নংবু থীরক্‌পনে, হন্দক্ ইমোম্না লৈতবসে পারী নংগী থৌরাংনে, নংসু থাংজিং লাইগী লাংওননে অথোই নাপল্ কারেদো চাইরেল্ য়াওশুরাক্‌পানা করি তৌজবা ঙমগনি খন্না অরোন্‌বা হুয়েন্ য়াইবু থারেদো। নংগী অরোনববু ঐনা খঙলেদো মরম্ অসিনা ইমোমগী মংশৎ তানগে ঙানবা নংগী তাংজ লুরেল্ লৌগে লাল্লু চোমাই ফক্কে হায়না শরী পন্দোল্ লোমখ্রেদো। পারী নংনা পাম্বা খল্লুদো তিমেন্ তাবু চাইনসিরা হুয়েল্ লাম্থাং য়ান্নসিরা পারী নংনা পাম্বা খল্লুদো অসি ৱাবু হায়রবদা মোইরাং ঙান্‌বসু  ইমান্ ইবুংঙো শরী নামুংফদে, ঙান্‌বা ঐসু তাইবং পুন্সি লোম্লগে, খল্লে, তাইবং মপোক ওইবনা ইমান্না খঙ্‌দ্রবনি, নমোম্ অমদি ঐগী লাংওন্ লোইরেনে অসি ৱাবু হায়রবদা য়াওশুরাকপানা মতম্ মাংহনন্দুনা কান্নারোই, তিমেন্ তাবু পাইয়ু হায়দুনা তিমেন্ তাবু পাইনা লান্‌শিংনরক্লে। ঙানবসু মশা কন্নবা তিমেন্ মাবু পাইনা মকু মমাক্ অনিদো চাইনরক্লে। অয়াং লৈমা পাম্থোইবী হুয়েন্ লানবু পাংলক্‌লে, নোংলৈ নুংশিৎ শিংলক্লে, অখাক্-অরাও খোন্‌জেন্না নকোং শিংজা য়ৈগুমলে, নোং মংদনা নোংথাং কুপলক্‌লে, অনি অসি অমনা অমগী অশোয়বা য়েংনৈদো তাগা তাগা লৈনবা শাফু কন্‌বা তাগী তাথিন্দা মালেম্ লৈকন্দা থিন্নবা মশা-মশা চোংথোক্লা চুংগা-চুংগা লৈনরক্‌পা নাকন্‌দগী থাংশাং শৎনবা চাগদবগুম্ য়েংনবা কাওনা য়েন্‌গী মওংনী, অমনা অমগী অশোইবা য়েংনৈদো হুমাংনা তপ্-তপ্ তানৈদো মিৎপু কুপ্পদা য়েংনৈদো মোইরাং ঙানবা থাংজিং লাইগী লাংওননে চাইরেল্ য়াওশুরাক্‌পাশু খোইয়ুমগী লাংওননে, অদুগী মথক্তা অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা হুইয়েন্ লান্‌বু পাংবনা ঙান্‌বনা লাক্‌চবা ঙম্‌দেদো। অথৌবা অনিসিনা লাম্বাবসে লাংগোই শয়াংথক্তা নত্তে, লাঙ্গোই খোঙনেৎশা অনিসু কাওনা য়েনগী মওংনি খুদুং অনিনা ফৈনা-ফৈনা কাওনবা মমাই অনি ওনশিন্না তাউব হুইনা চিক্লবা পাংখক্‌নি, অশুম্না লাম্বাবসে কোরৌগী নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা য়াম্নবা অমনা অমবু লাক্‌চদা পানাবা

লাম্বানি অয়াং লৈমা পান্থোইবী হুয়েন্ লানওং হোংদ্রবদি ঙানববু হাৎপা ঙল্লরোই, খন্দুনা য়াওশুরাক্পগী খুৎশু থাংলেন্দা তোংখ্রেদো। য়াওশুরাক্পানা য়ানবা থাংয়ান্দা থাংগী থাং ঙাক্তা ওইখ্রেদো, থাংশাংদগী অঙক্পা মঙাল্ থোরকলে, মোইরাং ঙানবশু খঙলেদো অয়াং লৈমা পান্থোইবীনা মমান্গী থাংলেন্দা তোংলে হায়বা ঙানবশু তাইবং মহক্চাং কন্নবা হোৎনরক্পা স্বর ফুইনা-ফুইনা হোল্লিদো। য়াওশুরাক্পাগী থাংশাং মঙাল্না ঙানবা মীৎপু পাংবা ঙমদ্রে, অকন্বা লান্ফম্গী লাম্বানি অশুম্না লাম্বাবনা কোরৌগী নুমিৎনা কারক্পদা থাংলেন্ তাওরোইনাইগী তুথুপ্তা শোইখ্রে মোইরাং ঙানবনা হনগদবা মফমদা চোংশিনখিদুনা ঙাইহাক্তংবু ঙক্চনাবা য়াওশুরাক্পানা মোইরাং ঙানবগী তাংজ লুরেল্ কক্খ্রে, লাল্লু চোমাই ফকখ্রে, মোইরাং ঙানবা হাৎলবদা য়াওশুরাক্পানা কাওনা য়েনগী মতৌগুম্ কাওনরিবা লাংগোই অনীদু ঙানবগী লাংগোইদা তিমেন্ তাবাংলেদো ঙানবগী লাংগোই হাৎলেদো, লাংগোই মানা তুরবাকান্দা য়াওশুরাক্পানা পারী খোংনেৎশা নংগী নহকচাং ইপানা লোইশিল্লম্লরোই ৱারৌগনু নবুংঙো মহক্চাং থাংজিং লাইমাংদা থাদগে মোইরাং নিংথৌ খঙজসনু ইপাবু ৱারৌগনু হায়দুনা য়াওশুরাক্পানা লাংগোই শয়াংথক্তা ঙানবগী লুরেল্ য়াওদবা মহকচাং থাংগৎলে, ঙানবগী তিমেন্ অমদি থাংশাং পুন্না শগোল্ থক্তা হাপকৎলে, মোইরাং ঙানবগী লুরেল্ শমলাং পাইনা মোইরাং মাইকৈ তমলক্লেদো। কোরৌনা ৱাতোন্ লোমলক্পা অসুকঁঙৈ মতমদা লাংগোই মাবু খাম্না থাংজিং লাইমাংদা ঙানবগী মহকচাং অমদি তাগা-থাংগা থাদরে হৈয়াই পোক্পী কোনুং ময়ুম্ মাইকৈ পাংলক্লে, মোইরাং প্রজা ময়ামসু চাইরেলনা লান্দারক্কনি খন্না লানবন্ শারম্বা মোইরাং খুন্দোলদা মোইরাং ময়াম থেংনরে, মোইরাং প্রজা উবদা য়াওশুরাক্পানা লাংগোই শগোল্ খাল্লগা মোইরাং প্রজা য়েংনা কোলোই মপাও লাওরকলে, তাও-তাও মোইরাং প্রজা পুম্নমক্ নবুংঙো মোইরাং ঙান্বগী তাংজ লুরেল্ লৌরেদো লাল্লুগী চোমাই কক্লেদো ইমোমগী মংশৎ তাল্লেদো থাংজিং লাইগী লাংওননে অথোই নাপল্ কা য়াওশুরাক্পা ইফমদা মীনম্বা ইমোমগী পুন্সি খমহনবা করি তৌজগবনো মীনম্বদো, নমু তাইবং মীবুদি মীনম্ চাবা য়াইয়ে খোইয়ুম্ লাইবুদি মীনম্ চাঙম্লোইয়ে, মরমসিনা ঐনা মাবু হাৎলেদো। মাবু হাৎপগীদমক্ মোইরাং

প্রজা নখোয়না য়াওশুরাক্‌পা ইথক্তা হুয়েন্ লানশিংনরবশু য়াওশুরাক্‌পা শমাই লৈরোইয়ে হায়না কোলোইগী মপাও লাওরবদা, মোইরাং প্রজা কনা খুমদেদো চাইরেল্ য়াওশুরাক্‌পা মথক্তা হুয়েন্ লানশিংনসি হায়দেদো, মোইরাং কনা খুমদ্রবদা নবুংঙোগী মহকচাং থাংজিং লাইমাংদা লৈহৌরবনি, চক্‌পা ইরমদম্ য়ৌরগে অসি হায়না লাংগোই কারু শেম্বাং পাইগুম্ থৌগ্রে, অশোম্‌দনা মোইরাং প্রজা পুন্না ব্রাবু খর্নৈদো ঙানবগী মহক্‌চাং লোইশিল্লুসি, অসি খন্না মোইরাং ময়াম্‌দো থাংজিং লাইমাংদা লাক্তুনা ঙান্‌বগী মহক্‌চাং থৌরম্ কাইদনা লোইশিনখ্রে, মোইরাং প্রজা পুন্না ব্রাবু খন্নরে, মোইরাং থোংলেন্ অথৌবা মপু মোইরাং নিংথৌ য়েংনা কোলোইগী মপাও মেন্‌লক্‌লে, ইনিংথৌ ইবুংঙো চক্‌পা চাইরেল্ মথক্তা হুয়েন্ লান্দসিরা স্নাগী পুক্লিং অপাম্বা তাক্‌পিয়ু হায়না হঙ্গৎলবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা ইপু থোংলেন অথৌবা চক্‌পা মথক্তা লানশিংনফদে, মোইরাং ঙানবা থাংজিং লাইগী লাংওন্নি ইপুনা খঙইবা অদু মঙাই, থাংজিং মাগী লীল্লানি চক্‌পা মমোমসু পাম্বোইবী লাংওন্নে, চীংঙু খোইয়ুম্ অনীনা অনৌবা মপোক্ লাংওনগে থৌরাংবা মাল্লিনে ইপু হায়রবদা থোংলেননা, চুম্মী ইনিংথৌ চক্‌পা মথক্তা হুইয়েন্ লান্দফদে, থাংজিং মানা শান্নবা লীল্লানি, লাইবু মীনা ঙমফদে, থাংজিং মানা অনৌবা মপোক্ লাংওল্লগে খন য়াওশুরাক্‌পা মখুত্তা পুন্সি লোম্বনি হায়না অসুম্না মোইরাং প্রজা ময়াম্ য়ান্নরদুনা চক্‌পা চাইরেল্ মথক্তা হুয়েল্ লানশিংনখিদ্রেদো। কোরৌনা মরাই চাইরকপা কান্দা য়াওশুরাক্‌পা অথৌবদো হৈয়াইপোক্ কোনুংদা থুংলরে, চাইরেল্ লাইবুং চংলক্‌লে চাইরেল্ লাইবুংদনা কম্‌দৌরী য়াওফুরাক্‌পানা মরোই-মনাও লোইননা চাইরেল্ লাইবুংদা ঈরাৎ থৌনিরমই, মশানৌ মাগীদমক্ কোরৌগী শিংবুম্ তরেৎনিচুপ্পা মশানৌ মানা হুইয়েন্ লানবু চৎখিবা নুমিৎতগী হৌনা মশানৌগী য়াইবী মাঙই মাঙদে খঙনবা অতেনবা খেনবু য়েংদুনা চীংঙু-খোইয়ুম্ মিংখৈ শোন্না মশানৌ মাবু ঙাইদুনা লৈখিদো। করিগুম্বদা মশানৌ য়াইবী মাংবা তারবা নিংথৌ মহাক্‌শু মশানৌ খোংগুন্ লীগে হায়না শারী পন্দোল্ লোম্না মনাওবু ঙাইদুনা লৈরম্বা চাইরেল্ লাইবুং চংলক্‌লে, ময়াম্ববু খুরুম্না য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা মোইরাং ঙানবা মাগী তাংজ লুরেল্ কচ্চরি লৌবীরোদো। ইমোমগী মংশৎ তাল্লেদো অসি হায়না ঙানবগী মকোক কৎলেদো, য়াওফুরাকপা নিংথৌনা মনাওবু চেৎনা

কোল্লেদো। মীৎলু পিরাং শিন্থনা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা, ইয়াম্বনা করিনা লমন্ শিংগনি ইয়াম্বগী পেনবগী ঙমখৈ লৈতরেদো, ইয়াম্বনা নিংথৌ ওইজবতনি শানৌ নংনা অকন্বা শা-লানবু পাবনিদো মোইরাং ঙানববু তাংজ লুরেল্ কক্লক্পা লানঙম্ ফিরাল্ থেৎলক্পা শানৌ নংনা পাম্বা হায়য়ুদো করিনা লানঙম্ মনা ওইগনি অসি হায়না তাক্পিরবদা য়াওশুরাক্পানা য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা ননাওগী ইথৌ পাংথোক্পদা করিগী মনানো য়াম্বুংনা নুংশিবীরীবা অদুদগী হেনবা মনাবু ননাওদা লৈতেনে অসি ব্রাবু হায়রবদা য়াওফুরাক্পা নিংথৌনা মরোই-মনাও য়েংনা তাক্পিরক্ই, ঐদি ইকাওবু কাওরুরে শানৌনা হুইয়েন্ লানবু চৎখিবা কোরৌগী নুমিৎ শিংবুম্ তরেৎনিনি চাদ-থক্তানা হুইয়েন্ লাম্থেংনবনি, খুমাবা-খুমাবী অনিদা শারেন্ তন্না তুসে লান্ঙম্ জগোই শাদুনা হরাও-মথোই কাসে হায়না তাক্পিরবদা মরোই-মনাও মখৈনা খুমাবা-খুমাবী অনীদা শরেন্ তুনবা থোং-থাক্খরেদো, নিংথৌ মনাও য়াওশুরাক্পানা য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা মোইরাং ঙানবা মকোক্সে তাইবং মপোক্ লাংওনবদা অথোই নাপল্ কাখিদো মরমসিনা মাগী লুরেল্ অসিদি পম্থৌ লুখা থানসি অসি ব্রাবু হায়না চিঙ্গোই মপাও হঙ্গৎলবদা য়াওফুরাক্পনা মনাও য়েংদুনা কোলোয়গীমপাও মেনলক্লে, শানৌ নংবু নুংশিবা অশাওবনা মরম্ ওই অফ-ফত্তা কাওরবোই মোইরাং ঙানবা থাংজিং লাইগী লাংওনবু করম্ লুখা থাগবনো মাগী তাংজ লুরেলসে চাইরেল্ লাইবুংদা খুবম্ য়াদুনা ঈরাৎ থৌনিরবদি লৈপাক্ খুনজাওগনিয়ে লৈপাক্ চাকহোং-ঙাহোংগনিয়ে অসি ব্রাবু হায়না তাক্পিরবদা য়াওশুরাক্পানা য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা য়াম্বুংনা পাম্বা থৌরমদো ননাও করি হায়জদে য়াম্বুংনা ফৈ, হায়না তাকপিবা ননাও য়াজরে হায়না মচিন্-মনাও য়ানরদুনা খুমাবা-খুমাবী অনীগী শরেনগী চাক্লেন্ চারেদো। শরেন্ চাবা লোইরগা মোইরাং ঙানবগী মকোক্তো লৈরোন্ চল্লেদো, লৈরোন্ চনবা মফমদো পুংবু চাওনা থোনলেদো, অচৌবা পুংদুগী মথক্তা (ঈরাং পুনবু থমলেদো) শিংঙেন্ লৈরাং লৈহুন তমলেদো অঙৌবা ফিরাল্না লৈপুং থুংনা য়ুংলেদো অসুম্না মোইরাং ঙান্বা মকোক্তো চাউনা হোংলেদো ঙাংঙোই হায়না কোলোই মিংথোল্লে অদু নোংদগী হৌনা ঙসি ফাওবা চাইরেল্ খুঞ্জা হরাওবদা চহিগী তৎতনা ঙাংঙোই হোংইদো ঙাংঙোই হোংবা লোইরগা নিংথৌ প্রজা পুম্নমক্

ময়ুম্ মোংবা মরানয়াইদা হন্নদুনা পোখানখ্রেদো। অসুম্না চাইরেল্ মতম খরা নুংঙাইনা পাল্লিদো। অসোমদসু চহিগী মোইরাং হরাওবা মতম য়ৌরক্লবদা থাংজিং লাইগী অমাইবীনা কোলোয়গী মপাও অসুম্না চেল্লেনে, কুমশি চহিগী হরাও মথোই কাবদা চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্‌পা মমোম্‌লোই হৈয়াইনুগী শিংঙেলগী লৈহন্ তম্‌দুনা তম্‌মো লৈপাক্ খুনজাওগনিয়ে হায়না চীংঙু লাইপাও চেনখি অদু নোংদগী হৈয়াইনুগী শিংঙেল্ লৈহন্ তমদুনা মতম খরা অমুক্ মোইরাংশু নুংঙাইনা পাল্লিদো। নাকেন্ থাগী মতম্ লোইশ্রগা কুম্‌গী নোংহৌ লাক্‌লগা মালেম্ লৈমা হরাও মথোই কারক্কনি অনৌবা ফিজোন্ হোংলক্কনি উপাল্ ব্রাপাল্ খুদিংমক্ অনৌবা য়েন্নীং হুল্লক্কনী মালেম্ লৈমাগী ফজববু উরগা শাবী-শানৌ কয়াগী পুক্লিংশু হরাও-মথোই কাগনি, মতম্না কনাবুশু ঙাইবীদে অব্রাবগী ব্রানা নুংঙাইবগী নুংঙাইনা অসুম্না লোইখিনি তাইবং খোংচৎশু, য়াংগংলবা তুরেলগী ইচেশু কুমগী মতম ওইরক্লগা ইমাই চোন্না চেল্লক্কনি ব্রাকচিংগী উলেন্‌না য়েবদা পত্থরবা লৈরাংশু বসন্তা ঋতু লাকলগা অনৌবা য়েনিং হুল্লক্কনি, অপোম্বা লৈরাং কয়াশু লৈশাৎ তমল্লক্কনী, অশাৎপা লৈরাং কয়াশু লৈমাইথক্তা কেনখিনি, মতমগী তোর্বান্দা হৌজবা হৈরাং-লৈরাং কয়াশু মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা হুমলক্‌পদা অব্রা মৈশা লাংখিদবা য়াওদেদো লেপ্পা লৈতনা চেল্লীবা মতমগী ইচেন্দি অওনবা কাংখোংগী পাংখক্‌নি হোংবা নাইবা জগৎনি, পুন্নমক্‌না ওল্লবশু ওন্দবা অমখক্তি লৈ, মহাক্‌তুদি পুন্নমক্‌পু শেম্বীবা জগৎকী মপুনি, অসুম্না ওনলক্‌পনা চাইরেল্ মোইরাং লৈবাক্ অনিশু মতম খরা নুংঙাইনা পাল্লেদো, মপু মোইরাং নিংথৌনা মচালৈতবনা মরম ওইদুনা নুঙাই পুন্সি ফংদেদো চীংঙু থাংজিং থাগোন্না ঈরাৎ থৌনিজবনা নিংথৌ শিন্থা ওইরেদো। অমরোমদনা কমদৌরী পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা য়াওফুরাক্‌পা য়াওশুরাক্‌পা নিংথৌ মচিন্ মনাওশু লৈপাক্কী য়াইফনবা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনিগী মফমদা ঈরাৎ থৌনিজরেদো, চীংঙু মোইরাং থাংজিংনা মোইরাং লীল্লা শান্নগে খন্দুনা তাইবং মপোক লাংওনলে, মপু মোইরাং নিংথৌগী মপারী ওইনা থাংজিংনা অনিরকশুবা তাইবং মপোক্ লাংওল্লবদা মোইরাং নিংথৌনা হরাও মথোই কা মপারীগী কোলোই মিংথোল্লে; থাংজিং লাইনা অহানবদা ঙানবা তাংলৌখোম্বা কৌনা লাংওনখিবা মতুংদা অনীরশুবা ওইনা লাংওনলে,

ঙান্বগী কোলোই মিংথাং লৌদুনা ঙাংঙোই অহোংবা অসুম্না কোলোই মিংথোল্লে, মোইরাং নিংথৌনা মপারীসিবু চাউবা লেপতম্ ফানবা য়োক্খিসনু ।



চক্পা চাইরেল্ খুম্ন্থোক্লোন্

# নিংথৌজা সলাইনি ঙাংয়েক্ মচুনী।



থম্না পোকপী পুম্ব্রিদসু শুরুং অমা লৈ ॥

# অনীশুবা শরুক

মোইরাংদা চেংলৈ নিংথৌগী মপারী ওইনা চীংঙু থাংজিং মবুংঙোনা লাংওনখ্রবদা অসোমদনা কম্‌দৌরী পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা অয়াং লৈমা পাম্থোইবীশু য়াওশুরাক্‌পা অমদি লোখা নিংথৌ চনু থোইনুগী মমোম্ লাংলেন্ ওইনা তাইবং মপোক্ লাংওনলে, তাইবং মপোক্ ফাওরম্‌দাই অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা নিংথৌ মচিন্ মনাওগী খোম্‌লেন্ মংলান্দা অসুম্না খোইয়ুম্ লাইরেম্বীনা পাওতাক্‌পীরে ঐগী অহান্‌বা তাইবং মপোক্ লাংওন্‌বা তাইবং কুম্মে নুংঙাইবা মপুংবু ফাখিদেদো মরমসিনা অনীরক্‌শুবা ওইনা অমুক্ হন্না তাইবং মপোক্ লাংওন্‌গনি, হন্দক্ ফংগদৌরিবা নমোমসে পাম্থোইবী ঐগী লাংওননে, লৈরাং লেমনা মাংলোইয়ে হায়না নিংথৌ মচিন-মনাওগী মংদা তাক্‌পিরমই, মতম খরা লৈরগা অঙাংনা তাইবং ফাওরেদো অঙাংনা তাইবং ফাওরবা কান্দা নিংথৌ মচিন্-মনাওনা অঙাংগী কোলোই মিংথোল্লে, অয়াং লৈমা পাম্থোইবীনা তাইবং মপোক্তা তোইনা লাংওল্লি হায়দুনা লুৱাং তোইবী লৈমা অসুম্না কোলোই মিংথোল্লে, চীংঙু খোইয়ুম্ অনীনা লাংওন্‌বা অঙাং অনীসি অমনা ময়ুম্ মোইরাং লম্‌দম্‌দা অমনা পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা নিনি পান্‌বা থাজগী পাংখক্‌নি, নিনি পান্‌বা থাজ মানা থাজগী মকোই ফাবা পুর্ণিমা মাবু তানগুম্‌ই, অঙাং অনিসি চাউবা লেপতম্‌লকলে শাংবা লেপফারক্‌লেদো, মতম অদু শা-লান্‌গী মতম ওইবনা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবা শা-লানগী খুৎশু খুৎলাই নিংথিনা হৈরেদো চীংঙু থাংজিং মাগী লিল্লনি তাইবং কনা খঙঙমদবা নোংমগী কোরৌ নুমিৎনি মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো তরা চাক্‌ঙন্ চাদুনা মরোই-মনাও লোইননা পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা চক্‌পা ফুশাববু য়েংলুসি থাংগা লৈকাই কোইরুসি অশুম্না পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো মরোই-মনাও লোইননা লাক্‌খিদো, পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদা য়াওশুরাক্‌পা মমোমদো ফুশাব খুঙ্গং ওইবনা লৈকাইগী মচে-মনেম্ কয়াগা খোইনৌ মতারোই কয়াগা লোইননা ফুশাব খুলং তৌরমই, য়াওশুরাক্‌পা মাংগোন্দা, মতমগী তাঞ্জা ওইবদা ঙাংঙোই অহোংবদা মরোই-মনাও লোইননা য়াওশুরাক্‌পা মাংগোন্দা চংলক্লে, য়াওশুরাক্‌পানা তম্বা নখোইবু পোইরৈ

কৈদগীনো করি মরমগীদমক্ য়াওশুরাক্পা ইকা তম্লক্পনো হায়না হংলবদা মোইরাং ঙাংঙোইনা কোলোই পাউখুমখি, তাবিয়ুনে চাইরেল্ অঙম্বা ঐখোয় পোইরে মোইরাংদগীনী চক্পা ফুশাববু য়েংনিংদুনা থাংগ লৈকাই কোইজবনি, অসি ব্রাবু হায়রবদা য়াওশুরাক্পানা অদুগী মরম্ ওইরবদি পারী মান্‌বা নখোয়বু চাইরেল্ ফুশাববু ননিং তম্না য়েংজৌদো ঐদি লৈপাক্কী থৌবু পুবনা পারী নখোয়গা ব্রারী শাবা মতম লৈতেনে, অসুম্না হায়দুনা য়াওশুরাক্পাদো ময়াম্বা য়াওফুরাক্পা নিংথৌগী নাক্তা চংখরে, য়াওশুরাক্পানা চংখ্রবদা ফুশা খুলং তৌরীবী নুজা ওইবীশিং থোইনৌ মতারোই অমানা চুমথাং ফক্পু পুথোক্লে, ফমফম্ লাংবু পীরেদো ফম্ফম্ লাংদা চংদুনা মখোয় পুন্না ফম্লেদো খোয়নৌ মতারোই অমানা থাংগা খুদোং হাল্লেদো খুদোং তন্না পীরেদো। শাবী-শানৌ পুন্না ফম্মিন্নবা ওইবনা মাগী-মাগী অপাম্বা হায়নদুনা ব্রারী শান্নরক্ই ময়ামসিগী মরক্তা শাবী-শানৌ অনি অমদি য়াব্রা কোলোই পাওমেন্নদা লোন্ন-লোন্না মিৎচানৈ মথোৎ কারকপা শাবী-শানৌ ওইবনা পুক্লিংগী অপাম্বাদু কোক হেক হাইদোক্লবদি ঙম্নদে অদুবু লোন্না লোন্না য়েংনবদি তোক্তে তশেংনা মিৎচানবশু ঙম্দেদো করিগুম্বদা মিৎচানরুরবশু ইকাইবনা মরম্ ওই, মালেম্ লৈমাই য়েংনা খাঙ্জবা নত্তনা শাবী-শানৌ অনীগী উপাই লৈজদে ফুশারীবীশিংগী মরক্তগী খরা অহল্ ওইবী অমনা ইবুংঙোখোই ঐখোয়গী ফুশাবা অসি য়েংবা নুংঙাইত্রা ? লৈশাবীনা মশক্ ফজবা য়াওবনে, ফুশাববু মিৎয়েং তাবীরিবা ইবুংঙোখোয়সু চেংলৌ শক্লা হেনবনে পুক্লিং লিননা ঙানবনে ইমাখোইসু অহল্ মতম্ ওইরে হায়বা ব্রাখলবু কাওরে পুক্লিংসি কৈনোমা তৌরেদা ইওন্ ওল্লেদা অশুম্না অহল্ অমনা ফাগী তৌরক্লবদা ময়াম্ হৌদুনা নোক্মিন্নৈ, পাখঙ্ অমনা নুংঙাইখ্রেদা ইমা ঐখোয়দি ফুশাববু থোইনা য়েংজনিংদ্রে লৈশাবী য়েংজবা অসিনা থোইনা হেন্না পামজখ্রে, অদুগা ইমা ঐখোয়দি ইয়ুম্ মোইরাং লমদম্দা হননিংদ্রে, য়ারবদি অসিব্রাইদদুম খুলহোংলক্লসিরা হায়নবু খল্লেদা অদুদা ইমা লৈশাবীশিংশি পাম্বগী খুলহোংলক্নিংইবনিদো অদুদা মখোইগী কনা কনাগুম্বা অরোনবা খোইমুগা - গাক্ লৈরমদুনা ঐখোয়বু অরেম্বদা তারগদ্রা খনজেদো নুপী অহল অদুনা খুমদ্রিঙৈ লৈশাবী অমনা মরক্ থৎতুনা করি ব্রানোদা মোইরাং ইবুং য়াবু য়ানরবদি মপাম্দা লৈরিবী নিঙোল্ ওইবী ঐখোয়দি লৈরাংগা পাংখক্নি পাখং ওইবা

নখোয়সু খোইমুগা পাংখক্নি তরা থোক্লা খন্নসি তরা থোক্লা ঙাংনসি অসিবু শেন্ তিংবরো অদুদা লুরিবদি মোইরাং ইবুং ঐনা হায়জরিবা অসিনা ময়ামগীনীদো ঐগীদি পামজবা মানবু ইহাই হেক্ হায়রক্তবা অসিদা ঐনদুম্ ব্রা হৌরসিরা হায়না খল্লক্লে, করিগুম্বদা ঐনা হায়হৌদ্রগা মানা অপাম্বা অমদা হায়জিনখিবা তারবদি নিংঙোল্ ঐদি শীংঙেল্ অরেম্বা লৈরাং অতিংঙা তাহৌরেদো, ময়াম্ হৌদুনা নোকমিন্নবা ময়াম্ অদু নুমিৎতুদা ইহান্ হান্না উনবনি, অদুবু খর-খর ঙাংনরক্লবা অদুদদি খরা অহল্ ওইবী অদুনা ঙাইখোনেহে লৈশাবী শারীশা নখোইবু হৌনা খঙদবা তৌগনু মোইরাং নবুংশিং অসি য়াংদৌ লমশাং লাক্পগী ব্রারমলগনি, শংলৌ শীংজু মথেলদুম্ চামিন্নসি শীংজুদুম্ শুরুদো হায়না হায়রক্লবদা লৈশাবী, মোইরাং ইবুংখোই, ঐখোয়গী লৈজবা হায়ববু শীংজু চামিন্নসি শীংজু শুরুসি হায়না লৈশাবী অহুম্ চঙখ্রে মদুদা লুবাং তোইবী লৈমাশু য়াওখ্রে, ময়ামদু শীংজু মথেল্ ঙাইদুনা লৈহৌই, মরক্ অসিদা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো নুজা মাবু চাননা য়েংজবশু ঙমদা নুজা মানা লৈবা মাইকৈদা লোন্না-লোন্না য়েংলক্লে, ইমুংদগী লৈশাবী অমনা য়েংথোরক্পদা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবগা মিৎচানরুরে মিৎচানবদা লৈশাবীনা হো মোইরাং ইবুং লোন্না-লোন্না য়েংদ্রবসু শংলৌ মথেল্ শোইবদুম্ খরা পাংবিরোলাও হায়না হায়রক্লবদা ঙাংঙোই অহোংবদো হান্ননা নুজা মাগী নাক্তা চংনিংঙম্বগা মতা চানরদুনা ইতে চুম্মীনহে ময়ামগী চাননবা হোৎনবদা মী খরতনা হোৎনরবদি ব্রারগনি ঐসু য়াওবীগে হায়দুনা ঙাংঙোইদো ফমফম্লাংদগী হেক্ হৌগৎলক্লবদা অহল্ অদুনা হোই-হোই ইবুংঙো খরা পাংবীরুচো হায়নরিবনি অহলশিংনা পাখংগা লৈশাবীগা, ঙানুগা খোংবানগা ইবুংঙোখোই নখোইগী নতৌসি উবদা ঐশু ইঙাওবু ঙাওরেদা ফুশাববু পুক্লিং চংদ্রেদা থায়নগীদু নীংশিংলক্ইদা। মরকসিদা মাতগা য়াওরবদি ঐগী নীংবসে মপুং ফাগদবনি মাশু তাঞ্জা খঙখিদ্রে লাইমা অসি হায়না ফাগী তৌরক্লবদা ময়াম্ হৌদুনা নোক্মিন্নবা, মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবাদো ইকাই ইকাইনা লৈশাবীশিংগী নাক্তা চংখ্রে, লৈশাবী অমনা মোইরাং ইবুং শংলৌ মথেল্ শোইবা য়াওদ্রবসু য়াইয়ে লোন্না-লোন্না ইবুংনা য়েংবা অদুদা হায়জবনি ঐখোয় শেম্জগে কুম্মৈ য়েংবীয়ু হায়দুনা ফাল্ অমা পীদুনা ফম্হললে, ঙাংঙোইশু ঐশু য়াওগেদা নুংঙাইতে হায়দুনা মথেল্ শোইবা

য়াওরেদো ঙাংঙোইনা মথেল্ শোইবা য়াওরবদা লৈশাবী অনি অদু ফরে অদুদি নখোই অনিনা মথেল্ শোইরো অদুগা ঐখোয় অনীনা মোরোক্ অদুগা মরোই-মপাং শেম্মগে হায়না লৈশাবী অনী অদু মথেল্ শোইবা তোক্খ্রে, তাঞ্জা ফংলদুনা ঙাংঙোইনা শানৌ ইবেম্মা নংবু চাইরেল্ পম্থৌ কনানা পোক্পনো কোলোয়না করি কৌবগে লৈরাংগী অরোনবা খোইমু লৈখ্রবরা হায়না চিংগোই পাওহংলবদা লুৱাং তোইবী লৈমনা মোইরাং ইবুং পম্থৌগী কোলোইনা চাইরেল্ য়াওশুরাক্পনে ঐগী কোলোইনা লুৱাং তোইবী লৈমা কৌই, অদুগা লৈরাংগী অরোনবা খোইমু কনা লৈজদে, অসি হায়না পাওখুম্লবদা ঙাংঙোইনা পাখঙ্ পুক্লিং খোইদাজবী লৈরাং নংবু হেক্চরগা পাখঙ্ নাপ্পদা চিন্জগে হায়ববু নিংঙোল্ পুক্লিং চিংনবরা হায়না হংলক্লবদা মোইরাং ইবুং ঐগী পুক্লিংগী ৱাবুদি খঙবা য়াখিরোইয়ে ইবুংবু মোইরাং পম্থৌ কনাগী মপারীনো অদুগা কোলোইনা করি কৌবগে হায়না হায়রবদা, ঙাংঙোইনা শানৌ ইবেম্মা নুংশিবী পাখঙগী কোলোইনা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবা কৌইদো অদুগা পাখঙ্বু পোকপা পম্থৌদি মপু মোইরাং নিংথৌনি, নিংঙোলগী য়াৱা ফিগৈ শেংউদা অসি হায়রবদা করি ৱানোদা মোইরাং ইবুং ঙসি নোংদা শক্খঙনবা ইবুংদা করম্না নিংঙোল পুক্লিং শীন্নগনি নিঙোল্ পোক্পী পম্থৌ মাদি পাইমা লিংজেল্ খাবনি পম্থৌগী য়াৱা মপাও তুংইন্না নিংঙোল থৱাই কচ্চগে হায়না পাওখুমলবদা ঙসাইমখৈ তুমিন্না তারম্বী লৈশাবী অনী অদু ফাক-ফাক্ নোক্লক্লে, নখোই অনীবু য়ানরবদি ঐখোই অনিনা অমানা পলেম্ অমানা পম্থৌ শা লুহোংবীগে চীংনগনু হায়না নখোই অনিদি শীংজু মথেলদি শোইদ্রে অদুগা থমোই থমোই কংথোক্লুরে ফরে লাকও মপান্দা খোল্লুসে ময়াম্ পুন্না তোংলুরসি হায়না মথেল্ পুথোক্খ্রে, মখোয় পুন্না থোরক্তুনা ফমখ্রে ইমুংগী লাংবা অদু তাদুনা নুপী অহল্ অদুনা ঙাইখো নখোয়না ইমুংদা লাংইবদো করিগীনো লৈশা পাখঙ ৱাংপা য়াওরবরা ? ঐ নুংশা থীরক্লে পাখঙ্ লৈশাবী মশীং থীহৌদবা য়াদে হান্না ৱাংখিবনা ৱাংখ্রে অকোনবা অসিদদি মশীং ৱাংলবদি শোইদে ঐবু ইরু কোকথোক্পা অসি হায়না ফাগী তৌরক্লবদা ময়াম হৌনা নোক্মিন্নৈ ময়াম্ পুন্না শিংজু চামিন্নবা লোইরদুনা নুমিৎ চীংয়া থাংলক্পা কোরৌনা মমি শান্নক্পা পোম্বী চেক্লোনা মহুমনুংদা হল্লক্পা অশুক্ঙৈগী কাল্সিদা মোইরাং পাখঙ্ মখৈদো নুপী অহল অদু য়েংদুনা ইমা

ঐখোয় ইয়ুম মোইরাং য়ৌখ্রগে, হয়েং অমুক্ লাক্কেকো ইমা ঃ হায়না হায়রবদা নুপী অহল অদুনা ফরে ইবুংঙোখোই য়ৌখ্রো অদুগা হয়েংদি অমুক্ লাক্লগনু নখোই লাক্লগা লৈশাশিংসে থবক্তা পুক্লিং চংদ্রেদো। থবক্তা পুক্লিং চংদবদি লাইদো লৈশা মশীং ৱাংকনি চীংনরেনে অসিননি ইমানা হয়েং লাক্অগনু হায়রিবসে হায়রবদা, পাখঙ্ অমনা অদুগী ৱাবুদি ইমা ঐখোয়গীশু পাখঙ মশীং ৱাংকনি ইমাখোয়গীতা নত্তেদা অসুম্না নোক্লদুনা বীদাই তৌনদুনা পাখঙ্ মখৈ অদু ময়ুম মোইরাং পাংলক্লে, অসোমদনা কম্দৌরী লুৱাং তোইবী লৈমদো মথংলেন্ ঙাংঙোইগা নুংশি মিৎচানরুবা পাইমা নুংদা খোইদজবা পাখঙ্না চৎখিবা মাইকৈদো মিৎপু কুপত ঙাইহাক্তং য়েংজৈদো ফোংনা য়েংজবসু ঙমজদে নুজাগী মপোক্ ইকাই থীবনা অসুম্না মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবসু মরোই মনাও লোয়ননা ময়ুম মোংবা মরান্য়াই য়ৌখিদো ময়ুম্ লমদম্ য়ৌরবদা ঙাংঙোই অহোংবনা মরোই মনাও য়েংনা হয়েং ইনুং ঙাল্লগা তরা চাক্ঙন্ চাদুনা চক্পা চাইরেল্ লমদমদা থাংগ লৈকাই কোইরুসি অসুম্ হায়নদুনা ময়ুম্ ময়ুম্ চংনখি, মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো ঙসিদি নুংতিগা মান্নদে, মাগী মাইথোংদা খোইরুম্ মোমোন্তা নোক্নিংই উরুবা পোৎশক্ খুদিংমক ইনৌত মনৌই অশুম্না তৌবা মাল্লে শাবী-শানৌগী পুন্সিদি, অসুম্না ঙাংঙোইদো নুমিদাংগী তরা লুকোই মথেল্ হৌরেদো চাক্লুক্মাংদা থা তরাগী মথেল্ কয়ানি, অদুবু ঙসিদি তরা চাক্পু থোইনা চাদ্রেদো চখোম্ অমা-অনী হুপলগা ঈশিং খরা থক্লগা তোকখ্রে, মচাগীদমক্ ৱাজরবী পলেম্ ওইবী মমানা ইবুংঙো নংবু ঙসিদি তরাগী চফম্ ফানা চাদববু হেদো নাহে তম্বরা কোক্পানথোংবু চীক্পরা হায়না হংলবদা ঙাংঙোইনা পলেম্ য়েংনা ইমা ঐ কৈশু তৌদেয়ে ঙসাই কোরৌ মৈশা খাংবদা অচোই-অপা খরা চাশিনখ্রে অদুননি হায়রবদা পলেম্ ওইবী মহাক্শু চুম্মবোই নীংদুনা মচানা চারম্বগী লুখাক্ শেংদোক্লুনা নুমিদাংগী থবক্ লোইশিন্দুনা তুম্নবা থৌরাং তৌখ্রে। ঙাংঙোইশু মাগী তুমফম্ কাদা চংদুনা তুম্নবা থৌরাং তৌখ্রে, ঙাংঙোইদো খোমলেন্ তুমখুন্ হুনগে খন্না তুমথজবনি, অদুবু অঙক্পনি খোমলেন্ তুমখুন্ হুল্লুবদি হায়রুনু ৱাখলগী মংলান্দা তাউরক্লে, মাগী নুংশি মিৎয়েংদো, মোমোন নোক্পা মিনোক্তো তাম্না মানবী মখোনজেল্ হায়খিবদো মহাক্না পম্ৌ পাইমা লিংজেল্ খাবনি পম্ৌ য়াৱা তুংইন্না নিংঙোল্ থৱাই কৎকনি,

চাইরেল্ মোইরাং অনীগী মমাংগী ৱারী নীংশিংলক্ই, মোইরাং ফমনাইবা অমদগী তাখিবা ৱারীদু, করিগুম্বা চাইরেল্ অঙম্বা মানা হান্নগী মোলোমদগী পম্থৌ মফমদা পীরক্তবা থোক্লবদি, অসি ৱাবু খল্লুবা ঙাংঙোইদো খোমলেন্ য়াতাবা য়াখিদে, ইনুং ঙানববু ঙাইরক্ই তুম্মগে খন্না মিৎপু উইশিল্লি, অদুবু তুম্থবদি ইয়া য়াদেদো ৱাখল্গী মংলানদো তোক্পা লৈতে তৎতনা লক্নররি ঙাংঙোইবু, খোমলেন্ তুমখুন্ হুনবা য়াদা অহিং তাংলৌ অথেংবা নোংয়াই ইচিক্ হুল্লক্লবদা ঙাংঙোইদো তুম্মলম্বদগী মপাল্ থোরক্লে ফাইরেন থাগী থামৈনি লমতা থাগী থায়াইনি, নোংয়াই ইচিক হুল্লক্পা নোংঙাল্লমদাই থাজনা নোংচুপ্ চীংয়া থাংলক্পা লিরি শিৎপা মালংনা হৈনম-লৈনম্ পুরক্পা নীংবা কাইরবা শাবী-শানৌগী থোইনা হেন্না মৈচাক্ হাপ্ইদো নুংশি মৈশা লাংলবা ঙাংঙোইদো তৌফম খঙদা অথাপ্পদা মিৎয়েং থমলক্ই, অরাপ্পদা লমজাও লামমৈ চাক্পবু উরগা লমজাও খোন্না চাক্লিবা অরাপ্পাগী লাম্মৈ নহাক্তি অহিং তাংলৌ থেঙলক্অগা নোংমদোল্ লিক্লা তারক্লগা (নাদোম্ মুৎকনিদো পাখং থম্মোয়দা চাক্লিবা নুংশি মৈচাক্সিদি অহিং তাংলৌ লৈনা থেংলক্লগা নোংদোল্ লিক্লা তারক্লগা) থোইনা অহোইনৈদো অশুম্না ঙাংঙোইদো ইনুং মাবু ঙানবদো ৱানা ঙাইখিদো, অমারোমদনা কমদৌরি ঙাংঙোই মাতা নত্তেদো লুৱাং তোইবী লৈমশু ইনুং মাবু ঙানবদো থোইনা ৱানা খাঙজখি, মানা ঙসাই হায়খিবা য়াৱাদো তম্বা ওইবা মহৌশা অশাওবনা মরম ওই নুজা নাক্তা খোংদোইরক্লরোইদ্রা ৱাজৈদো অশুম্না তোইবী লৈমাশু ইনুং মাবু ঙানখিবা খঙহৌদে মথংলেন ৱাখল্ খল্লিঙৈ অসুম্না ৱানা লেনখিবা অহিংদো হৌখ্রে, তাইবং মিকপ্নরেদো, লুৱাং তোইবী লৈমাশু তাইবং শিন্থাদা পুক্লিং চংলেদো, নাকল্ অমরোম্দনা মোইরাং ঙাংঙোইদো তরাগী চাক্ঙন্ চাদুনা মরোই-মনাও লোইননা চাইরেল্ লমদম্ য়ৌরক্লে ঙরাংগী ফুশা খুলংদো পম্থৌ য়াওশুরাক্পা মাংগোন্দা অদুম্মক্ পুল্লমই, ঙসিদি ঙন্তা য়ৌরকপদা লুৱাং তোইবী লৈমদো পুক্লিংদা খরা হরাওজৈ ঙরাংদগী ঙসিনা নুজাদো থৌরম্ পাংবা হেল্লিদো চুমথাং ফক্পু পীরেদো মোইরাং ইবুং অঙম্বাখোই ফমফমলাংদবু ফম্বীয়ু হায়না ফিদা পিরবদা মোইরাং পাখঙ্শিং পুন্না ফমমেদো নুপী অহল্ অদুনা করমনো ইবুংঙোখোই ঙরাংতা ঐনা লাক্অগনু হায়রগা ঙসি ঙন্তা খোংদোইরক্উ হায়বগুম্ থোক্লেদো, চাইরেল্ মোইরাং

অনিসে ঙাই-সেনবু ওইবদা লৈপাক্ ৱাথোক্‌পু ওইখিবা মমাংগী ৱারিবু নীংশিংউ হায়রবদা ঙাংঙোই অহোংবনা তাবীয়ুনে পলেমও ! মমাংগী কয়া তাজরে অদুবু মানা-মানা তৌজবনা মানা-মানা ফংজবনি অসি ৱাবু হায়না ৱারী শানা-শানা তোইবী লৈমদো থাংগ খুদোং পীরেদো লোন্না-লোন্না মীৎচনৈ, খোইরুম মোমোন্তা মীনোক্‌নৈ অসুম্না হরাও মথোই কা নুংশি নুংওন্ ৱারী কয়া শা, ঙসিশু ঙরাংগুম্ শংলৌ শীংজু মথেল্ চামিন্না পুক্লিং ৱাবু ফোংদোক্‌নৈদো অসুম্না ঙাংন ঐগী পুন্সিগী অহানবা যৌবনগী পুন্সিদা নুজা নংবু মিৎচানরুবা পাখঙ্ ঐদি পোত্থাফমবু খঙদ্রেনে নুজাগী পুক্লিং ৱাবু শেংউদা অসুম্না কোলোই পাওহংলবদা তোইবী লৈমনা শাবী থংলেন মানজ পাম্মুবা পাখং নংতা নস্তেনে নোংদমগী লাইবক্ থীবী ঐহাক্‌শু থংলেন নংগা মিৎচানরুবা নুমিৎতগী নিংঙোল ঐহাকশু পাইমা পুক্লিং লৈতদে অদুবুনে পাম্মুবা নিঙঙোল্ পোক্‌পী পম্থৌদি পাইমা লিংজেল্ খাবনি, চাইরেল্ মোইরাং অনীগী মমাংগী ৱাবু নীংশিংউদো করিগুম্বদা পম্থৌ পুক্লিং খঙদনা নিংঙোল্ থৱাই কৎলবা খাইনা মৈশা লাংগনি, মরমসিনা পাখঙ্ নফমদা নিঙোল্ থৱাই কৎঙমদে পাখঙনা নিঙোলবু নুংশিবীবা লৈরবা পম্থৌ মকাদা চঙবীয়ু নোঙ্ঞ নতৌ উৎপিয়ু নত্তুবদি নিঙোল্ থৱাই কৎঙম্‌লোই অশুম্না কোলোইগী মপাও মেনজৈদো নিঙোল্ পুক্লিং ৱাবু খঙলবদা শংলৌ শীংজু মথেল্ চামিন্ন হরাও মথোই কামিন্না অনীদো লোন্না-লোন্না মিৎচানৈ অসুম্না মতমনা হৌখিবনা নুমিদাংৱাইরমগী তাঞ্জা ওইরেদো মশানৌ মাবু বীদাই তৌরগা ময়ুমগী মোংবা মরানয়াই পাংখিদো, নিঙোল্ তোইবী লৈমাশু মথংলেন্ মানা চৎখিবা হুরানদুনা লোন্না য়েংজহৌই তোইবী লৈমদো নুমিদাংগী থৌদা পুক্লিং চংদুনা তৌগদবা মথৌ লোইখরে তুম্মগে হায়দুনা নিঙোল্ কাদা চংস্ত্রে যৌবোনগী মথোৎ কারক্‌পা মতম্ ওইবনা শাবী-শানৌ অনিসি, চীংঙু-খোইয়ুম্ অনীগী মপোক্ লাংওন্ কাওনরেদো নুংশি ইপাক্‌তা ঈরাক্লরেদো, খোমলেন্ মাবু ফংঙম্‌দা তাইবং মপোক্ করম্ লেন্‌সিগে পম্থৌ মাগী ৱাখলদা থংলেন মাবু খোইদাদরবা নিংঙোল্ পুন্সি করম্ লেন্‌গনি, অসুম্না তোইবী লৈমদো ৱাখলদা ইরাক্লা কোরৌ মশিং পানা মথংলেন্ পোইরৈ য়েংজখি, অসোমদনা কমদৌরি ঙাংঙোই অহোংবদো ঙাওচৎনবা পাংখক্‌নি, তুম্মে তুম্না, চারে চানা নিংঙোল্ মাবু কাওঙম্‌দা পম্থৌ মকাদা ফোংসি ফোংঙমদা ঙাংঙোইদো পাখঙ্

শিন্থদা পুক্লিংবু চংদ্রেদো ঙাংঙোই মতৌবু উবদা মপু মোইরাং নিংথৌনা মরোই মনাওগা ব্রাবু তানরেদো ঙাংঙোই খোংলোইদগী খংলেদো চক্পা চাইরেল্ য়াওশুরাক্পা মমোম্ মশুংলাংগীবু ব্রাবনে লুব্রাং তোইবী লৈমা মাবুনত্তনা ঙাংঙোইদি লৈমা ফম্বাল লাংলরোই তালোই তুংইন্ তমলরোই অসি ব্রাবু হায়না থাংজিং লাইমাংদা থাংলেন্ মখুৎশু চিক্ল শরি পন্দোল্ লোমখ্রে হায়না ঙাংঙোই খোঙ্লোইদগী খঙলেদো, মপু মোইরাং নিংথৌনা মপারীগী পুক্লিং ব্রাবু খঙলবদা লৈপাক্কী ফম্নাইবা অঙম্বশিংগা ব্রাবু তানরেদো চক্পা চাইরেল্ লমদমদা য়াওশুরাক্পা মমোমবু নিরুসি হায়না লেপ্লরেদো, কোরৌগী অফবা অমদা মোইরাং নিংথৌদো লৈপাক্কী ফম্নাইবা অঙম্বশিং লোইননা পোইঁরে চাইরেল্ লমদমদা লৈমা মাবু নিবা লাক্লেদো, মোইরাং ময়াম্ উরবদা য়াওশুরাক্পনা কলোইগী মপাও লাওনা হংলক্লে, অব্রাং পোইঁরে মৈতৈরা ? খুমন্লা, মোইরাংলা কনানো চক্পা চাইরেল্ থক্তা লান্দবরা হুয়েন্ লানশিংনবরা হায়না পাওহংলবদা মোইরাং নিংথৌনা পাথৌ য়াওশুরাক্পা অশাও খাম্বী মৈবু মুৎলুদা মোইরাং প্রজা ঐখোয়নে চক্পা চাইরেলদা হুইয়েন্ লান্দরোইয়ে হুইয়েনগী লান্শিংনবা নত্তেয়ে পাথৌ নফমদা নুংওন্ ব্রারী শানিংদুনা চাইরেল্ নরমদম্ পাংলক্পনি, অসুম্না পাওখুম্খিদো চাইরেল নিংথৌ মচিন্-মনাওনা অথেন্ পোৎকা লোইননা মোইরাং প্রজা ওক্খিদো, চাইরেল্ মোইরাং অনীদো য়াওফুরাক্পা কোনুংদা তাংবল্ পীনা ফম্মিন্নে, নুংঙোল্ ব্রারী শামিন্নে মপু মোইরাং নিংথৌনা চাইরেল্ নিংথৌ য়েংদুনা অসুম্না কোলোইগী মপাও মেনলক্ই তাবিয়ুনে পাথৌ মরুপ্ মাঙগী ব্রারীবু কাওথোক্লা নামোমগী লাংলেন্ ইবেম্মা লুব্রাং তোইবী লৈমসে, পারী ঙাংঙোই অহোংবদা খরাইথক্তা লৈহাপ্ লৈরোং লাইদ কৎপগুম্ নিংঙোল্ মাবু চক্পা নফমদা নিজগে মোইরাং প্রজা লাক্চবনি, পাথৌ নফমদা কৈখা নোনবগুম্ চঙজরী অসি ব্রাবু তাবদা চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্পনা তাবীয়ুনে পাথৌ চাইরেল্ মোইরাং অনিসে মমাংগী ব্রাবু নিংশিংইদো শানৌ মাগী ব্রাবু তাখিসি হায়রক্লবদা য়াওশুরাক্পানা য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা মমাংথক্কী ব্রারীদা ইমোম্গী য়াব্রা তাদনা ঙানবা মঙোন্দা ইমোমবু শীন্নরুবা ইমোম্গী পুন্সি লোমদনা পুন্সি খমখিদো মরম্ অসিনা য়াম্লুং অনীগী নফমদা ননাওনা হায়জনিংবদি, ইমোম্ য়াব্রা মপাও তাদনা ঙম্মী হায়দুনা কোক্ হেক্

পীথোক্পা অচুম্ববু ওইরোইয়ে হয়েং ইনুং ঙানবদা নমোমগী য়াৱা মপাও তারগা নিংথৌ অনি লেপ্লবীবনা ফগদ্রা খনজৈদো অসুম্না কোলোইগী মপাও তম্লবদা চাইরেল্ মোইরাং পুম্নমক্না চুম্মী হায়না য়ানরে, অরৈববু পুথোক্নুনা চামিন্নৈ, নিংথৌ অনি নুংশি খুদোল্ তমনৈদো কোরৌ মানা চাইরক্লবদা মোইরাং নিংথৌনা শানৌ য়াওশুরাক্পা নফমদা ঙসিগা থানা কোরৌগী নিনিশুবদা মোইরাং তম্বা অনি থারক্কে মদুদা অরোইবা ৱাবু লেপ্পসি অসি হায়নদুনা চাইরেল্ মখৈনা মোইরাং প্রজা থিনদোক্খ্রেদো। অশুম্না মোইরাং মখৈনা চৎখ্রবদা য়াওশুরাক্পনা মাগী তালোয় য়েংনা মমোমগী পুক্লিংগী ৱাবু খঙনবা হায়খ্রেদো পালেম্ ওইবী মহাক্না মমোম্গী কোলোই মপাও লৌখ্রেদো ইমাগী ইমোম্ ইবেম্মা পাখঙ্ কনাগা লৈরাং লোনজিন্না হৈরাং লোনজানবা য়াওবরা ইমাদা কোলোইগী য়াৱা শেংউদা অসুম্না পাওহংলবদা, নিংঙোলগী কনা লৈতবনা পলেমদা খঙহনলে, মমোমগী পুক্লিং ৱাবু খঙলবদা পম্থৌ য়াওশুরাক্পদা মমোম্গী য়াৱা মপাও খঙহনখ্রেদো কোরৌ নিনি শুবদা মোইরাং অঙম্বা অনিনা চাইরেল্ লমদম্ পাংলক্তুনা পুক্লিংগী ৱাবু খঙনরে, কোরৌগী অফবা য়েংলেদো ঙসিগা থানা কোরৌগী মঙানি শুবদা অওং অউন্ তম্ লুহোংলসি লেপ্লদুনা কোরৌগী মঙানি শুবদা, চাম্মা-চাম্মানা খুজিং ওইদুনা লুৱাং তোইবী লৈমা মাবু থীনখ্রেদো চাইরেল্ মোইরাং অনীদো নত্ত শাজৎ চৎলবা নিংঙোল্ পাখঙ্ অনিনা মরাল্ লৈবা মহাক্তু তাংজ লুরেল্ কক্লসি লাল্লু চোমাই ফক্লসি অসুম্না ৱারেপ্পখিদো অসুম্না লুৱাং তোইবী লৈমা লুহোংখ্রবদা চাইরেল্ মোইরাং অনীদো মতম খরা অমুক্ ইংনা পাল্লেদো নিংথৌ অনিদো অৱাৎ অপা মেন্নদুনা চান্না চিন্ননা লৈমিন্নরেদো অসুম্না লৈমিন্নরক্পানা চীংঙু খোইয়ুম্ অনীগী লিল্লানি তাইবং কনা খঙ্ঙম্দবা, চীংঙু খোইয়ুম্ মানা লীল্লা শান্নগে হায়দুনা অয়াং লৈমা পাম্থোইবী মানা চীংঙুগী লীল্লা চাউহন্গে খোইয়ুমগী লীল্লা শাংহনগে হায়দুনা কবো পাদামদোং তাশাবানা পোইরৈতোন্ খুম্বোক্পদা য়াওবা লৈশেমলোন্ ফিগা মান্নবা চরৈগী ফি অহেনবা অমবু হৌবদা অয়াং লৈমা পাম্থোইবী য়াওনা চরৈ অহেনববু হৌবা য়াওখ্রেদো, চরৈ ফি অসিদি নিংথৌ ওইবনা শেংলগা হুইয়েল্ লানহৌ ফিনে, লৈবাক্ কায়য়ু হায়বা লৈবা চরৈনে চরৈসিবু শাবদা কবো তা-শাবানা লৈপাক্ নিংথৌদা য়োনগে খন্ শারম্ ১০৮ য়েকইদো ঙারম্বু

১০৮ য়েক্ইদো অসুম্না চরৈসিবু শাবদা অয়াং লৈমা পাম্থোইবী মাবু য়াওগ্রেদো কবো তাশাবনা চরৈসিবু শাবা লোইরদুনা পোইরৈ কবো নিংথৌ মফমদা পুদুনা চরৈসিবু লৌবিয়ু হায়না মনতিক্লরুরে কবো নিংথৌনা চরৈসিবু য়েংলগা তম্বা নংগী চরৈসিদি হুইয়েন্-লানহৌ ফিনে লৈবাক্পু কাইয়ু হায়বা লৈদো নিংথৌ ওইবা কনানা চরৈসিবু শেৎঙম্লোইয়ে হায়না তাক্পিরবদা, কবো পাদাম্দোং তাশাবাদো নীংববুদি কাইরেদো, অয়াং লৈমা পাম্থোইবী তাশাবগী পুক্লিংদা চংলেদো পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা অকন্বা নিংথৌ ময়াম পাল্লিদো মরমসিনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা চরৈসিবু য়োনগেদো হায়না মপুক্লিং লেপ্লেদো কোরৌগী অফবা অমাদা কবো তাশাবদো তরা চাক্ঙন্ চাদুনা পোইরৈ মৈতৈ তম্পাক্ য়ৌরক্খি, মৈতৈ তম্পাক্ য়ৌরক্লগা মৈতৈ নিংথৌ কোনুং পাংলক্লে, মৈতৈ কোনুং য়ৌরক্লবদা মৈতৈ নিংথৌ য়েংদুনা ইনিংথৌ ইবুংঙো চরৈ ফি অমবু ইনিংথৌদা য়োনজগে পুজরক্লি হায়না হঙ্গৎলবদা মৈতৈ নিংথৌনা তম্বা নংবু পোইরৈ কৈদগীনো নংগী চরৈ অদুশু য়েংসি হায়রক্লবদা কবো তম্বা অদুনা ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইদি পোইরৈ অৱা লৈবাক্তগীনি, চরৈ ফিসি মিৎয়েং তাবীরো হায়দুনা ফিবু পিদুনা য়েংহল্লে, চরৈ ফিবু তিংথোক্তুনা মিৎয়েং তারেদো চরৈ মাবু য়েংবদা থোইনা ঙক্ইদো চরৈ ফিনা মঙাল্ নাইবা চরৈ মাবু ফিজিন্ পাইনা কন্বদা যুগিনি নোংথাং কুপগুম্বা চরৈ মাবু য়েংবদা নিংথৌগী পুক্লিং খোইদাইদো, চরৈ মাবু য়েংলগা খঙ্লেদো লৈবাক্কী মপু ওইবনা শেৎলবা লৈপাক্ কাইয়ু হায়বা লৈবদো, কবো তম্বা য়েংদুনা তম্বা নংগী ফিসিদি নিংথৌ ওইবা কনানা চরৈসিবু শেৎঙমলোইয়ে লৈবাক্কী মপু ওইবনা শেৎলবদি লৈবাক্ কায়য়ু হায়বা লৈয়ে হুইয়েন্ লালহৌফিনে, নংগী চরৈসিবু লৌঙমগদবা নিংথৌদি পোইরৈ খুমন্ নিংথৌদা পোইরৈ মোইরাং নিংথৌদা চরৈসিবু মন্তিক্নরুদা হায়রক্লবদা ইনুং অদুবু লেল্লগা অয়ুক্কী য়েন্দা অঙন্বদা পোইরৈ খুমন্ মাইকৈ পাংলক্ইদা, খুমন্গী কোনুং য়ৌরক্লবদা খুমন্ নিংথৌনা তম্বা নংবু পোইরৈ কৈদগীনো, করি মরমগীদমক্ খুমন্ নিংথৌ ইকা তমলক্পনোদা কলোইগী নপাউ শেংঙদা হায়রক্লবদা কবো পাদাম্দোংনা তাবীয়ুনে ইনিংথৌ ঐদি পোইরৈ অৱা লৈবাক্তগীনে চরৈ অহেনবা অমবু পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা মন্তিক্লগে লাক্চবনি, চরৈসি মৈতৈ নিংথৌনা শেৎঙম্দ্রেদো পোইরৈ খুমনদা, মোইরাংদা

মন্‌তিক্লরু তাক্‌পিরক্‌ই, মরমসিনা নিংথৌ নাকা তমলক্‌পনিদা অসি ৱাবু হায়রবদা খুমন্ নিংথৌনা নংগী চহি অদুবু য়েংগেদো হায়রবদা ইনিংথৌ মিংয়েং তাবীয়ু হায়না চহি মাবু পীরেদো চহি মাবু তিংথোক্লা য়েংবদা চহি মানা মংঙান্ নাইবা শাছবা, ঙাছবা য়েক্‌পবু উরগা খুমন্ নিংথৌ ঙক্‌ইদো চহিগী ছিত্র থিরক্‌লে, চীংঙু মক্কা মান্নবা খুমন্ নিংথৌনা চহিগী ছিত্র খঙলেদো কবো নিপা য়েংদুনা, তম্বা নংগী চহিসিদি নিংথৌ ঐদি শেৎঙমলোইয়ে, পোইহি মোইরাং নিংথৌদা চহিসিবু মনতিক্লরুদা, চহিসিনা মরম ওই লৈবাক কাইগনিদা ৱারম অসি লৈবনা পোইহি মৈতৈ নিংথৌনা চহিসিবু লৌঙমদবনিদা অসি ৱাবু হায়রবদা, ইনুং অদুবু খুমনগী কোনুংদা লেনখিদো, ইনুং মানা ঙাল্লবদা অৱা- তম্বা অদু খুমন নিংথৌ মফমদগী বীদাই লৌরগা পোইহি মোইরাং লমদম্ পাংলকইদো মোইরাং কোনুং য়ৌরবদা মোইরাং নিংথৌ খুরুমনা, ইনিংথৌ ইবুংঙো চহি অহেনবা অমবু পুজরকলি হায়না হঙ্গৎলবদা মোইরাং নিংথৌনা তম্বা নংবু পোইহি কৈদগীনো নংগী চহিদুশু য়েংগেদা হায়রক্লবদা ইনিংথৌ ঐহাকতি পোইহি অৱা লৈবাক্তগীনে ঐগীবু চহিসে পোইহি মৈতৈ লৈবাক্তা চহিসিবু মনতিক্লগে লাকচবনি, অদুবু চহিসে মৈতৈ নিংথৌ কনানশু লৌঙমদেনে হায়রবদা চহি মাবু য়েংলেনে চহি মাবু য়েংবদা খঙলেনে লৈবাক্কী মপু ওইবনা চহি মাবু শেৎঙমদ্রিবগী মরমদু অৱা নুপাদু য়েংলগা নংগী চহিসিদি ছিত্র চাউনা লৈদো মরমসিনা পোইহি মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌশিংনা লৌঙমদবনিদা নংগী চহিসে লৌঙমগদবা নিংথৌদি চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাক্‌পা মাতানি, নিংথৌ মাতনদি চহিসিবু শেৎঙমগনি হৈয়াইপোক্ কোনুংদা চহিসিবু য়োনজরু মানবু লৌঙমদ্রবদি পোইহি মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ কনানসু নংগী চহিসে লৌরোইদো অসি ৱাবু হায়রবদা অৱা নুপাদো মোইরাং কোনুং থাদোক্লা পোইহি চাইরেল লমদমদা হৈয়াইপোক্ কোনুংদা পাংলকলেদো অসুম্না লাকপনা চাইরেল কোনুং য়ৌরকলেদো চাইরেল নিংথৌ য়াওফুরাকপা খুরুমজরেদো য়াওফুরাকপনা তম্বা নংবু পোইহি কৈদগীনো করি মরমগীদমক্ য়াওফুরাকপা ইকা তমলকপনোদা হায়না হংলবদা অৱা নিপা তাবীয়ুনে ইনিংথৌ ঐদি পোইহি অৱা লৈপাক্তগীনে চহি অহেনবা অমাবু শা, লৈপাক নিংথৌদা য়োনলগা মাগী মমলনা লাইরবা কোক্কনি খন্দুনা চহিসিবু শাবনি পোইহি অৱা নিংথৌনা অমদি পোইহি মৈতৈ

লুব্রাং সলাইনি।



লৈবাক্কী নিংথৌ কনানা চরৈসিবু শেংঙমৃদ্রেদো চরৈসিবু শেংঙমদবগী মরমদি চরৈসিগী ছিত্র চাওইদো লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবনা শেংলবদি লৈবাক্পু কাইয়ু হায়বা লৈ হায়দো য়েক্লা হুইয়েন্ লান্খা থাগনি ব্রাইর শাখা থাগনি অসুম্না নিংথৌ অয়াম্বনা তাকপিরেদো পোইরৈ চাইরেল্ ইনিংথৌনা চরৈসিবু শেংঙদ্রবদি চরৈসিবু শেংঙম্বা কনা লৈরোই মালেমদা অসুম্না পোইরৈ নরমদম য়ৌরকপনিদো হায়রবদা য়াওফুরাকপনা তম্বা নংগী চরৈদু য়েংসি হায়দুনা চরৈ মাবু য়েংলেদো চরৈ মাবু তিংথোক নিংথৌনা মিৎয়েং তাবদা নিংথৌগী পুক্লিংদা খোইদরে, চরৈগী অচৌবা ছিত্রবু তাবদা য়াওফুরাকপা নিংথৌদো মনাও ইবুংঙো য়াওশুরাকপা কৌরেদো চরৈ মাবু য়েংহনলেদো ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা চরৈসিবু নয়াম্বা ঐগী পুক্লিংনা খৈনা পামলেদো মরমসিনা ইনাওগা খন্নরগা চরৈসিবু লৌগে খল্লিদো অসি ব্রাবু হায়রবদা, য়াওশুরকপানা চরৈ মাবু মিৎয়েং তারকলে চরৈগী অকুপ্পা ছিত্র য়েংলকলে, চরৈ মাবু য়েংবদা খঙলেদো অয়াং লৈমা পাম্বোইবী মানা থমলিবা অঙক্পা খুদমদো ময়াম্বা য়েংনা কোলোয়গী মপাও মেন্জেদো তাবিয়ুনে য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা চরৈসিগী অচৌবা ছিত্রবু লৈদো, লৈবাক্কী নিংথৌনা চরৈসিবু শেংলবা য়েক্ল হুইয়েন্ লানখা থাগনি, লৈবাক্ কায়য়ু হায়বা চীংঙু-খোইয়ুমগী অরুবা খুদমবু লৈদা ব্রাইর শাখা থাগনি চরৈসিদি শেংহৈদবা ফিনি, অসি ব্রাবু হায়রবদা অয়াং লৈমা পাম্বোইবী য়াওফুরাকপা নিংথৌগী পুক্লিংদা চংখ্রেদো, খোইয়ুম মানা চীংঙু লীল্লা চাউনবা চাইরেলগী ব্রারী শাংনবা চরৈ মাবু শাবদা অয়াং লৈমা পাম্বোইবীনা (মাবু য়াওবনিদা য়াওফুরাক্পা পুক্লিংদা পাম্বোইবীনা) তোংলবদা নিংথৌ অফ-ফত্ত কাওখ্রেদো মশানৌ য়েংনা কোলোইগী মপাও তমলকলেদো শানৌ ইবুংঙো নুংশিবা নয়াম্বা ঐনা নিংথৌ ওইজবতনি অরুবা শা লান্গী মতাং ওইরবদি শানৌ নতিক্কী, শানৌ নপাল্ ফরিঙৈদা নয়াম্বা ঐনা চরৈসিবু শেংঙমদ্রবা ঐনা নিংথৌ ওইবগী করিবুদি কান্ননি, অসি ব্রাবু হায়রবদা য়াওশুরাকপা মনাওদো, খোইয়ুমগী নোংদম্না কনখিবনা পাইমা পুক্লিং ওনখিদো, লৈবাক্কী অফ-ফত্ত থোক্কদববু অরুবা লাইগী চাংবু য়েংদুনা খঙই হাইবগী চাইরেলশু কৌবনি, ফরে য়াম্বুং ইবুংঙো য়াম্বুংনা পুক্লিংনা খৈনা মপামলবদি ননাও করিবুদি হায়জদেদো য়াম্বুংগী য়াব্রা কোলোই শোইফদবা ননাও য়াজরোদো হায়রবদা

য়াওফুরাকপা নিংথৌদো পুক্লিং হরাও মথোই কারেদো অৱা নিপা য়েংদুনা তম্বা নংগী চরৈসিগী মমলনা কয়া পীয়ু হায়রিবা হায়না তাকপিরবদা কবো নিপনা, ইনিংথৌ ইবুংঙো চরৈগী মমল্ হায়জরোইয়ে, ইনিংথৌনা নোংদম্বীবা খরা ননাই য়াজরে হায়রবদা নিংথৌনা লিকোল্ ১০০ পুথোক্তুনা পীরেদো তম্বা ননিং থুংদবারা ? হায়না হংলবদা অৱা নিপানা ইনিংথৌ ইবুংঙো চরৈ ফিনা ৱাৎলেদো চরৈ ফিগী মমলনা হেল্লেদো অসুম্না অৱা নুপাদো ফিগী মমল্ পুদুনা পোইরৈ ময়ুম লমদম পাংখিদো, চরৈ মাবু য়েংজরগা নিংথৌ পুক্লিং পেনজৈদো চরৈ মাবু খোইদাবনা খুদক্তুমক্তদা নিংথৌ চরৈদুবু থোল্লেনে। ইনুংদুবু ঙাল্লগা য়াওশুরাকপা নিংথৌগী মনাওদো তরা চাক্ঙন চারেদো হুইয়েন্ লানগী চাংয়েং য়েংলুগে খোইয়ুম লাইপাও তারুগে খন্দুনা ময়াম্বা য়াওফুরাকপা নাক্তা লাকলেদো য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা ঙসিনা কোরৌ নুমিত্তা লৈবাক্কী অফ-ফত্ত চাংবু য়েংজরুগে চীংঙু খোইয়ুম অনিবু থাগোন্নরমউদা হায়রকলবদা নিংথৌনা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা চীংঙু লাইগী নোংদম্লু য়েংউদা ইয়াম্বশু চীংঙু খোইয়ুম অনিবু চেৎনা থাগোন্নরমগেদো অসুম্না মনাওবু মঙ্গল পীবিরেদো নিংথৌগী মনাও য়াওশুরাকপাদো লাংগোই কারু তোংনা হুইয়েন্ লানগী শাজোন্নি, মীৎনা কুপ্পাদা লোক্তক্ খোংবান্ য়ৌখিদো য়াওশুরাকপা মাগী চাংয়েং চীংবু কারক্লেদো চাংয়েং চীংগী চীংথক্ য়ৌরবদা লাংগোই শয়াংদ্গী চোংথনা চীংঙু খোইয়ুম্ মিংখৈ শোন্না তিমেন্ তাগী খৌশারোল ৯ বু শারেদো খৌশাববু লোইরগা খুবাক্ অহুমলক্ ফুরেদো, লোক্তাক্ ইথক্ হৌদ্রেদো, অহানবা চাংয়েং মাইবু পাকত্রেদো অনীশুবদা চীংঙুমিংখৈ শোন্না খৌবু থেমলেদো খৌবু থেম্বদা লোক্তাক্কী চেক্লা শায়াম্ কাইদ্রেদো, তৌরিবা থৌদৌবু উবদা য়াওশুরাকপা ঙকলেদো অরোইবা চাংবু য়েংলকলেদো তিমেন্ মখুৎশু খৌশারগা লংলক্লেদো তিমেন্ মখুৎশু থাজিং লাইমাঙ্ য়ৌঙমদ্রেদো, অহুমশুবা চাংয়েংশু মাইবু পাক্ত্রেদো, চীংঙ্ খোইয়ুমগী অঙকপা চাংয়েং মাইবু পাকত্রবাদা য়াওশুরাকপদো লাংগোই কারু তোংনা তিমেন্ তাবু খোংগুন্ লিরকলেদো তিমেন মাবু ফুকলগা ময়ুম চাইরেল্ পাংলকলেদো মিংনা কুপ্পদা চাইরেল লমদম্ হৈয়াইপোক কোনুং য়ৌরকলেদো ময়াম্লুং নাক্তা চংলক্লে কোলোইগী মপাও তম্লক্লেদো য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা চীংঙু খোইয়ুমগী নোংদম্ অঙকপানি, অরুবা লাইগী চাংবু য়েংবদা ননাওগী

মাইবু পাকত্রেনে য়াম্নুংগী পুক্নিংনা করম তৌবগে হায়রকলবদা য়াওফুরাকপা নিংথৌদো, শানৌ করি ৱানোদা শানৌগী শোইফদ্রবা চাংয়েংদা চীংঙু খোইয়ুম অনীনা অঙকপা খুদমবু পিরবদা নয়াম্বনা করি অমুক হায়গনি য়েক্লা লানখা থা ৱাইর শাখা থাগদবগী শরুকপুদি শীখিবনা হেন্না ফৈদো শানৌ নংনা অশুম্না ফৈ হায়বদো নয়াম্বা য়ারেদো হারকলেদো ময়াম্বাগী ৱাবু তারবদা, অদুদি য়াম্নুং ইবুংঙো নুংশিবা ঐখোয়না পোইরৈ হৈয়াইপোকপীদা পানবসে য়াররোইয়ে, চীংঙু খোইয়ুম অনীগী অরুবা চাংয়েংদা ফত্তখুদম্ ফংলেদো মরমসিনা য়াম্নুংগী চীংঙু খোইয়ুম অনীনা লাংওনবা তেকপী ওকলেন অমদি কাইরৈ য়েনবা মাবু থাদুনা ঐখোয়গী অনৌবা খুন্দাফম্ অমবু য়েংবা পামলেদো নত্রবদি ঐখোইগী অফবা খুদমবু ফংদ্রেদো অসি ৱাবু হায়রবদা নিংথৌ ময়াম্বনা মনাও য়েংনা শানৌ নংনা পাম্বদো নয়াম্বা করি হায়দেদো, অসুম্না নিংথৌ মচিন্ মনাওনা হৈয়াইপোকপিদা চহি ৭০ মুক্ মৈতৈ কুমশিং ২৭৪০ ফাওবা পাল্লমলগা খুলহোংবা তারবদা চকপা চাইরেল্ নিংথৌ য়াওফুরাকপা, য়াওশুরাকপা মচিন-মনাওনা তেকপী ওকলেন মাবু কাইরৈ য়েনবা মাবু থীরকলে, (পাঠক্) নিংথৌ মচিন-মনাওগী ওক অমদি য়েনবা অসি পাখঙবনা ওকলে, য়েনবানা পাম্হোইবী মানা লাওনবনে, অনী অসি হৌরকফম্নু খঙদবা নিংথৌগী ওককোল অমদি য়েনগোন্দা নুংতিগী য়াইরেকপা শানি, য়াওফুরাকপা নিংথৌ মচিন মনাওনদি চীংঙু খোইয়ুম অনীগী লাংওন্নে, হায়বা খঙইদো, মরম্সিননি নিংথৌগী মনাও য়াওশুরাকপা মানা ওক্কা য়েনগা থাসি হায়না থীনরকলিবসে, চীংঙু খোইয়ুম অনীগী মশক ওইবা ওক্ অমদি য়েনবদি য়াওশুরাকপানা চাংয়েং হ্নলকপা মতমদা লৈবা য়াদ্রে খঙদুনা হৌনদুনা চৎপাবুদি হৌখ্রেদো, কোরৌনা নোংচুপ চীংয়া থাংলকপা অসুক্কী তাঞ্জাসিদা নিংথৌ মচিন্ মনাওনা ওক অমদি য়েনবা লৈত্রবদা চাইরেল্ কংলা পুংজাও থিন্লেদো লৈবাক্ প্রজা চোন্না তিনলেদো, অরুবা ৱাবু খন্নরকলেদো, য়াওশুরকপনা লৈবাক প্রজা য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলেদো তাবীয়ুনে প্রজা পুম্নমক্ ঐখোয় মফমসিদা লৈবা য়াদ্রেদো অরুবা চাংয়েংদা অমদি ওক্ য়েন্না খুদম্ পীরেদো মরমসিনা প্রজা পুম্নমক্ নংগী-নংগী থৌরাং লোইনরো, ঐখোয় ওক্কা য়েনগা অনীগী খোংগুন, লীদুনা চৎপা তারে হায়নদুনা চাইরেল্ প্রজা পুম্নমক্ মাগী মাগী থৌরাং তৌনদুনা নোংপোক

পাংনা ওক্কী অমদি য়েনগী খোংগুন লীরকলে, কাইরে য়েনবা লাবা অসিদি ওক্‌না চৎপা লমদমদো ইম্নেদো মরক্ মরক্তা লৈবাক প্রজানা থীরকপদা খঙনবা হৌনা হৌনা খোংইদো, অসুম্না লৈবাক প্রজা হৌনদুনা ওক্কা য়েনগা থীনরকপসে হৌজিক্কী কুম্বীগী লাইবুংগী অৱাং থংবা লমদমদুদা ওক্কা য়েনগা ফংলেদো মফমসিদা নোংলেন অহিংদুবু লেনলেনে নিংথৌ মচিন মনাওনা লৈবাক্ প্রজা লোইননা নোংলেন্ অহিংদুবু লেনলগা অয়ুক্কী য়েনদা অঙনবদা ওক্কা য়েনগদো মবুক থন্না পীজরেদো অদুগা নিংথৌ মনাও য়াওশুরাকপানা মিৎলু পিরাংগা লোইননা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো কালিকা অমদি ইমা পান্থোইবী নখোয় অনিনা অশোই-অঙাম্ লৈরোইদবা মফমদা লৈবাক্ প্রজা পুবিয়ুকো হায়না নুংহিক্লানা পাওমেনলক্লেদো কোরৌনা হাইফেৎ কারকপা অসুকঙৈগী তাঞ্জদা ওক্কা য়েনগা অনীদো অমুক্ মখা পাংনা লাকলেদো লৈবাক প্রজা ইম্নেদো ওক্কা য়েনগনা মাংবু থাইদো অসুম্না লাকপনা হৌজিক্কী পাংঙন পোরা হায়রিবা লমদমসিদা কোরৌনা মমি শামখিদুনা অহল মখৈনা চৎপদা ৱানরকতুনা অহিংদুবু লেনখি হায়দুনা পোরা অসুম্না কোলোই মিংথোনখিয়ে, পাঙন পোরা লমদমদা নোংলেন্ অহিংদুবু লেনলগা অমুক্কা ওক্কা য়েনগনা লাকপনা হাওরৈমখা পাংনা লাক্‌পনা হৌজিক্কীনা তাংজেং হায়রিবা লম্‌দম্‌দুগী মখা পাংনা শুগনুগী নাপৎ হায়রিবা লমদমসিদা ইম্ফাল তুরেল মপান্দা ঙাকৌ চিংজিন্দা ওক্কা য়েনগনা পোৎথারেদো মফমসিদা চাইরেল নিংথৌ মচিন মনাওদো লৈবাক্ প্রজা লোইননা পোৎথারেদো নোংলেন অহিং অদু লেনলগা ওক্কা য়েনগদো চৎতরেদো, ওক্কা য়েনগনা চৎতরবদা লৈবাক্ প্রজা খুন্দানবা শেম শানারো হায়না নিংথৌ মনাওনা তাকপিরেদো চাইরেল নিংথৌ য়াওফুরাকপদি পাইমা পুক্লিং নুংওল্লেনে তাইবং মপোক ওইবনা শানৌ মাগী য়াৱাবু লৌরুদবনা লৈবাক্কী প্রজা ৱারেদো, অসি ৱাবু খল্লুবদা মশান্নৌ য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো শানৌ নংবু নুংশিবা শানৌ নংগী ৱাবু থৌওইরুদবনা লৈপাক্কী প্রজা ৱারেদো, অসি ৱারম্ লৈবনা নয়াম্বা ঐহাক্তি হাওরে মখা পাংনা খুন্দানবা মফম য়েংশ্রগেদো শানৌ নাক্তা লৈহৌনিংবা প্রজা মখৈ লৈহৌরসনু নয়াম্বগী তুংবু ইননিংবা মখৈনা ইললসনু হায়ববু শানৌ নংনা করি হায়বগে হায়না কোলোইগী মপাও হংলকলবদা নিংথৌগী মনাও য়াওশুরকপানা মিৎলু পিরাং ইরোইননা ময়াম্লুং

য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো য়াম্বুং ইবুংঙো নুংশিবা য়াম্বুংনা ঐগী ৱাবু লৌদবা নত্তেদো চীংঙু খোইয়ুম নোংদম্না কনখিবনা চাকপা চাইরেলগী ৱারী শাংনবা খোইয়ুম মাগী নোংদম্না নিংথৌ ইচিন্-ইনাওনা ৱাবনি য়াম্বুংনা তাকপিবা ননাও করি হায়জাদে, য়াম্বুংনা মফমসিদা পাললোই হায়রবদি, য়াম্বুংনা খোংমী লাম্মী অকনবা মখৈ পুখোদো, ননাওনা য়াম্বুংগী তুংবু ইনবদা খুদোং চাদবা মখৈদো ননাওগী শরুকপুদি ওইজগে য়াম্বুং ইচিন-ইনাওনা লৈবাক্পুদি অনি থোক্লবা অৱাবা তারবা মতমদা তেংবাংনসিকো হায়না নিংথৌ মচিন মনাওদো লেপ্পরে ঙাকৌ চিংজিন্দা নিংথৌ মচিন মনাওদো কোরৌগী নুমিৎ নিনি চুপ্পা খন্নরগা নিংথৌ য়াওফুরকপদো মাগী তুংবু ইনগদবা অকনবা খোংমী লাম্মী মখৈগা লোইননা হাওরৈ মখা পাংনা লাকপনা ইম্ফাল তুরেল তুংইন্না লাকপনা হৌজিক্কী ফুতপ হায়রিবা লমদমসিদা পাল্লেদো ফুতপ হায়বা অসি নিংথৌ মচিন মনাওগী মীনা চৎথোক চৎশিন্ তৌবদা চাক্ থোংনবা চফুবু তপ্থোকই হায়বগী অদু নোংদগী ফুতপ্ কৌবনি, অসোমদনা কমদৌরী ঙাকৌ চিংজিন্দা খুন্দাবা কুইদ্রিঁঙৈদা ৱাইরোকপা গুরুনা ৱাংব্রেন খানা চাওবনা মখা লমদম্ ঙাক্লনি, চৎখিবা পোইরৈ কদাই ফাওবা চৎখ্রবা য়েংগে হায়না ইম্ফাল তুরেল্ মরিন্দা ৱাইরোকপা গুরুনা খোইবু চোপ্পুনা তুরেলগী অথেল অরু য়েংদুনা লাকইদো ৱাইরোকপা গুরু হায়বসি পাখংবনি মাগী হৌরকফম খঙদবা লোইখিবশু খঙদবনি, মানা তুরেল মরিন্দা খোইচোপ্পুনা লাকপদা চকপা চাইরেলনা খুন্দরিবা ঙাকৌ চিংজিন মপাদা তুরেল খুদা অনৌববু উবদা মফমসিদা খুন্দরিবসি কনানো হায়না হংবদা ৱাইরোকপা গুরুনা ঙারী পরেং অমবু তুরেলগী খুদা অদুগী মনাক্তা তেংগা অমদা য়াল্লগা হংলমইদো য়াওশুরাকপা তালোইনা মরোই মনাও লোইননা ইরুজবা লাকপদা ঙারী পরেং উরবদা য়াওশুরাকপা নিংথৌদা হংগৎপদা নিংথৌনা ৱাহংদুবু খঙলদুনা মাগী তলোই য়েংনা ঙারী পরেংদো লৌরুনু মানা লৈরিবা মফমদুদা লিলিখুম্ অনি অমনা চফু অমনা উয়ান অসুম্না পাওখুমখি, ৱাইরোকপা গুরুনা অসুম্না লাকপনা ইচুম তাবী চীংজিন্দা ইবুধৌ ৱাংব্রেন খানা চাওবনা মচুম তাদুনা লৈরমই হায়বগী ইচুম তাবী হায়না মীংথোনলমলগা ৱাইরোকপা গুরুদো ৱাকংগৈ হীমাই ওন্দুনা হঙ্গৎলকপদা চাইরেল্ নিংথৌগী পাওখুমদো ফংখিয়ে, গুরুনা করি খুননো

হায়না ঙানা কৌদুনা হংখি হায়বগী ঙাকৌ হায়না থোনখিয়ে, চাইরেল নিংথৌনা পীবা পাওখুম্না ঐখোয় চক্পা চাইরেলনি খুন্দারিবসে হায়্না খুমবনি অসুম্না গুরুশু হন্খিদো চাইরেল্শু মতম খরা মফমসিদা পাল্লিদো মফমসিদা য়াওশুরাকপনা পানবা মতমদা খুনজাও লৈচাওগদবা ব্রাপাল মাবু থাবা হৌখিদো ব্রাপালনা ব্রাপল ফাখিদো অসুম্না মতম খরা চাইরেলদো ইংনা পাল্লিদো, চীংঙু মাগী লীল্লনি খোইয়ুম মাগী থৌশিলনি তাইবং কনা খঙওমদবা, লোইবীচীংশাং খোংজাই মরাং হৌরেদো খোংজাই লানবু ঙাকপদা চকপা চাইরেলদো অব্রাবা ওইরেদো অহিং নুংথিল খঙদ্রেদো, তুম্বা চাবা মতম্দুদি নাইদ্রেদো চকপা চাইরেল্ য়াওশুরাকপা নিংথৌগা লোইননা খুন্দাহৌবা চাইরেলনা মীশিং য়ামদবনে, অকল অথৌনা য়াওদবনে অশোল অনা মখৈনা খুললিংহৌবনে, অসুম্না অব্রাবা ওইরক্লবদা নিংথৌগী তেকপী ওকলেন কাইরৈ য়েনবদো ঙাকৌ চিংজিন্দা খুন্দাবদি য়াদ্রে হায়দুনা নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা পোন্বী চেক্লা মখৈনা মহুমনুংদা হল্লকপা অসুকঙৈগী তাঞ্জসিদা তেকপী ওকলেন অদো কাইরৈ য়েনবা লোইননা নিংথৌ তালোই মানা তরা ফৌবু শুবদা নিংথৌ তালোইনা ব্রাইবু খপ্লাদা ওকনা মনমনা য়ারেদো তৌরিবা থৌদৌবু উবদা ব্রাইবু পিক্ থন্না খপচিল্লে, মবুক্ থন্না পীজরেদো নিংথৌদা পাওদুবু তম্মেনে নুমিৎতুদা ওকনা অব্রাং পাংনা য়েনগা লোইন্না চংখিবনা হৌজিক্কী চাইরেল খুনফমলেন ওকমানবীগী লমদমদা তেকপী ওকনা মচা কোক্লেদো, য়েনবা মাসু চাক্তাদুনা লৈপাক প্রজা ঙাইদুনা লৈরেদো, ইনুং মাবু ঙানবদা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপদো মরোই মনাও লোইননা ব্রাবুদি তানরে ঐখোয় মফমসিদা লৈবাবুদি য়াদ্রেদো কালিকা ওকপী ইমা মাদি চৎখ্রেদো নংগী নংগী থৌরাং লোইনরো হায়না তরা চাকঙন্ চানদুনা পোইরৈ অব্রাং পাংনা কালিকা ইমা মাগী খোংগুন্ লীরক্লেদো ব্রাইকুপ্ খোংগুল্ লীনা লাকপনা নুমিদাংব্রাইগী তাঞ্জাদা ওকমানবীগী লমদমদা তেকপী মাবু লৈ হায়বা খঙনবা কাইরৈ য়েনবা মানা তোইনা তোইনা খোঙলকলেদো লৈবাক প্রজা লোইননা নিংথৌদো ওকমানবীগী লমদমদা থেংনরেদো নিংথৌনা লৈবাক্ প্রজা য়েংনা মফমসিদা ইমানা লৈনিংলেদো, ওক্মানবী মানা চাকোকলিবা মফমদুদা হৈরাং পান্বী অমবু থারেদো লৈবাক প্রজা পুম্নমক মাগী মাগী লৈননবা শেম শারেদো ইনুং মাবু ঙানবদা

ওকমানবী মহাকতি অতোপ্পা মফম্সুদি হোংলরোই হায়না খন্দুনা মফমদুদা নুংবু ওন্দুনা লৈখ্রেদো, কাইরে য়েন্‌বা মাবু সিদা লৈ হায়্‌বা খঙদা লৈখ্রেদো। নিংথৌনা থৌওংদুবু য়েংলগা প্রজা য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো তবিয়ুনে প্রজা পুন্নমক কালিকা ইমানা মফমসিদগী অতোপ্পদা খুলবু হোংলরোই খল্লমাল্লেনে, থৌদ্ নুংবু ওনখ্রেনে, ঙসি নোংদগী কালিকা ইমাগী অতোপ্পা কোলোই মিংলেন্ অমনা ওকমানবী হায়না হয়েং চাদোন্ শুদোন্না খঙহৌরসনু মফমসিবু খুভম্ য়াদুনা-থম্‌মসি হায়না অদু নোংদগী মফমদুবু খুভম্ য়াদুনা থমলকলি মফমসিদা চাইরেলনা অনৌবা খুন্ অমা শেমদুনা পালকলেদো মফমসিদা পানবা মতম অদুদসু খোংজাই লানদি তোকপা লৈতেদো তৎতনা খোংজাই লান্‌বু থেংনবনা চাইরেলগী ইমা-ইবেলশিং খোংজাই লান্‌বু ঐখোইনা অহিং নুংথিল নাইদনা ঙাকপসে ৱারেদো মরমসিনা ইম্ফাল তুরেলনা কোন্দুনা খুনফমসিবু থল্লসি হায়না খন্নদুনা ইম্ফাল তুরেল অসি লৈঙাং তেরা মখোংদগী তৌরগা শমদুনা তুরেল চেলহনগনি হায়না নুপী মখৈনা তৌদুনা থোনখি হায়বগী নুপী পল্ হায়না ঙসি ফাওবা লৈরিদো অমরোমদনা কমদৌরী, পোইরে মোইরাং লমদমদা লৈহৌরবী তোইবী লৈমা মহাক্তি অয়াং লৈমা পান্থোইবী মানা চকপা চাইরেল খুনফমলেনগী মগুনবু হাপকে খন্দুনা পান্থোইবী মাগী লাংওন তৌইবী লৈমা মহাক্তি অঙৌবা লাইথুং পক্ লক্‌লেদো, তোইবী লৈমনা লাইথুং পক্‌লকলবদা মোইরাং কনা মনাক্ চংদ্রেদো চকপা খুনফমনগা মফম খঙখিদবনে লুৱাং তোইবী লৈমদো ৱানা মতম্সুদি লেল্লকলেদো নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো মরোই মনাও য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো লুৱাং তোইবী লৈমাসে মপাম লমদমদা থীনলুরো হায়না তাকপিরে, মরোইগী মনাও মখৈনা চকপা খুনফমলেল অশেংবশু খঙদনা মতৌ করম থীগবনো হায়রবদা ঙাংঙোই অহোংবনা চকপা খুনফমদি ইম্ফাল তুরেল তুংইন্না থীরগা ফংগনিদো মরমসিনা ৱাকয়ৈ হিবু তোংদুনা ইম্ফাল তুরেল তুংইন্না লৈমা মাবু পুরোদা তাকপীরে, কোরৌদুবু লেলগা তরা চাকঙন চাদুনা ৱাগৈ হীদা তোংদুনা লৈমা মাগা লোইননা লাকলেদো, কোরৌদুবু লেললগা তরা চাঙন চাদুনা ৱাগৈ হীদা তোংদুনা লৈমা মাগা লোইননা লাকলেদো ৱাগৈ হীনা অসুম্না লাকপনা নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা কোরৌনা মৈশা নেমলকপা অসুকঙৈগী

তাঙ্গা অসিদা চকপা চাইরেল খুদা ফংলেদো চাইরেল খুদা ফংলবদা মোইরাং মখৈ খন্নরেদো য়াওশুরাকপা মফমদা মমোম্‌বুদি শীন্নবা ঙম্মোইদো মরমসিনা চাইরেল খুদা মপাদা লৈমা মাবু থাংগৎলগা থম্‌মসি হায়না লৈমা মাবু থাংগৎলমলেদো, মোইরাং মখৈ চৎখ্রেদো মোইরাং মখৈনা চৎখ্রবদা লুৱাং তোইবী লৈমদো মপাম য়ুমদা চংবা কোরৌশু খরা ঙল্লি ইরুজখিগে হায়দুনা ইরুজরেদো ইরুজবা লোইরগা মপাম য়ুম্বু চংলগে খন্ চাইরেল্ খুদা মপাদা থারিবা থোংবু লানলেনে, থোংবু লানলগা চাইরেল লাইবুংদা খুমাবা-খুমাবী অয়াং লৈমা মাবু খুরুমগে প্রেমগী ভক্তি কচ্চগে খন চংলকলেদো, অয়াং লৈমা পান্থোইবীনা শীংঙেল্ লৈরাং মখুৎথা লুৱাং তোইবী লৈমা মাবু লাইশেংলগে খন লৈমা মাগী মমাংদা লাইশেং পুখ্রি পুথোকতুনা থমমেদো লুৱাংগী তোইবী লৈমশু চাইরেল লাইবুং নুংদা চংঙমদাই অমাং-অশেং চামথোক্কে খন পুখ্রিদুগী লাইজদো লৈমগী মাইবু তাবদা লাইজ মানা শোকপা লৈমাগী খুত্তা পক্‌লম্বা অঙৌবা লাইথুং কোক্‌পবু উরেদো তৌরিবা থৌদৌদু উবদা লুৱাং তোইবী লৈমনা ইপাম লমদম লাইজসে লাইথুংবুদি কোকলেনে পান্থোইবী মানা ঐগী অৱাববু উরদুনা লাইশেং পুখ্রি ওনলামাল্লে খোইয়ুমগী থৌজাল য়েংলগে খন্ মশা পুম্বা লুপথোক্লেদো মশা পুম্বা লুপ্পদা লৈমগী মশাদা পকলম্বা লাইথুং পুম্বা কোকখ্রেদো অনৌবা পাঙ্গল ফংলেদো হান্নদগী হেন্না ফজরেদো, লাইশেংলবদুদা লুৱাং তোইবী লৈমানা অসুম্না হায়রকলে, হয়েং চাদোন শুদোননা খঙহৌরসনু তোইবী লৈমা লাইশেংকোল পান্থোইবী মাবু খুরুম্না তোইবী লৈমা ঐগী কোলোই শোন্না লাইথুং পক্লবা মীওইনা লাইশেং পুখ্রি মপা লাক্লা ইরুপলবদি অমাই লাইশেংবা ওইসনু হায়না পুখ্রিদা বর পীরম্লগা চাইরেল লাইবুং চংদুনা প্রেমগী ভক্তি কচ্চরেদো, অদু লোইরগা পম্থৌ য়াওশুরাকপা কোনুংদা চংখ্রেদো, মতম কুইরবগী মতুংদা মমোম্না মতমচাদনা লাকপা উরবদা য়াওশুরাকপনা ইপাগী ইমোম লাংলেন ইবেম্মা মতম নৎতনা ইমোম্না লাকপদি নয়ুম মোইরাং লমদমদা অৱাবা করিবু য়াওবগে মোইরাং নারোই-ননাও য়াওরকপরা হায়না হংলবদা লুৱাং তোইবী লৈমানা ইপা ইবুংঙো পম্থৌ অপোকপা ইয়ুম মোইরাং লমদমদো অৱাবা করিবুদি থোকতেনে, মোইরাং কনা য়াওদেনে নমোম্না পম্থৌ নকা তমলকপদি নমোম লাইবক থীবীদি পম্থৌ খুঙ্গংনা মফম খঙদনা লৈখ্রবদা

খোইয়ুমগী নোংদম কনবনা নমোমদি মোইরাং লমদমদা লাইথুং অঙৌবা পকলেদো নমোম্‌গী নাক্তা মোইরাং কনা চংদ্রেদো পন্থৌ খুঙ্গং অরেপ্পা খঙদবনা নমোম লাকপা ঙমখিদেদো ঙসিগী কোরৌ নুমিৎতি মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবনা মরোইগী মনাও থারেদো ৱাকগৈ হীবু তোংনা চকপা ইপাম লম্‌দম থীরুরো থারকলেদো পন্থৌ খুদা ফংলবদা মোইরাং মখৈনা নমোমবু পন্থৌ নফমদা শীন্নরম্বা ঙমদনা নমোমবু খুদা মপাদা থাংগৎলমইনে মরমসিনা পন্থৌ নকা তন্নকপনিদা, অসি হায়রবদা পলেম মমানা ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা ইচানা মতম কুইনা মোইরাং লমদমদা লৈরুবদি অঙৌবা লাইথুংপক্কুনা অৱাবা তারুরবোইরেকো ইমোমও ! নংগী চেংলৌ য়েংবদা লাইথুংবুদি পক্‌পা মান্‌দেনে ইমানা য়েংগেনে হায়না চরৈ ফিবু লৌথোক্লা য়েংলেদো লুৱাং তোইবী লৈমনা, পলেম পন্থৌ য়েংনা মমাংগী থৌদোকপু তমমেনে, লাইথুংবুদি পকত্রেনে হায়রবদা, য়াওশুরাকপা নিংথৌনা মমোম্বু য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো ইপাগী ইমোম ইবেম্মা চীংঙু নোংদম কনবনা ইমোম্না অৱাবা তারুবনিদো খোইয়ুমগী লীল্লা শাংনবা ইমোমগী লাইথুং লাইকোক্কে হায়না খোইয়ুম মানা শীনবনি অদুবু ইমোম ইবেম্মা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো ইপানা নুংওন ৱারৌইদো ইমোম্না নপাল ফরিঙৈ ঙাংঙোই মাগীনি হায়বা ইমোম্না নপাল ফংলকত্রগা ঙাংঙোই মাগী নত্তে হায়বসে ইপানা নুংওন ৱারৌইদো অদুবুনে ইমোমও ! হৌজিক্তি নপাম্ য়ুমসিদা ইমোম্ ননিং তম্না লৈজৌদো শেৎনিংবতা শেৎ চানিংবতা চা ইমোম ননিং তমজৌদো, অসুম্না মচাবু পলেম্ পন্থৌ অনীগা তরা চাকপু চামিন্না নুংওন্ ৱারী শান্নদুনা নোংলেন অহিংদুবু লেনখিদো অসুম্না চকপা চাইরেলনা হৌজিক্কী খুনফমসিদা লৈবা কাল খোংজাই লানবু কনবনা চকপা চাইরেলনা ৱারকপা নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা য়াওফুরাকপা ময়াম্বদো চকপা চাইরেল মনাওনা মওং করম্ পাল্লিবা ৱাহং পাওহংনরুগে খন্ তরা চায়োম পুনা মরোই মনাও লোইননা চাইরেল লমদম পাংলকখিয়ে্ কোরৌনা মমি শামলকপা নুমিৎনা চীংয়া থাংলকপা অসুকঙৈগী কানসিদা য়াওফুরাকপা নিংথৌদো মরোই মনাও লোইননা চাইরেল্ লমদম য়ৌরক্‌লেদো নিংথৌ মচিন-মনাও উনবদা মিৎলু পিরাং ইরা চেন্নৈদো নুংওন ৱারী শানৈদো মনাও য়েংনা পাওমেনলকইদো শানৌ নংবু নুংশিবা পোইরৈ লমদমসিদা পানবদা শানৌ

নংনা ৱারবা নয়াম্বা ঐগী নাক্তবু চৎসিনে অৱাবদি লৈরোইনে, নয়াম্বগী অতেনবা খেনবু য়েংবদা খুন্দফম্ মাবু তেরে হায়বগী খেনদে হায়না কোলোই মিংথোললেনে ময়াম্বা য়েংনা মনাওনা য়াম্লুং ইবুংঙো নুংশিবা ননাওদি ৱারবশু ৱানা পোইরৈ লমদমসিদা পাল্লগেনে, অৱাবদা তেংবাংনসিনে, ননাওগী চকপা মীশিং য়ামদবনা খোংজাই লানবু ঙাকপদা লৈবাক্ প্রজা ৱাইদো অদুবুনে য়াম্লুংও কালিকা ইমানা চকপা খুনবু হোংলরোই অৱাবা করি লৈরোই হায়বগী খুদমবু পীরেদো ইমা মানা খুনফমসিবু থীরক্লগা থৌদু নুংবু ওন্দুনা লৈখ্রেনে, পাম্থোইবী লাংওন্ য়েনবা মাশু মফমসিদা লৈ হায়বা খঙদনা থুপখ্রেনে, হায়না তল্লবদা ময়াম্বানা ইয়াম্বগী ইবুংঙো নুংশিবা চীংঙু খোইয়ুমগী অরুবা চাংবু অমদি খেনবু য়েংই হায়বগী খেন্দে, চাইরেল অসুম্না থোনবনিদো, নয়াম্বগী খুনফমশু খেনবু য়েংবদা তেরে হায়বগী খেন্দে হায়না থোললেনে শানৌ নংনা তমদা পানবা মতমদা খুনজাও লৈচাওনবা ইমা পাম্থোইবী মাগী হরাও মথোই কারোদো মাংহৈদবা ইমাগী চরৈসিবু ইনাও নফমদা শীন্নরল্লগেনে হায়না মনাওদা পাম্থোইবীগী লৈহুন তম্না চরৈদো শীন্নরেদো অদুদগী কালিকা ওকমানবী খুরুমজরেদো, খুমাবা খুমাবী খুরুমজরেদো অশুম্না নিংথৌ মচিন মনাওদো বিদায় তৌনদুনা য়াওফুরাকপা নিংথৌসু মরোই মনাও লোয়ননা তরা চয়োম পুদুনা হনখ্রেদো অশুম্না ময়াম্বা য়াওফুরাকপানা ভেংদা অমসুং মহাক্কী মচা-মশুশিংনা ভেং খুলেন্দগী খা-থংবা শরুক্তা গেনয়াং, লুসাই হেনতম্ নচিংবা খুঙ্গং ৩২নি অশুম্না মনিপুর, মীজোরাম্ অমদি কবো তম্পাক্তা পুন্না খুন্ শন্দোকখি হায়। চকপা চাইরেল, খেনদেগী য়েক শলাই, লুৱাং ৱাংবননি, শলাই মাপল হায়বদি (১) সৌৱাংবা (২) ৱাংবনবা (৩) সেরিংবা (৪) সেরাংবা (৫) লোলাংবা (৬) অংবা (৭) ওনম্বা সলাই তরেৎ অসিদি চকপদা ফুশাবনা অথোইবা শিনফম্ ওইরকই। (৮) য়েনজিংবা অমসুং (৯) মেনোম্বা অসিনি। অসুম্নাময়াম্বা য়াওফুরাকপনা চীংদা খুন্দাখিয়ে, অসোমদনা ময়াম্বনা হনখ্রবদা য়াওশুরাকপ নিংথৌনা চাইরেল প্রজা তিলহল্লেদো কোলোইগী মপাও মেনলকলেদো তাবীয়ুনে প্রজা পুম্নমক লৈবাক খুজাওনবা, চাক্হোং-ঙাহোংনবা কুমসি কুমজাসিদগী কালেন হরাওবা হৌরসিনে পাম্থোইবী ইমা মাগী মফমদা ইরাৎ থৌনিবা হৌরসি হায়না চহি অদুদগী হরাওবা হৌখ্রেদো। কোরৌগী

অফবা অমা য়েংলেদো ইমা পাম্ভোইবী মাবু হরাও মথোই কা খেলাগী পুংদোই হৌইদো, চাইরেল খুনজা পুম্নমক কুমগী অতেক্ অনৌ হৈরাং অহেনবা লৈরাংগী নিংথিববু পাম্ভোইবী ইমাদা হৈরুক খুদোল তম্নরেদো পাম্ভোইবী লাইমাংদা খুনজা অয়াম্বা জগোইগী খুৎথেক্ কৎলেদো অশুম্না হরাও মথোই থোং খেলাগী পুংদোই হৌবসে কৌরৌগী শিংবুম মঙানি চুপ্না হরাও মথোই কারেদো খুনজা হরাওবা লোইখ্রেদো, অয়াং লৈমা পাম্ভোইবী হরাও মথোই কা লৈবাক খুনজাওহনগে খন অকল অথৌবু পোকহনগে খন চাইরেল খুঙ্গং ঙাকঙমগদবা তম্বা অনী শাম্বা পাঙ্গলবা অনীবু তাইবং ফাওহনলেদো মতম অদু মৈতৈকুমশিং ২৭৭০ অদুৱাইদনি, তম্বা অনী অসি অমনা লাইশ্রম চাদা হৈরাং মখুৎথা শেমমেদো অমনা নাওরেমচাদা, তম্বা অনী অসিনা তাইবং ফাওরবদা অঙকপনি চীংঙুখোইয়ুম মাগী লীল্লনি তাইবং কনা খঙঙম্দব, অঙাং অনীনা তাইবং ফাওরকপা তোপ-তোপ্পা অঙাংনী পুম্নমক্তগী হেনবনি, নিংথৌ য়াওশুরাকপগী খোমলেন মংলান্দা অয়াংলৈমা পাম্ভোইবী মানা লাকতুনা খোইয়ুম লাইরেম্বীনা পাওতাকপিরেদো নিংথৌ য়াওশুরকপা হন্দক চাইরেল নখুন্দা অঙাংগী নৱা ওইনা তাইবং ফাওরিবা তম্বা অনী অসিদি নখুঙ্গংবু ঙাক্লবা পাম্ভোইবী ঐনা শেম্বা চারনি হৈরাং লেমনা মাংলোইয়ে। হায়না খোয়য়ুম লাইরেম্বীনা পাওতাকপিরবদা য়াওশুরাকপা নিংথৌনা নোংলেন অহিংদুবু লেল্লগা চাইরেল কংলা পুংজাও য়ৈরেদো লৈবাক প্রজা চোন্না তিল্লেদো য়াওশুরাকপা নিংথৌনা কোলোই মপাও মেনলেনে তাবীয়ুনে, লৈবাক্ প্রজা পুম্নমক হন্দক ইখুঙ্গংদা নাওরেম অমদি লাইশ্রম চাদা পাম্ভোইবী মানা চাইরেল খুঙ্গং ঙাকঙম্বা তম্বা অনীবু পীনরেদো অঙাংগী নৱা অনিসে খোইয়ুম লাইরেম্বী মাগী হৈরাং মখুৎথানে মরমসিনা অঙাংগী কোলোই মীংথোনসে ৱারম অসি লৈবনা কংলা পুংজাও থীনবনে, অঙাংগী চেংলৌগা চানবা কোলোই মীংথোনসে হায়দুনা খন্নরকলে য়াওশুরাকপা নিংথৌনা হান্না য়েংবা অঙাংদো মবুক চাওনা ফজৈ হায়দুনা অঙাং অদুগী কোলোই পুকচাও হায়না থোল্লসে হায়না লেপ্পরেদো মথংদা অঙাং অমদি চেংলৌ য়েংলগা পুকচাও মাবু তাইনা মেন্নরগনি হায়দুনা তাইবোং থোল্লম্মি, অঙাং অনিগী কোলোইসে, পুকচাও তাইবোং অসুম্না কোলোই মিংথোন্দুনা চাইরেল লাইবুংদা সরেন্ কৎলেদো জগোই খুৎথেক কৎনদুনা

ইরাং থৌনিগ্রেদো অসুম্না, অঙাং অনিসি চাওনবা য়োকখিসনু চকপা চাইরেল খুঙ্গংসে নমু তাইবং মীশিংনা ৱাং কুরাও ফালনা মশীং হেন পাল্লকপা খোংজাই চীংমী মরাংহৌ চাইরেল মীশিংনা য়ামদবনে লোইবী খোংজাই থক্তা হুইয়েন লানশিংনসি হায়বশু চকপা চাইরেল মীশিংনা য়ামদবনা হুইয়েন লানশিংনবা ঙমদেদো চকপা চাইরেলবু ঙাকঙমগদবা অঙাংগী নৱা অনিদুবু চাউবা ঙাইনা চাইরেল খুঙ্গংদো ৱানা মতম লেপ্লিদো, অমরোমদনা কমদৌরী মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো মশানৌ তোইবী লৈমা মাবু কাইনখ্রবদা মতম অদু শা লানগী মতম ওইবনা য়ারৌ শাফা ৱাঙম তানবনা ঙাংঙোই মাগী শিষ্টা ওইরকলেদো, নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা ঙাংঙোই অহোংবদো মরোই -মনাও লোইননা য়ারৌ শাবু তাল্লকপদা অশুম-অশুম্না লাকপনা চীংঙু খোইয়ুম মাগী লীল্লনি তাইবং কনা খঙঙমদবা চাইরেলগী লমদম অৱাং হৌরোক লমদমদা পোত্থারেদো য়ারৌ শাবু ফাঙমদবা কোরৌগী মৈশা খাঙনা লৈরেদো, মরোই-মনাও য়েংনা অফাবা খুনুদুবু লৌসিদো খাম্বী মৈবু লৌরুদো অনকপদা উরিবা চাইরেল লমদমদা মরোই-মনাও থাদুনা খাম্বী মৈবু লৌবা লাকইদো, চীংঙু নোংদম্না কনখিবনা মোইরাং তম্বা মখেদো য়াওশুরাকপা কোনুংদনা কমদৌরী লুৱাং তোইবী লৈমদো চেংহি শমবাল লাংবা লোইরদুনা অঙাংগী নৱা খরগা লৈমা মকে শেম পম্থৌ মাংগোন্দা লৈরমইদো নিংথৌ মনাই মোইরাং তম্বশিং অদুনা লুৱাং তোইবী লৈমা মাবু উবদা লুৱাং তোইবী লৈমা মানি হায়ঙমদ্রেনে, মোইরাংদগী লাইথুং পক্লা চৎখিবা ঙসিনা কোরৌদা উরিবা লৈমসে তোইবী লৈমদো মানখ্রেদা খন্নেদো. নিংথৌ মনাইনা ইবেম্মা খাম্বী মৈবু পীয়ুদা খাম্বী মৈবু য়াওদবনা ঐখোয়গী অফাবা খুনুসে লৌববুদি য়াদ্রেদো অসি হায়রবদা লুৱাং তোইবী লৈমনা মৈবুদি পীরেদো খাম্বী মাবু পীরবদা খুনুবুদি লৌরেদো লৈমা মাবু য়েংলিঙৈ খুনু মাবু কারমমে, নিংথৌনা শাওরম্মি খন অকাবা খুনুদুবু পুনা চৎখ্রেদো অৱাং হৌরোক্ লোকমাংদা ঙাংঙোই অহোংবদো মরোই-মনাও লোইননা পোৎথারমইদো, নিংথৌ মনাই অনিনা পাওবুদি তমইদো তাবীয়ুনে ইনিংথৌ খাম্বী মৈ লৌবা চৎপদা লুৱাং তোইবী লৈমা মাবু য়েংলিঙৈ খুনুবুদি কাখিবা খঙহৌদেদো লৈমা মানা মোইরাংদগী চৎখিবা লাইথুংবুদি পক্লা চৎখিবাদো ঙসিদি লাইথুংবুদি পকপদি হায়রুনু। ঐখোয়সু লৈমা মানি হাইঙম্‌দ্রেদো চেংলৌ

শক্লা হেন পুক্লিং লিন্না ঙানবনে, লৈমা মাবু নত্তনা চাইরেল কনা ওইরোইনে অসুম্না পাউদম্নবদা মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদো পাইমা পুক্লিং নুংওল্লে লৈমা মাবু পুনিংলেদো মরোই-মনাও য়েংনা কোলোইগী মপাও মেল্লেনে অৱাং হৌরোক্তগী হৈঙাং মাবু হেক্কগা নিংথৌ ঐঙোন্দা তৈরোনে তুরেলদগী লৈপাক অঙাংবা তৈরসে অদুগা লৈমা মঙোন্দা নবুংঙো মোইরাং ঙাংঙোইদো য়ারৌ শাদানবা লাকপদা ওকলেন খরাওবনা হায়রে অশি অচং খঙদ্রেদো লৈমা নংনা ইনবা লাইজাদো নিংথৌনা থককে হায়না কৌরুরো অদুগা মোইরাং লমদমদা পুখিসি নৎত্রবদি য়ারোইয়ে হায়নরবদা মরোই-মনাও মখৈনা হৈঙাং হেকপা য়াও লৈঙাং লৌবা য়াও শেম্ শাখ্রেদো মোইরাং তম্বা অনীনা লৈমা মাবু লৌবা চৎখ্রেদো, চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপা মাদি খোংজাই লানবু ঙাইবা তরাগী চাকঙন চাদুনা লাংগোই কারু তোংনা হাওরৈ মখা পাংনা চৎখিদো অসুম্না অহাংবা তাঞ্জা অসিদা মোইরাং তম্বা অনীদো অমুক হন্না লুৱাং তোইবী লৈমা নাক্তা লাকলেদো লৈমা মাবু য়েংনা কোলোইগী মপাও তমলকলেদো তাবীয়ুনে লুৱাং তোইবী লৈমা নবুংঙো মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবদি য়ারৌ শাফা ৱাঙম্ তান্বদা ওকলেন্ খরাওবনা শোক্লেদো, অসি-অচং খঙদ্রেদো লৈমা নংবু লাইজ খরদং ইনহল্লু হায়না নবুংঙোনা নংবু লৌরু লাক্পনিদা হায়রবদা লুৱাং তোইবী লৈমাসু মপুরোইবা ওইবনিনা অচুম্বা ওইরবোই নিংদুনা মরোই-মনাও অঙাং খরগা লোইননা মবুংঙোবু উনগনি লাকচৈদো, অসুম্না লাকপনা লৈঙাং তৈদুনা লৈরম্মী হায়বগী অদু নোংদগী লৈঙাং হায়না মফমদুবু খঙনখ্রেদো লৈঙাং য়ৌরবদা য়ারৌ শানদি শোকতবনিনা লৈমা মাবু পাম্বাগী মিনম্বনিদো মোইরাং মখৈ চংদুনা লৈমা মাবু লাঙ্গোই শয়াংথক্তা হাপকৎলেদো মোইরাং মাইকৈ তম্না লৈমা মাবু পুরকলেদো লৈমা মাগা লোইনরকপা নৱা মখৈনা কপ্পুনা চাইরেল কোনুং তমলক্লেদো চাইরেল্ কোনুংদা তম্বা কনা লৈরমদেদো পম্থৌ য়াওশুরাকপনা খোংজাই লানবু ঙাইবা চৎখিবা নিংথৌ মঙোন্দা অঙকপা খুদমবু পীরেদো অয়াং লৈমা পাম্থোইবী মানা নোংলৈ নুংশিং ওইনা শীৎলেনে নোং মংদনা অখাক্ অরাও খোনজেন তারকলেনে যুগিনি নোংথাং কুপলকলেনে, খোইয়ুমগী অঙকপা খুদম ফংলবদ পোইরৈ চাইরেল কোনুংদা অৱাবা করিবুদি য়াওরবা পুক্লিংদা চীংনবা পোক্তুনা লাংগোই কারু শেম্বাং পাইবা

পাংখকনি, মীৎনা কুপ্পাদা চাইরেল কোনুং য়ৌখিয়ে, চাইরেল কোনুং য়ৌরবদা মাংগী ব্রাবু খণ্ডলেদো নিংথৌ য়াওশুরকপদো অশাওবনা লুতোন্‌ কাখ্রেদো ঙাংঙোই মথক্তা হুইয়েন লানশিংনগে লাল্লু চোমাই ফক্কেদো তাংজ লুরেল লৌগেদো ঙমদবা মতাং থোক্লগা ঙাংঙোই মখুক্তা য়াইবী থব্রাই থাগেদো হায়না শরী পন্দোল লোমখ্রেদো নিংথৌনা লানবু চৎপদা অয়াং লৈমা পান্থোইবী য়াওইদো য়াওশুরাকপা মাংদা লাঙ্গোই তোংনা খ্বাংজেৎ মচি লাং চীরোংবা থাংশাং পাইনা য়াওশুরকপা মাংদা থাররে, অমরোমদনা কমদৌরী মোইরাং মখৈদো লৈমা মাবু পুনা লাকপনা কুম্বী হাওতক্‌ লান চেনসি হায়না লাকপনা অয়াং লৈমা পান্থোইবী নোংলৈ নুংশিৎ ওই মোইরাং কনা চৎঙমদেদো নোংমংদনা লৈচিনবুদি থারেনে মতৌ অসি উবদা মোইরাং মখৈদো ব্রানরকলেদো করম তোক্লগবা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপা পাইমা লীংজেল খাবনি, মানা চাংয়েং তাবু হুনবদা শীৎপা নুংশিৎ অদুবু ঙসিশু শীৎলিনে হায়না অখঙবনা হায়রকলেদো, অসুম্না য়াওশুরাকপনা তান্নরকপনা কুম্বী হাওতক্‌ মাবু লানদ্রিঙৈ মোইরাং মখৈগা থেংনরেদো, মোইরাং মখৈ য়েংনা য়াওশুরাকপানা মপাও লাওরকলেদো, তাও-তাও মোইরাং চাশা নবুংঙো ঙাংঙোই মাবু কননবা হোৎনৌদো য়াওশুরাকপা ঐহাক্তি নবুংঙো লুরেল লৌগে হায়না ব্রাশকখ্রেদো হায়না লাওরবদা মোইরাং মখৈদো য়াওশুরাকপা মদোম লাকপা উবদা থোইনা থৌশানদ্রেদো মোইরাং তম্বা নিপা ২৫নি, মবুংঙোবু কোইশিন থমমেদো মোইরাং ঙাংঙোই অহোংবা মহাকশু য়াওশুরাকপা মাগা চাইনগে খন লাঙ্গোই শয়াংথক্তা লৈমা মাবু ফানা থনম্বা মালেম থক্তা থাদৈদো লৈমনা নকন্দা লৈহৌরে মোইরাং মখৈনা মবুংঙোবু কোইদুনা য়াওশুরাকপা ঙাক্লকলেদো য়াওশুরাকপা খোংনেৎ শা লাংগোই কারুবা শা-লানবু হৈনা শা মহাক্তা মোইরাং তম্বা নিপা ২৫ না কোইরিবা পন্নুংদো অচোংবা পনগী মওংনী মোইরাং পনয়াইদা চোংশিনখিবা ঙাংঙোই মাগী মথক্‌ তম্‌ চোংশিনখিবা লাংগোইদো ঙাংঙোই মাগী লাংগোইসু শা-লানবু হৈবনি তম্বা নিপা ২৫ না তোংলিবা লাংগোইসু হুইয়েন লানবু হৈবনি, লাংগোই শায়াম চোংথোকখিবা কৌজোং শল্লুপ চোংগুমই য়াওশুরকপা মদোম মোইরাং পন্নুংদা লেপলকলে তিমেন তাবু পাইবা মখৈনা তিমেন মাবু হুনজিল্লি থাংবু পাইবা মখৈনা য়াওশুরাকপা লুরেন তম্‌

হাইরকপনিদো হুইয়েন লানদা হৈরবা নিংথৌ য়াওশুরাকপনা তিমেন তায়াম খৎতোক্লে, নংহৌদবা খরানা য়াওশুরাকপা মহকচাং তাদোন্না থীন্নরকপা য়াওশুরাকপা মহকচাং থাংবু তাবু চংদেদো অশাওবগা লোইননা মোইরাং মখৈদো চিম্বান থকখা চিক্কুনা থিনলকপা য়াওশুরাকপা মখুৎশু থাংলেনদা মোইরাং তম্বা খরদি তাংজ লুরেল লৌখ্রেদো লেমহৌরীবা মোইরাংমখৈদো থাংগা-থাংগা হোৎচিনলক লাংগোই শায়াম্না কোইরকপা, য়াওশুরাকপা লাংগোইদো হরাও মথোই কা শাগোলগী লাম্বাদি ঐগীনি তম্বা ওইবদি নংগীনি হায়বগী মওংনি, খুমাং অনী চোংখৎলে খুদুং অনীনা শফু কন্না কাওরম্বা অচোংবা পনগী মওংনী শগোল শায়াম লালনা চোংখ্রেদো শগোল্‌না শগোল্‌দা চেন্‌শিন্‌বা য়াওশুরাক্‌পা থাংগী জগোই শারকপা নাক য়েৎ ওইদা লৈদানা মোইরাং মখৈ হাৎলকপা অসুম্না হাৎলকপদা মোইরাং তম্বা লোইরকলেদো ঙাংঙোই অহোংবা মাতা মঙাইরকলেদো লাংগোই অনি থৌজিন্নে লুরেল তম্না য়ান্নরকপা থাংয়াননি থাংগা-থাংগা ঙাকনৈদো শগোল অনি মমাই লৈথোক্লা মশা-মশা ইননরকপা লাংগোই শয়াংথক্তগী লোংনা-লোংনা চোংথনৈ মলেম থক্তা থাংগা-থাংগা লৈনরকপা য়াওশুরাকপা মাগী লাললাওদা ঙাংঙোইদো মনা মেননা খঙইদো পাম্হোইবী য়াওবা লাল-লাওনি ঙাংঙোই ঙাইহাক্তেংবু ঙকপদা য়াওশুরাকপানা থাংলেননা ঙাংঙোইগী লুরেল লৌখ্রেদো অসুম্না মোইরাং মখৈ হাৎলগা মমোমবুদি থীরকলে, মমোম লাংলেন তোইবী লৈমদি পম্হৌ মাতগা মোইরাং তম্বা ২৫গা যান্নবা মোইরাংনা মীশিংনা হেনখিবনা মমিৎপু চেৎনা উইশিন্দুনা অয়াং লৈমা পাম্হোইবী মাবু শোন্না লৈখিদো, য়াওশুরাকপনা ইপাগী ইমোম ইবেম্মা নথংলেন ঙাংঙোই হাৎলেদো য়াওশুবাকপনা করিবু তৌজগবনো খনজবা মোইরাং অমা ফাওবা ময়ুমবুদি হনদ্রেদো লাকও ইপাগী ইমোম ইবেম্মা ইয়ুমগী মোংবা ইরানয়াই য়ৌরসি হায়না মমোম্বু লাংগোইথক্তা হাপকৎলেদো ঙাংঙোই মাগী তাংজ লুরেলদো শমলাং পাইনা পুরকইদো, চাইরেল কোনুংদা য়াচংলকপা মতমদা থুংইদো, লৈবাক প্রজা পুন্না তিন্‌ য়াওশুবাকপা মপাও ঙাইনা লৈরমইদো চাইরেল লাইবুংদা ঙাংঙোই মকোক্তো চীংঙ্গু খোইয়ুম অনিদা কচ্চরে, ইরাৎ থৌনিজরেদো ইরাৎ থৌনিবা লোইরগা থৌরম কাইদনা ঙাংঙোই-মাগী মকোক্তো লৈরোনবুদি চনখিদো অসুম্না চাইরেল মখৈদো ইনুংদুবু লেনখিদো

ইনুংদুবু ঙাল্লবদা অয়াং-লৈমা পাম্মোইবী লাংওন চংখোনবী তোইবী লৈমা মাসু মাথংলেন ঙাংঙোইনা লৈখিদ্রবদা পাইমা লিংজেল খাবা পম্মৌ মাগী মাংদা ফোংনা কপসি কপঙমদা কপলগনুসি ওমচাক্লা থমোই নুংহিক্লা অসুম্না লোন্না তেংথাজখিদো "শাবী ইবুংঙো নুংশিবা থংলেন নংবু পাম্মুবা তাইবং মপোক্‌ লাংওনমিন্নবা থংলেন পুন্সি লোইদনা খাঙঙুথক্তা কেমমেদো তাইবং মপোক্‌ লাংওনবা চীংঙু লীল্লা লোইরবরনে পাম্মুবা ননাওগী নোংদম লাইবক থীবিদি থংলেন হৈনা নতুংইনসি ইনঙমদা খাইনা মৈশা লাং ওন্ন-থোইনা খাঙহৌবা তারেদো" অসুম্না লুৱাং তোইবী লৈমনা লোন্ন-লোন্না তেংথজবা নত্তনা থম্মোই মৈচাক্‌ খাঙনবা উপাইবুদি লৈজদেদো, ঙাংঙোইনা লৈখিদ্রবদা তোইবী লৈমদো নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা ইনুং মানা ঙানদ্রিঙৈদা অখাক্‌ অরাও খোঞ্জেলনা তোইবী লৈমা নাকোংদা তা মফম খঙহৌদনা তোইবী লৈমা অরোইবা য়াইহিপ্‌ তানখিদো, তৌবিবা থৌদৌদু উবদা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপা চীংঙু করম্বা নোংদমনো হায়না মমিৎ উইশিন্না য়েংবদা খঙলেদো চীংঙু খোইয়ুম অনীনা তাইবং মপোক লাংওন্‌বা তাইবং লীল্লা মপুং ফারে হায়না অনৌবা মপোক লাংওন অমগীদমক মমোমগী পুন্সি লোয়বনি, হায়বা মমোম্না লৈত্রবদা থৌরম কাইদনা মমোমগী থৌরম লোইশিল্‌লেদো, অসুম্না য়াওশুরাকপা নিংথৌদো মমোম্‌ কাইনবগী থৱাই নুংঙাইতবনে চকপা চাইরেলনা খোংজাই লানবু ঙাকলকপা অকল অথৌনা য়ামদবনে চকপা চাইরেল মখুঙ্গং হুইয়েন লাল্‌খা থাগদ্রা ৱাইর শাখা থাগদ্রা খনলক্তুনা নিংথৌ মাগী চাংয়েং তাবু লং য়েংবদা য়েক্লবা কনানা মাইথিববুদি পীঙমদবা খুদম ফংখিদো, অসুম্না চাইরেলদো মতম খরবুদি ইংনা পাল্লিদো অমারোমদনা মোইরাং নিংথৌসু মপারী লৈখিদবগী থৱাই নুংঙাইতে অদুবু চাইবেল থক্তা হুইয়েন লানশিংনগে খনখিদেদো পারী মানা য়োনলুবনা য়াওশুরাকপা মখুত্তা য়াইবী মাংবনি হায়না খন্দুনা লৈখিদো, পোইরৈ চাইরেল লমদমদা চীংঙু মখুৎথা- খোইয়ুম মখুৎশেম পুকচাও তাইবোং অনীদো চাওবা লেপফারে শাংবা লেপতমলেদো অঙাং অনিসি তান্না হিগী মওংনী অমনবু ঙমখিবা অমনসু ঙমদফন্দবনি, অঙাং অনীগী কুম্মৈদো লৈবাক্‌ প্রজা পেনজৈদো মুক্লাদা, কাংজৈদা শাফাবদা তান্না হিগী মওংনী, মখোই অনিবু নত্তনা চকপা কনা লোইনদে, চারে চামীন্নে, অনীনা মপুং মরৈ ফারকপা

মশেন মবাইবু থোকনৈদো তিমেন মাবু পাইনা নিংথৌনা চাইহনবদা চকপা কনানা খাম্‌ঙমদে নিংথৌ মানা নত্তনা শামবা পাঙ্গল ফনা লংওনবা চীংঙু অনীগী লাংওননে নুংশিনবসু হাইনিংঙাইবুদি লৈতেদো, থৌরম অমত্তং পাংবদা ইসেন-ইবাই অসুম্না থানদেদো, য়াওশুরাকপা নিংথৌনা অঙাং অনীদুবু শা-লানগী খুৎশু-খুৎলাই নিংথিনা তম্বীদো অঙাং অনীনা চাউরকপা খোংজাই লানবুদি কীদ্রেদো নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা নিংথৌনা অঙাং অনীগী শামবা পাঙ্গল চাংয়েংগে হায়না লৈবাক প্রজা হৌনা নুংবু হুন্নবা থৌরি চিংনবদা অঙকপনি অঙাং অনিদো থৌদু নুংবু হুনবদা তাইবং মপোক্লা ঙমফদবা ঙম্বনি থৌরিবুদি চীংনবা লৈবাক প্রজানা নাম্মবুদি ওইরগা চীংনবদা অঙাং অনীনা লাইনা চীংলেদো নিংথৌ প্রজা পেনজৈদো অঙাং অনীবু য়েং চকপা চাইরেলদো অকিববুদি লৈতনা পান্‌জরেদো, অদুম্নদি ওইরগা খোংজাই চীংমীনা লান্দরক্কদববু খঙদবনা অহিংগী নুংশেল খান থব্রাই শোনবা মখৈদি ইনুং য়াতাবাবুদি য়াদেদো মরমসিনা ইম্ফাল তুরেল ব্রাংমদা খুন্দারবদি পুক্লিং ব্রাববু ফগনি খন্ ইম্ফাল্ তুরেল্ ব্রাংমদা খুন্দাবদি হৌরেদো চীংঙু মাগী লীল্লনি খোইয়ুম্ মাগী থৌশিলনী তাইবং কনা খঙঙমদবা পোইরৈ ব্রাইখোং লমদমদা থুমখোং লৈবনা মরম ওই য়ারৌ শাবু ইল্লেনে, খুন্দাববু ব্রারেদা অহিংগী মতম ওইবদা শামু-লমশা অঙাওবা ব্রাইখোং খুল্লক চংলকলে, খুন্দববু ব্রারেদা মরমসিনা ব্রাইখোং মখৈ খয়েদো নিংথৌ কনাগী মফমদা চংলগা ব্রাইখোং ঐখোয়গী খুনফমসিবু ঙাকঙমগদবা হায়না খন্নরবদা পোইরৈ চাইরেল লমদমদা পাল্লিবা নিংথৌদি চীংঙু লাইমক্কা মান্নবনি, অকলবু অথৌদি লৈবনি, মরমসিনা চাইরেল নিংথৌ মফমদা চংঙুরসি লেপ্পরেদো ব্রাইখোং তম্বা মখৈ হৌনদুনা পোইরৈ চাইরেল লমদম্ পাংলকইদো চাইরেল লমদম্ য়ৌরকলবদা য়াওশুরাকপা কোনুংদা চংলকলেদো চাইরেল নিংথৌদা কলোইগী মপাও তমজৈদো তাবীয়ুনে ইনিংথৌ ব্রাইখোং প্রজা ঐখোয়না নিংথৌ নাকা তমলকপদি ব্রাইখোং ঐখোয় খুন্দবদি ঙমদ্রেদো থুমখোং লৈবনা মরম ওই য়ারৌ শাবু ইল্লেনে, অহিংগী মতমদা শামু লমশা লাকতুনা খুল্লকপুদি নৈরেদো মরমসিনা ঐগোয়গী খুনফমবু ঙাকপিয়ু চাইরেল নখোয়দা চংজবনিদা হায়রবদা, নিংথৌনা চাইরেল প্রজা য়েংনা কোলোইগী মপাও হংলকলেদো ব্রাইখোং প্রজাগী অব্রাববু কনঙমগদবা তম্বা কনা-কনা য়াওরিবগে হায়রকলবদা

পুকচাও-তাইবোং অনিনা ইনিংথৌ ৱাইখোং প্রজাগী অৱাববু কনসি হায়রবদি, ইশেন-ইবাই থাবীয়ু অরাকপা য়ারৌ শা-মখৈ, ফগেদো হায়না হায়রকলবদা ফরে অদুদি নশেন নবাই ৱাইখোং প্রজাগা লোইননা চৎলোদো হায়না তাকপিরেদো ৱাইখোং প্রজা হরাওজরেদো ৱাইখোং প্রজা লোইননা পুকচাও তাইবোংদো তিমেন্ তাবাক্ পাইরেদো মরিং থাংবু পাইরেদো শামু লমশা হাৎনবা অসুম্না ৱাইখোং মখৈগা লোইননা পুকচাও তাইবোং অনীদো পোইরৈ ৱাইখোং লমদম পাংলকলেদো ৱাইখোং লমদম য়ৌরবদা ৱাইখোং প্রজানা চাইরেল অথৌবা অনী য়ারৌ শাবু ইল্লিবা থুমখোং মঙোন্দনি ৱাইখোং প্রজা কনাসু থুমহিবুদি শোকঙমদ্রেদো য়ারৌ শাবু কনবনা অসি হায়রবদা পুকচাও তাইবোং অনীনা ফরে অদুদি ৱাইখোং তম্বা খবা য়াওরোদো থুমখোং মফম্ তান্না চৎলসি হায়না পুক্‌চাও-তাইবোং অনীদো ৱাইখোং তম্বা খরাগা লোইননা লাকলেদো থুমখোঙ্‌বুদি য়ৌরবদা ওকলেন খারাওবা শল্লুপনি, ৱাইখোং মখৈ লোইবী চীংথক্তা তলা পামেল কানা য়েংইদো পুকচাও-তাইবোং অনিদো, ইসেন-ইবাই ওক্‌লেন অমত্তবু শোইহনবা য়াদেদো, ইসেন্না-ঙম্বা ইবাইনা ঙম্বা ঐনা ঐনা লেপ্পুবা নাকন্দা শোইনবা ইকাইনসিদো অসুম্না হায়না মশেন-মবাই অনিদো তেকপী ওক্‌লেন শল্লুপতো তম্ চংশিল্লক্‌লেদো, মালেম নৈদা খোংফম্ থীল্লেদো মীবু উবা য়াদবা ওকলেন্‌শিং যৈনা কাংদ্রুম মওংনি, পুক্‌চাও-তাইবোং অনিবুদি তম্লকলেদো, মশেন-মবাই অনিদো হায়নববুদি লৈনদে চেনশিল্লক্‌পা মাংবু থাবদো লুশম্ নম্‌দনা ফাইদো মথং চেল্লকপা অমদা লংশিল্লী, অমা অমুক্ ফাইদো অমদা অমুক্ লংশিল্লি অসুম্না ফাবগা লংবগা নমবগা হুনবগা তৌরকপা লমওক অঙাওবদো অকনবা অনীগী নাক্তা চংগদবা কীরকলে কৈখা নোনবা হুইগুমলে ওক্‌না তেরবা অদুদদি পুক্‌চাও তাইবোং অনীদো অমা পাইর মালেমদবু হাযহৎপা অসুম্না অফং অফংবা হাইহৎতুনা হাৎলক্‌পা পোইনুগী ফৌবোম্ তাগুম্‌ই, লম্‌ওক অমা হেনখিদেদো, অক ন্‌বা অনীগী মতৌদো নুংঙাইরকতুনা ৱাইখোং তম্বা খরদো অকনবা অনীবু থাগৎনরক্‌ই, ওকপু হাৎপা লোইরবদা ৱাইখোং মখৈনা ওকপু লোইনা হোল্লেদো অকনবা অনিবু মবুক থন্না পীজরেদো চাক চাবা লোইরগা পুকচাও-তাইবোং অনীদো নুমিদাংগী মতম ওইরকলবদা থুমখোং লমদমদা তিমেন্ তাবাক্ পায়না মরিং থাংবু লোইননা

থুমখোং লমদম্ পাংলক্লেদো থুমখোং লমদমদনা কমদৌরী পাম্বা শল্লুপ্ লৈরমই, তোমচৎনবা পাম্বা ঙাক্তনি থুমখোঙগী অকোইবদা লৈরম্ইদো, মমিৎ মৈবুন থান লৈরম্মীদো, পুকচাও তাইবোং অনীদো হাইনৈদো ইশেন ইবাই পাম্বা পুন্না চঙনা ফাসিনে, পুচাওনা ইশেন্ কৈবু হীংনা ফাবা য়াগদ্রানে, করি ব্রানোদা ইবাই হীংনা ফাবা য়াগনি ইশেন ইবাইনা পাম্বা শল্লুপসে অফং-অফংবা থুম্ খোংনুংদা হুনথারসি চোকথরবদা য়াদবা করি লৈগনি, ঙাংনরে তিমেন্ তাবাক্ থম্মেদো মরিং থাংবু থাদোক্লে, মশেন মবাই অনিদো অকিববুদি লৈত চংশিল্লি, শাহিং চাবা পাম্বশিং মমিৎ-মনা কোরো কোরো ওৎলিদো মমৈবু মালেমদা দুপ-দুপ ফুরকই অকনবা অনী চংশিলি পাম্বা অনীনা অকনবা অনিতম্ চোংশিনলকইদো অকনবা অনীদো থাংবুদি চংদবনি, য়াওশুরাক্পা নিংথৌনা মন্ত্র থিং কান্না থারকপনি, মরমসিনা পাম্বানা চোংশিল্লকপা মখুৎনবু ওক্খিদো পাম্বাগী থৌরবা খুজিন্না অকনবা অনিদা নপ্পদা নপ্পাবুদি য়াদেদো পাম্বা মাবু ওক্ থুমখোংদবু লংথৈদো,পাম্বা অতোপ্পা অমমম্ তম চেনশিল্লি, পাম্বা হৌদনা চোংশিল্লী পাইবগবু হুনথৈদো অসুম্না হুনথরকপদা অচেনবা পাম্বাদি য়াওরকলে, অচেনবা পাম্বা তান্নৈদো নমদনা ফাইদো হান্না থুমখোংদা লংথখিবা পাম্বাদো লৈরাই য়ৌনবা ইরোইজবা মথং পাম্বা হুলকপা লেমনবু মাংহনদে লৈরাই নক্লকপা পাম্বদো হুন্জিল্লি অসুম্না পাম্বা লোইনা লংথরকপা লোইরবদা পাম্বা শায়ামদো লৈরাইবুদি নক্ঙমদ্রে খরবুদি নকশিল্লুবা ফাদুনা অমুক হুনথরকপা পাম্বা শায়ামদো ঈরোইবদা চোকথরে থরাই হিংননবা লৈরাই তম্না ঈরোইবসু অকনবা অনীনা লংবগা হুনবগা তৌবদা পাম্বা শয়ামদো পাঙ্গলবুদি লৈত্রেদো শায়ামদো পাঙ্গল লৈত্রে খংলবদা অকনবা অনীদো ইশেন-ইবাই, পাম্বাশিংশে ব্রারেনে, ঐখোয়না তৌনিংবা য়ারনি লৈরাইদবু কাহল্লসি হায়না লৈরাইদবু কাহল্লে, চেনগে তৌবা পাম্বদো নমদুনা ফারগা অমুক্ হেক্তা লংথবা পাম্বা শায়ামদো হুইমুক্ তেরেদো মশেন-মবাই অনীদো পাম্বা শল্লুপ্ হোইরসি হায়নরে তিমেন্ তাবাক্ পায়না মরিং থাংবু লোইননা পাম্বা শল্লুপ্ হোইরক্লে পাম্বা অমা চেনগে হায়দ্রেদো অকন্‌বা অনিনা তৌবিবমখৈ য়ারেদো অসুম্না হোইরক্পনা ব্রাইখোং মখৈনা য়ারেক্ইবা মফমদা পুন্না হোইজিল্লক্লেদো। য়ারেক্ইবা ব্রাইখোং তম্বাশিং ঙক্পদা থেংলেদো শাহিং চাবা পাম্ববু শাঞ্জেননহানা কাওরেল্ শল্লুপ্

হোইবগুম্ পাম্বনা তেবা উবদা, পুক্‌চাউনা ব্রাইখোং প্রজা য়েংনা কোলোই মেনলক্‌লে, পাম্বাশিংশে চাগেরা হংবদা ওক্‌পু য়াম্না লৈবনা চাবদা লোইরোই খন্ পাম্বদি চানিংদে হাওরোইয়ে হায়রবদা অদুদি পাম্বাশিংশে লোইনা থাদোকখ্রগে হায়দুনা পুক্‌চাও-তাইবোং অনীনা শাহি উশা পাইনা পাম্বা শল্লুপ্ হোইদোরক্‌লেদো অহাংবা মাইকৈ তম্না পাম্বা শায়াম্ য়েংনা পুকচাও-তাইবোং অনীনা হায়রক্‌লে, লমহেনবা পাম্বাশা ব্রাইখোং থুমখোংদা অমুক্ হন্না লাক্কনু করিগুম্বদা লাক্কবদি ঐখোয়্না নখোয়্বু হাৎক্নি, খঙহৌদবা পাম্বাদা পাওদম্মু পুক্‌চাও-তাইবোং অনীনা থুমখোং ঙাক্ইবনি হায়না অসুম্না পাম্বা শায়ামদো শহি উশানা ফু তানলক্‌লে, পাম্বা শায়ামসু থব্রাই হিংনবা চেনখ্রেদো ব্রাইখোং ময়াম্না অক্‌নবা অনীবু লাইগী লাংওননে থাগৎনৈদো, অক্‌নবা অনীনা পাম্বা হোইদোক্‌লুবা হনজিল্লকপা শমুগী লম্‌শা অঙাওবা ব্রাইখোং খুল্লক্‌তা নৈররে, ব্রাইখোং তম্বা মখৈনা শামু লমশা খুল্লক্‌তা লৈরে হায়রবদা পুক্‌চাও-তাইবোং অনিদো ব্রাইখোং প্রজা য়েংনা কোলোইগী মপাও মেল্লেনে, অচৌবা শাবু ওইবনা নখোইসু নমিৎ ননা শিংনা লৈয়ুদো ঐখোয় অনীসু ঙম্বা মখৈ হোৎনগে হায়না মশেন্-মবাই অনীদো মরিং থাংবু পায়রেদো ব্রাইখোং খুল্লক তম লাকলেদো শামু লমশা অঙাওবা শল্লুপ্‌দি লৈরমই, তোমচৎনবা অনীনানাক্-নাকতবু লৈরমই, পুকচাও তাইবোং অনীদো শামু লমশা উরকপা খোংফম লৈদা থীল্লমই, মরিং থাংবু খুৎফম্ চেৎনা পাইরেদো শামু লমশা অঙাওবা তোমচৎনাবা অনিদো পুক্‌চাও-তাইবোং অনী তম্ চেনশিল্লকলেদো পুক্‌চাও তাইবোং নাক্তা য়ৌবা কাল মনাতোন্না য়েৎ খুমাংদবু হাইহৎকে হায়না মনাতোনবু লাল্লকই, অথৌবা অনীদো অকিববুদি লৈতেদো মরিং থাংবু পাইনা লফু নেম্ব্রা মাবু ককগুমই, শামু মনাতোন্ ককথৎপা লাওনা খোংনা মমাই লৈদনা চেল্লিদো খুদুংদবু য়াল্লিদো শামু লমশা অঙাওবা অনীদো খোংনা লাওনা তুরেদো, শামু শল্লুপতো অথোইবা অনিনা তুরবদা কায়দুনা চেনখ্রেদো, শামু লমশা অনী হাৎলবদা ব্রাইখোং তম্বশিংনা য়াইরেকইবা মফমদা অমুক্ হন্না লাক্ইদো, পাউবুদি তমইদো কীগনু প্রজাশা-শামু শল্লুপতো কায়না চেনখ্রেদো অচৌবা অনীবুদি হাৎহৌই। অসুম্না নোংলেন্ অহিংদুবু ব্রাইখোং প্রজাগা লোইননা পোখানখিদো, অসুম্না অঙাওবা শাবু হাৎপসে কোরৌগী নুমিৎ হুমনি চুপ্পা হাৎলবদা শাবু তাক-তক্না হাৎলেদো,

শামু লমশা অঙাওবা শল্লুপ শল্লুপ লাকপদো তৎতনবুদি লাক্‌ইদো হাৎপা য়াবসু মহাৎলী লোইববুদি নাইদেদো অসুম্না শামু লমশা হাৎপগী লোইবা নাইদ্রবদা, পুক্‌চাও-তাইবোং অনিদো ৱাবুদি খন্নরে, শামুগী লমশা অঙাওবা লাক্‌ইবদি মফমসে থীরসি হায়না থীরকলবদা ৱাইখোং খুন্দগী মখা পাংনা লাক্লগা লোইবী চীংগী চীংথক্তা শুগনু ব্রম্মা রোডতা লোইরোইনানা ঙম্বা মফমসিদা শামু লমশা শল্লুপ লাকপা থেংনরবদা পুকচাও-তাইবোং অনীনা তিমেন্‌ তাবু খৌশানা তান্নরকই হায়বগী তুহৈদবী হায়না ঙসি ফাওবদা খঙনরী চাইরেল্‌ পুক্‌চাও-তাইবোং অনিনা খৌশাখিবা অসি থেঙ্গৌরোল্‌ মাপলনী মখোই অনীনা খৌশাবা অসি চীংঙু-খোইয়ুম অনীগী মিংখৈ শোন শামু শল্লুপ্‌ হল্লক্তনবা খৌশাখিবনি, চাইরেল্‌ অথৌবা অনীনা খৌশাখিবা নুমিৎতুদগী শামু শল্লুপনা মফমদুবু চংবা ঙমখিদেদো অসুম্না শামু শল্লুপ্‌ তান্না য়ারৌ শাবু হাৎপসে কোরৌগী মঙানি শুবদা শাশু কয়া লাকত্রবা অদুদা ৱাইখোং প্রজাদা নখোইগী থুমহি শোক্‌লোদো ঐখোয় অনীনা ঙাক্কনি হায়না থুমহিবুদি শোক্‌হল্লেদো অকন্‌বা অনীনা তিমেন্‌ তাবাক্‌ পাইনা ঙাকইদো অদু নোংদগী পুক্‌চাও-তাইবোং অনীগী খুভম য়া ৱাইখোং মখৈনা ইরাৎলক্‌লিদো, ৱাহৈখোংগী প্রজানা পেল্লদুনা চাইরেল লমদমদা ঐখোয়না চহিগী চাননবা থুম্‌বুদি খুদোল্‌ তমসিদো হায়না ৱাইখোং মখৈনা অদু নোংদগী হৌনা চাইরেলদা পোৎ য়োনববুদি হৌখিয়ে, পোৎ য়োনবা অসি চাইরেল্‌ মৈনো, নিংথৌনা খোংজোম নিংথৌগী হাক্‌থক্‌ ফাওবনিদো অদুদগীদি তোক্‌খ্রেদো, অসুম্না ৱাইখোং প্রজাবু নুমিৎ ১৫ নী চুপ্পা ঙাক্লমলগা ময়ুম চাইরেল্‌ লমদম্‌ পাংলক্‌খিদো চাইরেল নিংথৌ অমদি প্রজা হরাওজৈদো, পুক্‌চাও-তাইবোং অনীগী তৌবা ঙম্বা অদুবু চাইরেলদা অসুম্না লৈরকপনা নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজ মহারাজনা শামুবুদি ফানিংলে শামুবুদি লৈবা লমদম্‌ থীরকপদা অকল্‌ অথৌ লোইনৈদো হাওরৈ মখা পাংনা লাকইদো তোবুং লমজাও তমলকইদো কোরৌগী শিংবুম্‌ কয়ানি শামুবুদি থীরকপা অসুম্না থীরকপদা সগাং মনিংগী লাংসৈ হায়রিবা লোক্‌ অসিদা য়ৌরকইদো লোক্‌ অসিদা শামু শল্লুপ্‌ থেংনৈদো শামু শল্লুপতগী অথোইবা তোমচৎনবা মাবু খলক্‌ইদো নিংথৌ মানা নিংথৌগী অকল্‌ অথৌশিং শামু মাবু ফানবা হোৎনবা শামু মানা লেপ্পা মফমদা শোংবু চল্লিদো খোংফম্‌ অনীরক নাম্বোকইদো নিংথৌগা

লোইনরকপা শামু অমোম্না লৈপাক প্রজা কল্লিদো, অসুম্না খোংফম্ অনীরক্ নাম্ভোরকপা নুমিদাংৱাইগী তাঞ্জাদা অমুক হন অহুমলক্ শুবা লাংগোয় চল্লিদো হন্দক্তি শামু লম্শা শাওরেদো নিংথৌ মনাই অকনবা অমবুদি হাৎলেনে শামু অমোম্না কনববুদি ঙম্দ্রেদো নিংথৌনা লৈবাক্ প্রজা য়েংনা নংগী নংগী নথৱাই হীংনবা চেন্নৌদো হায়না চেন্নরকপা সগাং খুল্লক্ য়ৌরকই মৈতে নিংথৌ লোইননা সগাং খুল্লকতা অহিংদুবু লেকলক্ই সগাং প্রজা য়েংনা নিংথৌনা কোলোই পাওদমলক্ইদো হৌখিবা শামুনা অকনবা অমবু হাৎখিবা থৌদোক অদুদা ময়াই কারবা শামুদো শোইদনা মীবু হাৎকনি সগাং খুল্লক্ য়ৌরক্কনি, মরমসিনা শামুসিবু হাৎতবা য়াদে হারবদা শামু হাৎকে হায়না তম্বা কনা চোংথোক্ত্রেদো মৈতে নিংথৌ অৱাবা ওইরেদো মৈতে নিংথৌগী অৱাবা উবদা সগাং খুল্লকপনা ইনিংথৌ ইবুংঙো শামু লমশা হাৎঙমগদবদি চাইরেলদা লৈরিবা অকনবা অনীবু থাজিল্লবদি শোইদনা শামু মাবু হাৎকনি হায়না হঙ্গৎলবদা মৈতে নিংথৌনা মনাইবুদি থারেদো চাইরেল অকনবা অনিবুদি কৌরুনবা, নিংথৌগী মনাই--অনিনা চাইরেল কোনুংদা য়াওশুরাকপদা কোলোইগী মপাও হঙ্গৎলবদা পুক্চাও-তাইবোং নখোয় অনীনা ঙরাং মীবু শোকই হায়বা শামু লম্শাদো হাৎলুদো নত্রবদি মীবু হাৎপগী ময়াই কারবা শামু অদুনা সগাং খুল্লক্ চাইথাইরনি হায়না তাকপিরবদা, পুকচাও--তাইবোং ফরে ইনিংথৌ শামুবুদি হাৎপীগে অদুদা মৈতে নিংথৌ অকল্ অথৌ য়াওরমনি অদুদা মীবু হাৎহল্লী হায়বা কয়াদা পাংদবনো তাবদা নুংঙাইতে, অসুম্না য়ানদুনা নিংথৌ মনাই অনিগা পুকচাও-তাইবোং অনিগা লাকপনা মৈতে নিংথৌ-গরিবনিৱাজ নাক্তা থুংলরেদো, মৈতে নিংথৌনা চাইরেল অথৌবা অনি শামু লমশা হাৎপীয়ু ঙরাং নোংদা নিংথৌ ঐগী অথৌবা অমবু হাৎখ্রেদো ময়াই কারবা শামুদো অথৌবা নখোই অনিনা হাৎপীয়ু হায়রবদা পুকচাও-তাইবোংনা মৈতে নিংথৌ পাংদবা শামু লম্শা অমতা নত্তেদো থেংন মখৈ হাৎপীগে শামুনা মীবু হাৎপদো ঐখোয় অনিগা থেংনগে নিংথৌ নংসু য়েংজৌদো হায়রবদা গরিবনিৱাজ নিংথৌদো শামুনা লৈবা লমদমদা পুকচাও-তাইবোং পুনা লাকলেদো লাংশৈ লোক্তবু চংলকলেদো, শামু লমশা অঙাওবা ঙরাং নোংদাবু মীবু হাৎলুবগী ময়াই কা মীবু মনিল্ তারকপা মনাতোন্না সুন্দা থাংগৎ খোংনা- লাওনা চেনথোরকলেদো নিংথৌ প্রজা লাপতক্লবু

লৈহৌই, পুক্‌চাও-তাইবোং অনিদো অকিববুদি লৈতেদো মরিং থাংবু পাইনা শামু মাংদা লেপলেদো, শামুগী লমশা মানা পুকচাও-তাইবোং অনিবু উবা কাল মীবু হাৎপগী ময়াই কারিবা লমশাদো পুকচাও-তাইবোং অনীবু মনাতোন্না ফারগা খুমাং য়ৈহৎ হাৎলগে মওংনি মনাতোন্না লামলকলেদো পুক্‌চাও-তাইবোং অনিদো অকিববুদি লৈতেদো মরিং থাংবু খুৎপাই চেৎনা পাইরেদো খাংফম্‌ শেন্না লেপ্লেদো থাংগী খুৎয়ান অমুকতাদা শামু মনাতোন্‌ লফু মতুক্‌ কক্‌কুমই, মালেম লৈদা থাদৈদো শামু লমশা খোং-লাওনা কুমাং অনিনা মাংদা লৈবা নেৎখাইগে হোৎনরকপা অকিবা লৈতবা পুক্‌চাও-তাইবোং অনিনা খুমাংদা অমানা য়াল্লিদো অমনা খুদুংদা য়াল্লিদো, শামু লমশা অঙাওবা লৈমাই-থক্তা খোংনা লাওনা তুরেদো, গরিবনিৱাজ নিংথৌদো অকল-অথৌ লোইননা পুক্‌চাও-তাইবোং নাক্তা থুংলৈদো নিংথৌ য়েংবদা পেল্লিদো অকনবা অনিবু থাগৎলি শামু লমশাগী অচৌবা ময়া অনিদো নিংথৌনবু পামলেদো, মদুদা পুক্‌চাও-তাইবোং অনিনা হায়নবদি লৈতেদো থম্বৌ হেরা ফুক্কুমই শামু ময়া নমদনা ফুকইদো নিংথৌদবু কৎলিদো নিংথৌ পেনবদা ঙমখৈ লৈতেদো অকনবা অনিবু য়েংবগী পেনবদি নাইদ্রেদো মৈতৈ নিংথৌনা পুকচাও তাইবোং য়েংনা কোলোইগী মপাও মেনলক্‌লেদো তাবীয়ুনে অকনবা অনি পোইরৈ ঐগী কোনুংদা অকনবা অনিনা ননিং তম্‌ শাফম লানফমবু লাকপদা অকনবা অনীনা পাবীয়ু হায়জরবদা চানবীদবা লৈত্রবা অকনবা অনীদো নিংথৌনা থেম্বদা য়াবীরেদো, ঐখোয় অনিদি পোইরৈ চাইরেল্‌ ইরমদম্‌ লাকনিংবদবু লাক্কনি নিংথৌনা অকনবা অনী ননিংনী ঐগী কোনুংদবু লৈবীরবা অকনবা অনীনা পাম্বদো নিংথৌ ঐনা থীংলোইয়ে, অশুম্না য়ানরবদা কোরৌগী অফবা নোংদ নিংথৌ ননাক্‌ য়ৌরককেদো ইয়ুম্‌ চাইরেল লম্‌দম্‌দা ঐখোয় অমুক হল্লুখিগেদো হায়না অকনবা অনিদো পোইরৈ চাইরেল লমদম পাংলকইদো, চাইরেল্‌ নিংথৌ য়েংনা কোলোইগী মপাও মেল্লেদো তাবীয়ুনে ইনিংথৌ পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌনা ইশেন্‌-ইবাই অনিবু হুইয়েন্‌ লানবু ঙাক্‌ মৈতৈ কোনুংদবু লৈবীয়ু হায়জবদা য়ারম্‌মেদো অসি ৱারম লৈবনা ইশেন-ইবাই অনিদি মৈতৈ কোনুংদা মতম্বু খরদি লৈরুগেদো হায়রবদ য়াওশুরাকপনা অকনবা অনি ননিং তমজৌদো নয়ুম লমদম চাইরেলবুদি কাওগনুদা হায়না য়ানরদুনা কোরৌগী অফবা অমদা

অকনবা অনীদো লাংগোই শগোল্ তোংনা মৈতৈ কোনুং পাংখিয়ে পোইঁরে মৈতৈ কোনুংদা অকনবা অনিনা লৈবা কান মতমসিদা মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজনা অৱা লান্দখিয়ে, অৱাগী নিংথি তুরেল্ খোংবান ফাওবা অৱামখৈবু তকশিনখিয়ে অৱা কোনুং পেগোদা লাইশঙদা মৈতৈ নিংথৌনা থাংনা থাংফম্ হক্লম্ইদো অসুম্না অৱা মখৈবু নিংথি খোংবান্ ফাওবা তকশিন্লমলগা মৈতৈ কোনুং পাংলকখিয়ে, চাইরেল্ অকনবা অনীসু অৱা লান্দবা লোইরবদা ময়ুম লম্দম চাইরেলদা পোইঁরে মৈতৈ কোনুংদা চৎনিংবা চৎ লৈনিংবদা লৈ অকনবা অনী মনিং তম্ইদো অসুম্না পাল্লকপনা পোইঁরে চাইরেল লমদমদনা নিংথৌগী মমোম্ অনী মপারী অমা মথং-মথং ফংখিয়ে মমোম অনীগী কোলোইদি হৈরেম য়াইপল্ চনু কোন্দেনু অমদি হৈরেম্ লৈফোন্ চনু খুঞ্জাল্ অদুগা মপারীগী কোলোই মিংলেনদি লৈবাক চাকহোং-ঙাহোংএ খুনজাও লৈজাওএ হায়দুনা অঙাংগী কোলোই খুনজাও হায়না থোল্লিদো অশুম্না অহুম্ অসি চাওনবা য়োকখিসনু।

# খুমন সলাইনি কুম্না মচুনী।



# মোইরাম্বা নত্রগা অজিৎশাইগা লোইননা পুকচাও-তাইবোংনা গরীবনিৱাজ হাৎপা

পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তনা কম্‌দৌরী মৈতৈ নিংথৌ গরিবনিৱাজ মচাগী খুত্তা থৱাই মাংঙু হায়বা মপাবুংগী শাপ্পু লৈবনা পোইরৈ মৈতৈ কোনুংদা মপারী অজিৎশাইনা নিংথৌ হেক ওইবগা মপাবুংবু কোইত্তান তান্নেদো গরিবনিৱাজনা মচা ইবুংঙো শ্যামজাই খুরাই লাক্‌পগা লোইননা থাংগদা লোৎখি থাংগনা চংজফম্ পীবগীদমক খুনজাও লৈজাওরো হায়না বর পীরম্নগা কক্‌চিংদা অমুক মতম খরা লোৎখি মদুদসু লৈবা য়াদদুনা কক্‌চিং নাখোই খুনজাও লৈজাওরো হায়না বর পীরম্নগা পোইরৈ অৱা কোনুংদা চেনখিদো অজিৎশাইনা মপাবুংগা-ময়াম্বুংগা অৱাদা চেনখ্রে খঙবদগী অৱা নিংথৌদা মখোয়গী চংজফম্ পীদনবা চিথি থাখি, অৱা নিংথৌনা নাখোয় অনি মৈতৈ নিংথৌ নত্তে হায়না চিথি থারকই মরম অদুনা চংজফম্ পীরোই হায়রবদা শ্যামজাই খুরাইলাক্‌পানা ঐখোয় মৈতৈ নিংথৌ ওই ওইদে খঙনবা অৱা নখোয়গা মহৈ তান্নসি করিগুম্বা ঐখোয়না ঙম্লবদি মৈতৈ নিংথৌনি খঙঙু ঐখোয়গী চংজফম পীয়ু হায়না য়ানরবদা ইনুংদুবু লেপ্লগা মথংগী নুমিৎতা অৱা মখৈগা মহৈ তান্নরে মহৈ তান্নবদা শ্যামজাইনা থোইদুনা মপা-মচাগী চংজফম্ লৌখিদো, অসুম্না অৱা লৈবাক্তা নিংথৌ মপা মচাদো মতম খরা লৈখিদো পোইরৈ অৱা লৈবাক্তা মপা লৈরে হায়বা খঙলবদা চাইরেল অকনবা অনীদা অজিৎশাইনা হায়জ চৎচ ৱাহৈনা নোনজ মওংনা অকনবা অনিবু মৈতৈ নিংথৌ হাৎপদা তেংবাংবীয়ু হায়জরবদা মৈতৈগী ঈবু শেংদবা গরিবনিৱাজ মাবু হাৎপদা তেংবাংগে য়াখিদো, পুকচাও-তাইবোং অনিনা নিংথৌগী মচা অজিৎশাইবু লোইনরে লাংগোই শগোল তোংনা তিমেন তাবাক্ পাইনা অৱা লৈবাক পাংলক্‌লেদো অৱাগী নিংথি তুরেল্ খোংবান্নী শ্যামজাই খুরাই লাকপা মপাবুংবু থৌগল তৌনা লৈরম্মীদো তমবা নুপা অহুম লাংগোই তোংনা লাক্‌পদো অরাপ্পাদবু উরকপা মপাবুংবু য়েংনা কোলোইগী মপাওবু মেনজৈদো পাবুং হন্দক্ লাগোই থৌনা লাক্‌ইবা তম্বা অহুমসে অতৈবুদি নৎতেদো পুকচাও তাইবোং লোইননা শানৌ অজিৎসাইনিদো পাবুংবু য়াইবী

লৌগে তেমশিংনবনিদো পাবুংগী য়াথংবুদি ফংলবা লাংগোই মানা তানববুদি ফংলোইয়ে নিংথি তুরেল্ ল্লাংমা লান্ পাবুংবু পুনা চৎকেদো হায়রবদা গরিবনিল্লাজ নিংথৌনা করিগী অদুক ফিংগৎপনোদা চাইরেল্ পুক্চাওতাইবোংদি নিংথৌ ঐবুদি হাৎলোইয়ে, হাৎপ তারবসু চিংগোই পাওমেন্নগনিদা হায়রবদা শ্যামজাইনা পাবুং ইবুংঙো নুংশিবা পুক্চাও-তাইবোং অনীসে য়াল্লা পাওমেন্নবা য়ারোইয়ে, শানৌ অজিৎশাইনা হান্না মথৌবুদি শংলবনিদা। নিংথৌনা চেনশি য়াদ্রবদা শ্যামজাই উপাইবুদি লৈতেদো তৌফম্ খঙ্দা লৈরিঙৈ, পুকচাও-তাইবোং লোইননা অজিৎশাইদো য়ৌশিল্লক্ইদা য়ল্লা পাউমেন্নবা নংদেদো তিমেন মানা থৌগল্লীদো খুদক্তা পুক্চাও তাইবোং অনিনা তিমেন্ তাবাংখিয়ে গরীবনিল্লাজ নিংথৌদো পাইমা পুক্লিং নুংশিখিদো চাইরেল্ অকন্বা অনীনা তেংবাংদ্রবদি অজিৎশাইনবু থৌরম্সি পাংঙম্ লোইয়ে অসুম্না খন্ নিংথৌনা পুক্চাও-তাইবোং মফমদা শাপ্পুদি তৌরক্ই অসুম্না চাইরেল্ নখোয়সে অকলগী অথৌদি পোক্উদো অদুগা অমুক্ অমুক শীবদা মংগে লৈকিন্ থবগুম্ শীয়ুদো হায়না শাপ্পু তৌইদো নিংথৌবুদি হাৎলবা তুং শ্যামজাই মাবু তমলক্ইদো শ্যামজাই মাদি খুৎলৈ থুনা মপাবুংনা তুখ্রবদা য়েনবা লাবা ওন্ নিংথি তুরেল্ লান্না পাইখিদো, অসুম্না অজিৎশাইদো মপাবুং হাৎলম্লগা পুক্চাও-তাইবোং অনি লোইননা পোইঁরৈ মৈতৈ লৈপাক্ পাংলক্খিদো, মৈতৈ কোনুংদা অজিৎসাইনা নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা চাইরেল পুকচাও-তাইবোং অনিদি ময়ুম লমদম্ চাইরেলদবু লাক্খিদো।

# মোইরাং সলাইনি অরাংবা মচুনী।



# অহুম শুবা শরুক

চাইরেল্ নিংথৌ য়াওশুরাক্পগী মচা নুপী হৈরেম্ য়াইপল্ চনু কোন্দেনুনা মথোক্ কাররকবদা ইনজিং-লোংখোন্ তৌনবা পাৎ মচা অমা থমই। পাৎ অদু মচাগী মমিং লৌদুনা কোন্দে পাৎ হায়না কৌই।

অমরোমদনা মোইরাং নিংথৌগী মচা ইবুংঙো খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা শক্নে চুনে লাইগী লাইপোক্ অমা ওইবগী চিৎথবা অমতা লৈতে নিংথৌ মচা অমা ওইবগী শেৎতোক্ চাথোরক্পদা পক্ইদো লাঙ্গোই শাগোল্ তোংদুনা খুৎজু খুৎলাই পায়রগা চীংয়া তম্য়া কোইনা য়ারৌ শা তানবা চৎলক্পদা নোংচুপ মাইকৈদা তোর্বুং য়ৌরে। নোংম-নোংমগী মাইকৈশিনবনা খুগা তুরেল লান্দুনা মখা পাংনা দামপী চীংশা হাওতক্ চীংগোন্নচিংবা শা-থিরম্মী নোংমা-নোংমগী মফম হোংলকপনা শগাং লুখুম্বী চীংয়া তম্য়া চৎলকপনা চাইরেলগী লম্ য়ৌরক্লে।

চাইরেলগী নিংথৌগী মজা ইবেম্মা কোন্দেনুশু শারেপ্ ফারক্পাগী হৌনবী শক্তা চুদা শাওং শাথেক্তা মীওইনা পোক্পগী অৱাৎপা অমতা লৈতবমখৈ ফজবদা শিংথানরে। চাইরেল্ পাখংদি লাইরদুনা মতারোই মমাননবীশিংনা নুরা মাগী নাক্তগী হেন্দোক্নিংখিদ্রে। কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী মশুং মমান্নবী কয়াগা নুরা অউনপোৎ কোন্দে পাৎতা ইনচিংবা লোংখোন্দুনা ঙা ফারকই। কোন্দে পাৎকী ঈশিং চিথফম্ তুরেল্ অচৌবগী তোর্বান্দা পষ্টো মপানা খাংপোক্ অমা খনবী। খাংপোক্ অদু নোংচুপ্ মাইকৈ খাজিল্লি মাইকৈ অহুম হাংহল্লী নুংথিল নুংশা শারবা মতমদা খাংপোক্ অদুদা নুংশা খাংই ময়ুম-ময়ুমদগী পুরকপা তরা চায়োম চামিন্নে। অসুম্ তৌনা কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী কোন্দে পাৎতা লোং খোনবা কোন্দে খোংজিন্দা ইন চিংবা লেপ্লক্তে। খোইয়ুম খোংদম্না নুরা পাখং অনি শক্খং মাইখংনৌ তম্লম্বা মাল্লি। কোরৌ নুমিৎ অমদি মোইরাং নিংথৌ মচা খেলেন্ নুংনাং লৌথিবদো তরা চাক্ঙন্ চাদুনা মখা পাংনা চীংয়া তম্য়াদা য়ারৌ শা তাল্লক্পদ, নুরানা লৈবা মাইকৈ শন্দংপন্ য়ৌরক্লে। শন্দংপন্ কোন্দে পাংকা তাইনবা চীং মচা দামপী চীংশাংনী খেলেন্ নুংনাং লৌথিবনা

চীংয়া উরুম্ অদুদা ঙাইহাক পোৎথাদুনা লৈ। মহাক্না য়েংখিবদা তুরেল অচৌবগী ঈশিং অচেম্বা উরকই। লাইজ ইখৌ লাংলক্লুনা ঈশিং থক্কে নিংলক্ই। পাৎকী ইফম্ থক্পবুদি অচেনবা তুরেল লাইজ থকপনা ফৈ খন্দুনা তুরেল তম্না কুমলক্ই। নারক্ মোশোং ওইবনা কোন্দে খোংজিনদা মী লৈ হায়বদি খংদে তুরেলদা কুমদুনা ঈশিং থক্লুনা অরাম্ খৌরাং কোক্লবদা পাখং মানা নোংচুপ পাংনা য়েংখিবদা নুরা ওইবী খরা ইন্ চিংবদু উরুরে। ময়াম্ অদুগী মরক্তা চেংলৌ হেনবী অমা য়াওবদু য়েংখিবদা নুরা মাশু য়েংলকপদা অনী অদু মিৎচানরুরে। অনি অদু মিৎফম্ হোংদোক্লবা ঙম্নদদুনা ঙাইহাক্ অনিদু মিৎ চানদুনা লৈনখ্রে। খেলেন্ নুংনাং লৌথিবনা খল্লি ফজখ্রেদা অচম্বা মচাদি ওইরমলোই। ঐগী হৌখিবা পুন্সি খরা অসিদা অসুক্ নিংথিবী অমতসু উখিদ্রি। মরি মখোংদি খংখিবনা চুমই খন্দুনা খোঙ্থাং খরা থাংজিন্দুনা "ইবেম্মগী অশেংবা শক্ তাক্পীবা য়াগদ্রা ? নুরা মাগী ব্রাখলসু নিংথৌ মচাদগী থোইনা তাদে।" নুরানা য়াগনি অশেংবা হায়জগে "ঐহাক্ চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মমোমনি ইমিংনা কোন্দেনু কৌজৈ"। নচলগীসু তাক্চরবনিনা পাখংগী অমুক্তা তাক্পীরম্মু। "ইবেম্মা ঐহাক মোইরাং নিংথৌগী মপারীনি ইমিংনা খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা কৌই। নিংথৌ মচা ঐখোয়গী হৌনবা চীংয়া তময়াদা য়ারৌ শাতান্বা লাক্পদগী মফম্ অসি য়ৌরকপনি। "নচল ওইবী ঐখোয়সু পন্থৌ ইপানা পীবীবা পাৎ অসিদা ইনজিং লোংখোন্ তৌজবনি কোরৌ নুমিৎ খুদিংগী তরা চাক্ঙন চারগা পাৎ অসিদা লৈজৈ। খেলেন নুংনাং লৌথিবনা হায়রকই নুরাগী নাক্তা মতম শাংনা লৈনিংই অদুবু ইয়ুম্ লমদম তাম্বানা ঙসিদি তাংলৌ লৈথখ্রে মোংবা শংলেন্ য়ৌরগে হয়েং চায়োম্ পুদুনা লাকচগে চামিন্নসি"। ব্রাহৈ খরা হায়নরগা নিংথৌ মচা লাঙ্গোই তোংদুনা ময়ুম মোইরাং পাংখ্রে। লাঙ্গোই তোংনা লাক্পনা খেলেন্ নুংনাং লৌথিবদো ব্রাখল লৈতফম্ খংদ্রে। নুংথিলগী থৌদোক্ অদু মঙ ওইরমদ্রবদি ফগনি খল্লি। চৎনা-চৎনা মাংদা উদুনতা লৈখ্রে। কোন্দে পাৎকী লমদমদসু নুরা কোন্দেনু থম্মোই হামচৎ হাম্বোইনরে থেংলদুনা মতারোই মখৈগা চাইরেল কোনুং পাংলক্লে 'মাংদা থোক্খিবা থৌদোক্পু উদুনতা লৈখ্রে। অসুম্না অহিং অদু হৌখিবা খংহৌদে। নোংঙাল্লগা নুরা চেংহি শম্বাল্ লাংদুনা তরা মথেল লাংলে। মোইরাং নিংথৌ

মচানা চয়োম পুদুনা লাক্কে চামিন্নশি হায়বা অদু কাওদে। হৌখিবা নুমিৎ কয়াদগী নুমিৎতুনা খরা গুন্না হোৎনজে। তরা চয়োম্ নিংথিনা য়োমদুনা মতারোই মমান্নবী হৌনদুনা কোন্দে পাৎতা লাকচখি। কোন্দে পাৎতু মহৌশাদগী হেন্না ফজবগুম্ উজখি। কোন্দে পাৎ অচৌবা পাৎ নত্তে অদুবু মশাগী ফজবা অমদি ওই। নোংচুপ থংবদা দমপী চীংশাগী লোক্নুংঅমদগী ইপান থাদা ঈশিং তত্তনা চেন্থরকই। মখা থংবা চীংগা তাইনবা, শরুক্তা থম্লা থম্বালনা ফজনা লৈতেংলবা লৌ পরিমুক্ চাওবা মফম অমা লৈ। ঈশিং ঈমাই মথক্তা থম্লা খেঞ্জোং থম্বালনা ঙাংনা ঙৌনা শাৎপদো পুক্লিং হুনাবগী মশক্কি। পাৎকী ঈশিংনা তুরেল্ অচৌবদা চেন্থরিবা অদুবু কোন্দে খোংজিন্ হায়না খংনৈ। অদুগুম্বা মফম্ অদুদা নুরানা মমাননবীশিংগা ঈন্ পরেং থাবা হৌখ্রে। কেগে মোইরাং লৈবাক্তা নিংথৌগী মজা ইবুংঙো খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা হায়নখিবা মতুংইন্না তরা চাকগুন চাদুনা চয়োম য়োমখ্রে। থৌরাং পুমবা লোইরদুনা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা খা পাংনা থৌরক্লে। নুমিৎনা কোক্তোন হায়থরক্লবা মতমদা মোইরাং নিংথৌ মচাদু থুংলরে। পম্থৌ য়াওশুরাকপনা শাবীবা খাংপোক্ অদুদা চংদুনা মোইরাং পাখংগা কোন্দেনু মমান্নবী কয়াগা তরা চয়োম্ চামিন্ন ৱারী ৱাতাই কয়া শান্নজে লৈমিন্নরিবশিং অদুগী মনুংদা নুরা কোন্দেনুগীদি খোংলোই য়াওই পাখংগীদি য়াওদে। অদুম ওইনমক্ লৌশিং শিংবী কোন্দেনুগী মমান্নবীশিংনা ঐদি ইবুংগী মিচং ওইগনি হায়দুনা ময়াম্ নোক্মিন্নৈ। অসুম তৌনা কোরৌ শিংবুম্ কয়া নুমিৎ খুদিং লাক্কুনা কোন্দে পাৎতা নুংশি ৱারী শান্নজে। নোংম-নোংমগী অনীগী নুংশি লিপুন হেল্লক্খি। লৌনসি লৈনসি ৱাশক্লে শিবদা হৈনা তুং ইন্নসি ৱারেপনৈ। অসুম্না পাখং নুরাশিং নুংথিল তরা চায়োম চামিন্নবা অসি কোরৌ মশিং কয়া হৌখ্রে কৌরৌ নুমিৎ অমদি পাখং নুরাশিংনা চায়োম্ চাবা লোয়রকপা মতম নুংশি ৱারি শান্নরিঙৈদা য়াম্না নক্লা শজি অমা ঈশিং থকপা উরে। শজিগী ফজবা মওংমতৌদু উবদা নুরাগী পুক্লিং খোয়দারুরমাল্লে মশাবী য়েংদুনা হায়জরকই। ইশাবী ইবুংঙো থংলেন্ পাম্মুবা নংবু মীনা হায়নৈ মোইরাং নিংথৌগী মজা ইবুংঙোদি শারম্ খংবা শাফা ৱাঙম্ তানবনি। অদুনা মাংদা উরিবা শজি অসি নচলনা খোইদনা নুংশিঁজে শজি অসি ফারগা নিংঙোলনা মকোন শাদুনা থমজনিংই। পম্থৌ মশেন্ হায়নদুনা নিংঙোলনা থংলেন নাক্তা

লাকচবদা শক্তি অসি পুজরক্কে। শাফা হৈবা ইবুংনা শক্তি অসি ফাবিয়ু। থাগৎপদা হয়াওদবা মী তাইবংদা পোক্ত্রি হায়বা য়াই। কোন্দেনু মথৌনা মরৌশিং লৈবা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মমোমনি, য়াওশুরাক্পগী মমোম্ মপুনা শেম্বাদা অমখক্ য়াওরবদি ওক্লে হায়বা শক্লোন্ অদু মফম্ খুদিং শুনা অমত্তা ব্রাত্তনা য়াওরবী নুরা কোন্দেনুনি। মশানৌগী মপাওখোল্ তবদা খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা শক্তি ফাগে হোৎনজৈ। মশানৌ নাক্তগী হৌগৎলগা নাকোইননা চৎতুনা শক্তি ফগে থৌরাংলক্কে। মীনা শিনবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা শাফা হৈবা মোইরাং নিংথৌ মচাদো শক্তি ফাগে তৌবদা কংফানলোমদা কারবদি ঐবু শোয়দনা ফাখরনি খন্দুনা শক্তিদু লাইজ ঈপাক্তা চোংথদুনা ঈব্রাংমা লাম্থোকখ্রে। খেলেন নুংনাং লৌথিবা নিংথৌগী মচাশু ইকাই নুংশি য়ান্ননা ঙমগে ফাগে মতাগুম্ তিমেন্ খুৎতা পায়দুনা ঈশিং ইরানখ্রে। শক্তি নমদুনা ফাগে হায়না তান্নরকপনা চীংয়া তময়া অশোংবা মফম কয়াদা লৈশিন্নে শারম্ খংবা পাখংনা শারোৎফম কয়া নৈখাইরকপদা য়ারৌ খাংবা ঙমদদুনা মখা পাংনা চেম্থখ্রে। কোরৌ নুংথিল্ চুপ্পা তান্নবদা নিংথৌ মচা ব্রারে। মশানৌ মাংদা চংনা ফাগে য়াখিবনি অদুবু কোরৌদি লৈথরক্লবনিনা ফাদবদি য়াদ্রে শিনা ওইরবসু ফাগে খল্লক্কে। শক্তিনা ঈরেন অমগী খোংবান্দা চংখ্রে খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা তিমেন্ খুৎশু পাইদুনা শক্তি তম্না লংখ্রে মহাক্কী তা অসি থাংজ তরেৎনা তিন্দুনা শাবা হুনখ্রবদা পান্দবা লৈত্রবা তিমেন্ তানি। শক্তি অদুসু অচম্বা ওইরমদ্রে চীংঙু লাইনা শায়োন্দুনা মাইকৈ অদুবু কোনবা শক্তি ওইরমদুনা তা পান্খিদ্রে। তুরেল ঈরেন্ অচৌবা ঈব্রাংমা লান্না চেনখ্রে। অশাওবা নুংঙাইতবা অমা য়াওনা নিংথৌ মচা তা খুললমদ্রে। ঈব্রাংমা লান্না য়াবৌ শক্তি তান্নখ্রে শক্তিনা লানখিবা ঈরেল অদুদা তাগী তাখোকতা য়াওবা লৈতেং চাক্ব্রাই অদু ঈশিং ময়েং তারকপাদা লৈরম্মী হায়বগী ঙসি ফাওবা চাক্ব্রাইতা ঈরেল্ হায়না কৌনরী তাদু ঈশিংদা কুইনা লৈবদগী চাথৎতুনা চেংলম্মী হায়বগী তাজেং-তাংজেং হায়না কৌখি। অসুম্না শক্তি অদু অমুক হন্না চীংয়া তময়া চেনখিবনা ঙসাই অঙনবদা শক্তিনা ঈশিং থক্ফম্ অদুগা থংননা লৈবা ঈরেল অমগী চীংজিন্ অমদা কাখৎলগা লাইজ ঈরেন্ য়েংদুনা লৈখ্রে। শক্তিনসু খল্লি ঙসি ঐবু তান্নরিবা মী অসি অচম্বা মীদি ওইররোই। মাগী মখুত্তা ঐগী থব্রাই থাবদি লাইরমলেম্না ঐবু নমুংনগনি

অদুনদি তান্নরকলিবা মানা থুংলবগা ঐহাক্ লাইজ ঈরেন্দা চোংথদুনা লাইরম্লেন্দা চৎথ্রগে খন্দুনা লৈখি। নিংথৌ মচাসু অশাওবা মৈরি য়াওনা নিংঙোল্ মাংদা চাং তনিংদদুনা থাংলেন্ খুৎশু পাইনা শাখোঙ লিরক্ই। য়ারৌ শজিগা খেলেন্ নুংনাং লৌথিবা নিংথৌ মচাগা তুংথ-মাংথ তান্নরকপা অদু কোন্দে খোংজিন্দা ইন্ চিংলিবী কোন্দেনু উবা ফংই। নিংথৌ মচানা কোন্দে খোংজিন্ তম্না মশানৌ চেংলৌ য়েংলিঙৈ য়ারৌ শজি অদু তুরেল ঈরেন্ অচৌবদা চোংথখ্রে। শজিনা ঈরেন্দা চোংথখিবদা নিংথৌ মচাসু থাংলেন চেৎনা পাইদুনা ঈরেন্দুদা চোংথখ্রে। খোইয়ুম লাংওন ঙাক্তা ওইরম্লে, শজি অমদি নিংথৌ মচা, ইপাল্লাংদা ফাওবক্রে। মথংংলেন্না ইফাওরক্রবদা কোরৌ নুমিৎনদি থেংলবদা কোন্দেনু পাইম ৱাখল তৌরকই। ঐগী পুন্সিদা অমতা ঙাইরে খঞ্জবা থংলেন্ মানা ইফাওরক্রবদা ঐনা তাইবংদা হিংবগী করি কান্নগনি । পাম্মু হৈনা তুংইনগে হায়বা অরেপ্পা ৱাখল ওইখ্রে। য়েংবা য়াবা মতম কয়া য়েংলমলগা কোরৌনা থেংজিল্লক্লাবদা কোন্দেনু মরুপ মপিজা কনা তাক্লমদনা কোন্দে খোংজিন নুরাগী ইন্ চিফমদগী তুরেল্ লাইজদা চোংথখ্রে। মরুপ্ মপিজাশিংনা খাম্বসু নংহৌদ্রে ৱাংলেন্ পুংজা খরা য়েংলগা উপাই লৈতদুনা চাইরেল, খুন্দা চৎতুনা মপা ইবুংঙো য়াওশুরাকপদা পাওদম্জরুরে। য়াওশুরাকপা নিংথৌ মমোমগী থোকখ্রিবা পাওদু তাবদা চাইরেল্ পুংজাও থিনদুনা লৈবাক প্রজা কৌখৎলে চাইরেল প্রজা মীয়ামদু কোন্দে খোংজিন্দা লোইনা তিল্লে। ইরুপ্পা হৈবশিংনা তুরেল থুংনা ইরুপ্তুনা মমোম কোন্দেনু থিরে। উচান্ মৈরা চাওনা চমদুনা নুমিৎতুগী অহিংদু ইরুপ্তুনা থিনবদা মমোম কোন্দেনু থিবা ফংদ্রে। অসুম তৌনা অহিং অনি নুংথিল্ অনি থিবদা কোন্দেনুগী অশিবা মশা ফংখিদ্রে। হুমনি শুবা নুমিৎনি তৌরৈ অমা চৎথরগা তুরেন্দা তুখিবা তেরা উরাং উশা অমদা কোন্দেনুগী অশিবা হকচাং পন্দুনা লৈরম্না থেংনখি। কোন্দেনু মশা পল্লম্না মফম্ মশা লৌখৎলগা মচুম কংনাবা থমখিবা মফমদু ঙসি ফাওবা শাগংবা হায়না খঙনরি। মতম অদুদা চৎনরম্না খুনগী মীওই অমা লম্লক্তা শিখিবা তারবদি মখুন্দা লৈবা মংলেন্দা তিনবা য়াদে লম্লক্তা মথৌ মঙম্ তৌবা চৎনৈ। চাইরেল নিংথৌ মানা পোকচবী ওইরবসু মমোমবু মখুন্ মংলেন্দা পুশিনখিদে চাইরেল মাগী লম্ ওইবা শাগংবগী তুরেল ৱাংমদা লাম্থোক্লুনা

মমোমগী অশিবা হকচাংদু লৈরোন্ চনবগী থবক্ থৌরম্ পাংথোক্খি। মমোম ইবেম্মা কোম্দেনু মীপুম্ খুদিংনা ফজে, নুংশি হায়না শোন্নরম্বা, মচানা, অরোইবা য়াহিপ তানখিবা অদুদা থম্মোই শোক্লা তেংথাখি। হা ইমোম ইবেম্মা নংনা মনুং মতম চাদনা পোম্বীনা মখোক লোইদুনা কেনবগুম্ কেনখিবদি কল্লক্ইদা হায়না তেংথাখি। অদু নোংদগী লমদম্ অদুবু পোম্বীখোক হায়না খংনখি। নুরাগী মংওইখিবা মফমদু হয়িৎ পাম্বী হৌই। চাইরেন্না হয়িৎপু থৈচং কৌই। নুরাগী মংফম অতোংবা লৈশৌপুং অদুবু পোম্বী খোক্ থৈচংপুং হায়না কৌখি।

# মোইরাং সলাইনি অরাংবা মচুনী ।



# মরিঙবা শরুক্

অসিগী মতুংদা চাইরেল নিংথৌগী মচা মচিন্ মৌপ্রা হৈরেম্ লৈফোন চনু খুনজাল লৈখম্ ফাবা থৌদোক্ অসি থোকখি হায়রিবা মচিন্-মৌপ্রা অসিনা মপুং মরৈ ফারকপা মথোক্-কারকপা মতমদা মৌপ্রা খুনজাও অসিদি খুৎজু খুৎলাই পাইদুনা লাংগোই শগোলদ্ তোংদুনা য়ারৌ শা থিবা চৎলি, মচে হৈরেম্ লৈফোন চনুদি মতায়োইশিংগা লোইননা-পাবং মচাশিংগা কোন্দে খোংজিন্গী মায়োক্নুনা লৈবা তুরেল্ বাংমা হৌজিক্তা নুংঙুনা খুন্দারিবসিগী মখা থংবা শরুক্তা লৈরম্বা হৈকোল্ লৈকোল্দা চৎতুনা কোইজরম্মী। নোংমদি হৈরেম্ লৈফোন্ চনু খুন্জালনা উয়ুং পাম্বী অমগী মথক্তা শাৎপা লৈরাং লৈখম্ উবদা পুক্লিংদা খোইদরুরে লৈ অসি হেক্লগা পিবা ওম্বা নুপা অদুদা মহাক্ লৈগে হায়দুনা বাশক্খ্রে, অঙকপনি চীংঙু খোইয়ুমগী নোংদম্ নিংথৌগী মচা খুনজাও মৌপ্রাদু য়ারৌ শাতানবা চৎলুবগী লংগোই তোংদুনা হল্লক্পদা উয়ুং মথক্তা শাৎলিবা লৈখমদু তেম্না কক্লগা মচেদা পিররে তৌরিবা মতৌ অদুদা হৈরেম্ লৈফোন্ চনু লৈমাইদা লুক্থদুনা লৈখ্রে ঐসি লৈ অসিবু হেক্লগা ঐঙোন্দা পীবা নুপা অদুদা লৈগনি হায়না বাশক্খ্রে, হায়রবদা মৌপ্রানা করে অদুদি ইচেগী নিংবা থুংনবা মফম অসি থাদোকতুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎলসি হায়দুনা লাংগোই শগোলদা মচেবু পুদুনা অরাং পাংনা চৎখ্রগা অরোংগী হৈবোং ফৈদোংবীদা পোত্থাদুনা লৈরমলগা ইরান্দুনা অরাং পাংনা মচেনা মমাং থাদুনা অথেনবা ঈশিং য়েংদুনা মখি ত্থাৎতুনা চৎপদা মৌপ্রা অদু অপাম্ মিহৌ ফাওরক্লুনা কোন্দুনা পোৎথখি মরমগী মাইবম্ কোন্না কৌখি অদুগী মতুংদা মখোয়গী অচোৎপা যি অদু থৌখিবা মফমবু ফিবৌ হাযনা খঙনখি। অসুম্না চৎলুরবা মতুংদা অমুক্ হন্নক্তুনা প্রকসি লাইরেম্বীগী লোক্তা লোৎতুনা পোৎথরিঙ্গদা চাইরেল নিংথৌনা থিরক্পদা থেংনবদগী মফম্ অদুদা মচিন-মৌপ্রা কোম্ তৌদুনা ফুমজিনখি।

**খওহনবা** ঃ কোন্দেনু অমদি হৈরেম লৈফোন চনু খুনজাল লৈখম ফাবা মচিন মৌপ্রাগী বারী অসি করম্বা নিংথৌগী হাক্তংতনো হায়বসি চপ-চানা খংদবা মরমনা চাইরেল নিংথৌ য়াওশুরাকপগী মচা ওইনা হাপচরে। অসুম্না

শোর্হী। চাহংকী খুন্দদা যাওশুরাক্পনা থুপাগ্রবদা পুকচাও তাইবোং অনিনা চাইরে। খুঙ্গ। । যাওকপা এএম খরা পাল্লমলগা পুকচাও-তাইবোং আনসু থুপখি। । গগবো অনিনা থুপখি মফম অদুবু ওসি ফাওবা খুন্দ যাদুনা রা। ।

## "লাইরিক্কী চাইরেল্ খুনফমলেন্দা নিংথৌ ওইখিবশিং" ঃ

চকপা চাইরোলগী নিংথৌ যাওশুরাক্পানা থুপগ্রবদা মথং-মথং পাল্লকপা নিংথৌ বাদা । পান্দবী মখোয়শিং অদুদি —

অঙানবদা শাওবেম্ খোমবনা চাইরেলগী নিংথৌ ওইনা লাতা পানন্দুনা মচা অনী দেবারাম্ অমদি কালা বাম পোকএ। অনিশুবদা সোবোখাইবম কর্ণনা চাইবেরা নিংথৌ ওইদুনা লাইশ্রম চনু বার্পাতি পান্নদুনা মচা নুপা য়াপ্রসিং পোক্এ। অহুমশুবদা এলাংবম তানানা চাইবেল নিংথৌ ওইদুনা সোরোখাইবম্ থাবাবন্ পান্নেযে শোইনদেযে। মরিশুবদা সোরোখাইবম্ জিবোন্না চাইরেল নিংথৌ ওইবে লাইশ্রম চনু কালা পান্নদুনা মচানিপা পুংলেনখোম্বা অমদি জিকোন্সাবা পোকএ। চাইবেল নিংথৌ জিবোননা ওইবা মতমদা মৈতৈ নিংথৌনা লাক্শিনবা রাবা চাসাং নিংথৌ থোংখুনা চাইরেল্ নিংথৌগা মতাও শান্নদুনা অচেৎপা মরি থল্লবদি কন্যানসু লাকচবা ওমলোই খন্দুনা মতাও শান্নবে অসুম্না মতম খব অরাং অপা য়েন্নদুনা পাললবা মতুংদা চাসাং নিংথৌনা জিবোনগী মচানুপাব চাসাং নিংথৌ থোংখু মচা লাইবগী মমৌ ওইনবা হায়কগে হায়দুনা লাকখি চাইবেল য়ৌবক্রবদা জিবোন্ নিংথৌগা ফমমিন্নদুনা বাখী শামিন্নে চাসাং নিংথৌন শত্রাও চাইবেল্ নিংথৌ নংগী নচানুপীসি ঐগী ইচানুপা লাইবগী ইমৌ ওইনা পীরনাদো হায়রবদা, মতম অদু মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপনা মবম ওইদনা গোবিন্দ অশেংগী রাখলনা মচানুপীবু পীনিংঙ্গ্রেদো অদুবু চাসাং নিংথৌদাদি পীরগে হায়রখি অসুম্না চামিন্-থর্মিন্নববা মতুংদা মতম অদু ঈশিং চাওবা মবল্লা মখৈ লাওবা হিদা থিল্লু হায়না চাসাং নিংথৌনা হায়বদগী চাইবেল্ নিংথৌনা লোইনা থেনখি অসুম্না থিম্বা চংপদা হাওরৌ তেরাদা হীবাক্তুনা

চাসাৎ নিংথৌ অমদি মহাক্কা লোইনরকপশিং হাৎখি অদুগী মতুংদা নিংথৌনা শিরক্পা নোংথ্রৈ লীক্ফাং পারেং লৌরগা চাইরেল নিংথৌ ময়ুম্দা লাকখি লীক্ফাং নোংথ্রৈ পরেং অদু তোনসেনগী হনুবী অমদা য়োনখি মতম খবা লৈরগা চাসাৎ নিংথৌ থোংখুগী মচা লাইবা চাসাৎশিংগা লোইননা মপাগী খোঙ্গুল লীরক্লে চাইরেল্ নিংথৌদা ইপানা শিখিবা লিক্ফাং অদু কাদাইদা লৈখ্রে পীয়ু হায়রবদা চাইরেল নিংথৌ জিবোন্না তোন্শেন্দা য়োনথোক্খ্রে হায়রবদা চাসাৎনা তোন্শেন্দা লান্দখি তোন্শেন্ কাইদুনা চেননখি অমুক হনজিল্লক্কুনা তোনশেন্না নোংথ্রৈগী লীক্ অদু চাইরেল নিংথৌদা অমুক্ পীরক্খি। চাইরেল্ নিংথৌনা খেন্দে নিংথৌদা অমুক খুদোল তমখি। অসুম্না চাসাৎ নিংথৌ মপা হাৎখিবগী চাইরেল মথক্তা লমন্ খুম্গে খন্ মণিপুরদা লৈরিবা চীংমীশিংদা লানবাংনবা চীংমী নিংথৌ খুললাক্পশিংদা শাদুম পীদুনা বর্তন চৎপাদা খেন্দে নিংথৌদা চাইরেল্ মথক্তা লান্ তাবদা য়াওবিয়ু হায়না বর্তন পীরবদা খেন্দে নিংথৌনা খদক্তা শা অমুক্ কাইদুনা শাদুম্ য়েনদুনা চাইরেল মথক্তা লান তাবা যারোই লানদগে হায়রবদি খেন্দে ঐখোয়গা হান্না লানথেংনখিসি হায়না চীংমী নিংথৌ খুল্লাকপশিংদা পাউ পীখি নুংবান্ পোক্পীদা লৈদুনা মনাও চাইরেল্ থক্তা লান্ তবা য়ারোই হায়দুনা ঙাক্খি। অসুম্না চাসাৎ নিংথৌনা চাইরেলদা লান্দবা ঙমখিদে।

মঙাশুবদা সোরোক্খাইবম তুমুলাক্পানা চাইরেলগী নিংথৌ ওইদুনা লাইশ্রম চনু বিশেস্তরী পান্নদুনা মচানুপা মরি পোক্এ। (১) জিলা (২) কমল সিংহ (৩) ইবুংঙোতোন অমসুং (৪) হেরাসিংহ

তরুকশুবদা লাইশ্রম উধোপ্না চাইরেল নিংথৌ ওইদুনা সোরোখাইবম্ চনু তনু পান্নে।

তরেৎশুবদা সোরোকখাইবম্ কোমোলনা চাইরেল নিংথৌ ওইদুনা এলাংবম্ নিংঙোল তোলৈ পান্নদুনা কোন্না পোকএ, নিপাশুবদা পানবা নিংথৌদি নাওরেম্ খোংজোম্নি মহাক্লা লাইশ্রম্ নিংঙোল ইবেমতোন্ লৌদুনা (১) অঙৌ অমদি শ্যাম্কেসো পোক্এ।

খাবা সলাইনি অশংবা মচ়নী।



# মঙাশুবা শরুক

নিংথৌরোল মথং-মথং লাক্পনা চাইরেল্ খোংজোম্ নিংথৌনা পানবা মতমদা চাইরেল্ খুঙ্গংদা তাইবোং চৌকিদারগী মচা ওইনা চাইরেল মৈনো পোক্লেদো মৈনো মানা পোকলবদা মমান্নবদগী শাহৌ হেন্ শাম্বা পাঙ্গল্ ফবনিদো কংলৈপাক্না লমতুপ নাইনা খুন্দারম্বদগী নোংদা লাইরেল পাখংবগী ধারনা লৈঙাক অমতগী মখাদা থমদুনা লৈঙাক্ অমগী মখাদা অপুনবা মৈতৈ লৈবাক্ ওইখি।

মণিপুরদা চুরচান্দ মহারাজনা খৃতাব্দ ১৮৯১-১৯৪১ ফাওবা পানবা মতমদা চুরচান্দ মহারজনা খোংজোম্ নিংথৌবু চাইরেলগী নিংথৌ ওইনা হাপলমইদো তাইবোং চৌকিদারগী মচা মৈনো মাগী শাহৌ ফবা শম্বাগী পাঙ্গল ফববু উরগা নিংথৌনা লুনা চান্না তৌইদো নিংথৌনা চাইরেল্ মৈনো মাবু থেম্ মৈতৈ কোনুংদা পুখিদো নিংথৌনা চাইরেল্ মৈনো মঙোন্দা চীংঙু লাইগী খুদম্বু য়াওইদো মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজনা অকনবা নংনা চানিংবা অসি করিনা মচানিংলে হংবদা শঙ্গোম খের চানিংই হায়রবদা নিংথৌনা তেকচাও অমা হৌহনদুনা পীজবদা অকনবা মতোমতনা লোইনা চাখিদো মৈতৈ কোনুংদা চাইরেল মৈনোদো চেক্কী য়ুমদবু লৈয়ু য়াদেদো কীস্থরক্কনি হায়না অকনবা মানা হায়রবদা ইগী য়ুম শাদুনা অকনবা মাগী লৈফম পীখিদো নিংথৌনা চান্না তৌইদো, চন্দোলগী শেনখাই লৌরম্ই অমাং-অশেংবু কল্লমইদো চাইরেলগী অহল অমা লৈত লাইরবনা মরম ওই নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা ইম্ফাল তুরেল্ মরিন্দা মূবু নম্বা চৎপদা লেমলৈ ঙাবু ফাদবনা কাওরেল্ ষনবু অশিবা অমা লেন পোইরে তোনশেন্দবু য়োনগে খন্ পোরক্খিদো মদুদা চাইরেল্ মখৈনা লেমলৈ ঙাজাও ওইরবোই নিং তরেৎ শেনজানা লৈনখিদো চাইরেলগী অহল অদুসু হায়দোক্পদি য়াদ লেমলৈ ঙাজাওনি হায়না তোনসেন্ য়ৌদনা কাওরেল্ ষম্বু অশেম্বা লোইনা লৌনখ্রেদো চাইরেল কনা খঙনদেদো লেমলৈ ঙাজাওনি খন্ থোংদুনা চানবদা ঙাবু নত্তে খঙনখিদো থৌদোক অসিনা মরম ওই নিংথৌ নাকোং য়ৌনখিদো নিংথৌনা তরেৎ শেম্বু লৌ শেংগৎনখিদো অসুম্না শেংগৎলবা মতুংদা নোংমগী কোরৌ নুমিৎতা চাইরেল লমদমদা সোরাৎপু অমদি শোনবা তারেদো নিংথৌনা

মাংই হায়খিবা সোরাৎপু শোনবদা ফম্বীনবা বামোল কনানা ঙমদ্রবদা চাইরেল্ মৈনো মানা নিংথৌগী দাইদি ঐনবু ওইগনি, শোল্লু হায়না শোনহনবদা অকনবা মানা য়েন্দুনবু চাইথোক্ শেংদোক্খিদো নিংথৌনবু লাক্ হংবদা চাইরেল্ কনা খুমঙমদ্রবদা চাইরেল্ মৈনোনা ইনিংথৌ ইবুংঙো শোরাৎপু শোনদবা তারবদা ননাইনা ফমদুনা শোলহললে হায়না হাঙ্গৎলবদা নিংথৌনা অদুদি অকনবা নংদি মন্ত্রদি করি হায়না শোন্দুনা শেংদোকই হায়না হংলবদা ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইগীদি মন্ত্রদি শেংবদগী শেংবদি ঈশিংনি, মাংবদগী মাংবদি য়েনদুনি, অমাংবা য়েনদু নংবু অশেংবা লাইজ ঈশিংনা শেংলবনি হায়না শোনজে হায়না হঙ্গৎলবদা নিংথৌনা মনাইনা তৌবদা পেল্লদুনা অকনবা নংনা শেংলবদি লোইনা হেক্ শেংলেদনা হায়না চানবীখ্রেদো, অসুম্না নিংথৌনা লাক্পসে চাইরেল্দবু নুমিৎ হুমনি চুপ্পা লৈখিদো চাইরেল ফুশাববু য়েং নিংথৌ পুক্লিং মকা লামজৈদো কোরৌগী হুমনি শুবদা নিংথৌ মৈতৈ কোনুং পাংখিদো চাইরেল মৈনো অকনবা মাবু পুখিদো। চাইরেল মৈনো মানা কোনুংদা লৈবা কাল নিংথৌনা নুংশিবীদুনা অকনবা নংনা পাম্বা অমতংনিয়ুদনা তাকপিবদা ইনিংথৌ ইবুংঙো ননাইদি ইমাগী মানাক্তা লৈবা নত্তনা অতৈবুদি পামজদে হায়না খুমখিদো অকনবা মানা মৈতৈ কোনুং অমদি ময়ুম্ লম্দম্ চাইরেল্ চৎপদা মৈতৈ লৈবাক্কী অয়াম্বা প্রজানা চাইরেল মৈনো অকনবনি হায়না য়েংনৈদো পুক্চেল চাওবা কনানা অকনবা নংবু চাক্ চরা অমত্তা চাখোবা খাম্ পীজবদা চেং সের অহুমবুদি শিৎ নাননা চাইদো, মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজদো মনাই অকনবা মৈনো মাবু লৈবনা চাইরেল লমদমদা তৎতনবুদি লাক্ইদো, মতম অদুদা নিংথৌগী শক্তি লৈবনা পোৎথাং পুববুদি চৎনৈদো নোংমগী কোরৌ নুমিত্তা ৱাংঙু নাপ্পা — চিক্কী লমদমদা পাম্বানা মী অমা শোক্খিদো পাম্বা মীবু শোক্পগী পাওদো মৈতৈ নিংথৌ নাকোং য়ৌখিদো মৈতৈ নিংথৌনা হরাও কুম্মৈগী ওইনা পাম্বা মাবু চনবা তারে লৈবাক্কী অথৌবা কনানা পাম্বা মাবু ফাগে হায়বা হায়না হংলবদা থোংজাওগী কারতিংনা পাম্বা মাবু ফাজগে হায়জখিদো নিংথৌনা লৈপাক্কী প্রজা লোইননা কৈপলবুদি শারেদো লৈবাক্ প্রজা তিন্না খুঙ্গং খুঙ্গংগী লুচিংববুদি হাপইদো অথৌবদি খুঙ্গং খল্লকইদো ঙসিদি থোংজাও কারতিংনা কৈপল্ চংবা নুমিৎনিদো তারগী চাক্ঙন্ চা মরোইগী মনাও লোইনৈদো খামেন্ চৎপা

শেৎলিদো নমথাংগী খুরক য়েংলিদো তিমেন্ তাবু পাইনা কৈপল চঙনবা থাজিনখ্রেদো ব্রাংঙুগী অকোইবদা লৈরিবা খুঙ্গং কয়ানি। খুঙ্গং খুঙ্গংগী লুচিংবা লোইননা মাগী-মাগী প্রজা লোইননা কৈপল্‌বুদি চঙ্‌নৈদো, কৈপল নুংদা মাংবু থাবদি চাইরেল মখৈ থাহল্লু অসুম্না চাইরেলনা মাঙবু থারকইদো মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজদি অকলগী অথৌ লোইনৈদো য়াঙ্গোই শামু থক্তা তাইবোৎনুংদা প্রজাগী কুম্মৈ য়েংইদো, অসুম্না কৈপল্ চংলকইদো, থোংজাও কারতিৎ অথৌবদো তিমেন তাবাক পায়না থোংজাও প্রজাগা লোইননা চাইরেল প্রজানা তুংবু ইন্না কৈপল্ নুংদা চংলক্‌পা চাইরেল্ থোংজাও প্রজা মখৈনা-তিমেন্ তাবাক্ ফৈনা পায় অশোংবা শিংউৎ নম্ পাম্বা মাবু থীরকপা মরৌ লৈবা পাম্বদো অশোংবদি শাথুপতরেদো থোইনবুদি শোংদবা পাম্বা লৈনি থাজদবা মফমদা পাম্বা শাথুপ্‌তুনা লৈখ্রেদো থোংজাও কারতিৎদো লৈবাক প্রজা মমাংদা অথোই নাপল্ কা তৌগে মতাগুম্ পাম্বা মানা থেংনদবা অদুদা তিমেন্ মাবু কোম্না পাই খোংফম্বুদি শেমহৌদা, মাগী থৌওইদবা তানজাদা পাম্বানা খঙহৌদনা নাপল্‌বু তৌরিবা কারতিৎতা পাম্বা খঙহৌদনা চোংশিল্লক্‌ই, পাম্বা মানা চোংশিল্লকপা থৌদবা কারতিৎপুদি নত্তেদো তিমেন্ তাবাক্ থাদোক্লা পাম্বা মাবু শাথেংনরকইদো পাম্বা কৈগা অথৌবা কারতিৎকা পাঙ্গল চাংয়েংনরকইদো পাম্বানসু লাচদে কারতিৎ মানসু লাকচদা অসুম্না কৈগা নম্নরকপা শাহিংচাবা পাম্বনি মাগী থৌরবা খুজিন্না অথৌবা হকচাংদা পাইরকপা ইঙাং পাকতক্লা ইমুগী পামফেন্নরকইদো অথৌবা কারতিৎ মাগী তুংবুদি ইল্লিবা অথৌবশিং তিমেন্ তাবাংফমবুদি খঙদা চঙনরকইদো। পাম্বানা অমুক মথক্ থং অথৌবা কারতিৎ মানা অমুক্ মথক্ থং অসুম্নবু লাক্লরক্‌পা য়াংগোই শয়াংথক্তা ফম্ ঙসাইমখৈ কুম্মৈবুদি য়েংলিবা মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারজদো য়াংগোই মাবু থৌজিল অথৌবা মনাই শোইবনা হানবা তারে খন্ পাম্বানা মথক্‌পুদি থংলকপা তাঞ্জাদা মৈতৈ নিংথৌনা নোংমৈবুদি থীংকাপ লেদো পাম্বানা মথক্ অথং খুদিংগী নোংমৈবুদি কাপইদো মৈতৈ নিংথৌনা কাপখিবা গুলিদো লেম্নবুদি মাংদেদো পাম্বা মাঙোন্দবু নৎতনা অথৌবা হকচাংদদি গুলি অমা থাদেদো, কৈপল নুংদা চংলিবা অথৌবশিং ঙক্‌পদা থেংইদো, পাম্বগী হকচাংদা গুলিবু মঙারক কাপশিল্লকপা পাম্বা পাঙ্গল্ লৈরকত্রেদো মতম অদুদা অথৌবা কারতিৎতি ঈনা পুমঙাং ঙাং পাম্বা মাবু নম্

মথক্তবুদি অথৌবা মানা মথক্ থং লৈপাক প্রজা চংনা নিংথৌ মশামক্তা মনাইবু নুংশিনা পাম্বা নংনা ফারেদো অথৌবা হকচাংদি ইমুগী পাম্‌ফেননৈদো অকনবা হক্‌চাং চোক্‌থানি, ইঙাংপাকতক্তা ইমুগী পামফেন্নাবা নিংথৌ খুৎনা তৈথোকপীদো দোলাইগী লেংজাও শা অথৌবা মাবু পুহনখিদো অশিবা পাম্বা মাবু তম্বা খরনা পুহন্ নিংথৌ য়াংগোই থক্তা তোংনা লেঙখি, অসুম্না পাম্বা মাবু হাৎলগা চাইরেল মৈনো অথৌবা লোইননা মৈতৈ কোনুং পাংখিদো, থোংজাওগী কারতিং অথৌবদো পাম্বা ফাবগী মনা মথুম পীনা মনাইগী অনা খরাই লাইকন্নৈদো মৈতৈ কোনুংদা চাইরেল মৈনো অকনবা মশাবুদি থাক্লা অকনবা মাবু থমইদো ময়ুম লমদম্ চাইরেলদা চৎনিং চৎ কোনুংদবু লৈনিং লৈ অকনবা মনিং তম্না লৈদো নোংমাগী কৌরৌ নুমিৎনি মৈতৈ নিংথৌনা চাইরেল্ শাবমদা য়ারৌ শাতানগনি মৈতৈ নিংথৌ স্না খোংলেংলকখিদো নিংথৌ স্না খোংলেংলকপা পাওবুদি ফংবদা চাইরেল মৈনো অকনবা মবুংঙো খোংলেঙলকই তাবদা ইম্ফাল তুরেল্ নুংদা লেমলৈ ঙাফারিবা চাইরেল্ অহল অমনা ফাবা ঙাতোন্ অমবু লৌ নিংথৌদবু ৱারুকাক্ অমদা হাপ্ কৎলিদো নিংথৌনা মনাইনা ঙাংবা তাগদবগী অকনবা নংগীলা অসিদি অফবা অমত্তা লৈত্রবরা হংলবদা মৈনোনা ইনিংথৌ কৎনিংবনা হেনখিবনা অফংবা অমা হেক্তা পুজরকপনি হায়না খুন্নবদা নিংথৌনা নোকলদুনা অকনবা নংনবু তৌরবদি ঐনবুদি করি হায়গনি হায়না মনাইবু চানবীদো, অসুম্না মপু মনাই উনরবদা নিংথৌনা মনাই অকনবা মৈনোদা নিংথৌনা শা-তানগনি লাকপদো শাবু কয়া ফারবগে হংখিদো চাইরেল্ মৈনোনা ঐজ্ঞা শাদি অহুমলোম্ ফারে হায়না খুমখিদো নিংথৌনা য়াংগোই থক্তগী নোংমৈ থীংকাপনা পাম্বা অমবু হাৎলিদো নিংথৌনা মনাই মৈনো য়েংনা পাম্বা মাবু গড়ীগা হাপকৎলু হায়রবদা অকনবা মানা পাম্বা মাবু থাংগৎকনী হায়না পাম্বোম্ অনী তিংথোকতুনা ফিভম্ তানা লৈরেদো অকনবনা হুক্ হায়না ইঙ্গিৎপু উৎলকপদা নিংথৌ মনাই দোলাই পাবনা পাম্বা মাবু গারিদা থাংগৎলেদো পাম্বা মাবু পুরগা চাইরেল্ খুঙ্গংদা তরা চাকলেন্ চানখিদো অসুম্না নিংথৌদো কোরৌ হুমনি য়ারৌ শাফারমইদো অকনবা মনাই লৈবনা নিংথৌনা চাইরেল্ খুঙ্গংদা তোইনা খোংলেংলক্‌ইদো য়ারৌ শাফারগা হুনিবু শুবা নুমিৎতা নিংথৌ কোনুং পাংখিদো, নিংথৌ কোনুংদনা কমদৌরী ককচিংগী বামোন

শুরুপনা ব্রাকৎনববু লাকলমইদো মথক্তা পনখিবা চাইরেল্ মৈনোনা শোনহনখিবা শোরাৎ অদুগী মরমদা বামোন শুরুপ হায়বা অসিসু নিংথৌগী মনাই অচানবনিদো, মতম অদু অশেং-অমাংগী মরমদা থোইনা কনবা মতমনিদো কোনুংগী ব্রম্মা সোভাগী মকোকনি, মানা খুঙ্গং খুঙ্গং চৎতুনা মাঙই হেক্ হায়জিন্ শেন খাইনদুনা অমুক শেংলবনি হেক্ হাইদুনা অসুম্না নিংথৌগী শক্তি শিজিন্নদুনা মানা শেন্ তাল্লমই অসুম্না শেন খাইনদুনা অমুক্ শেংলবনি হেক্ হাইদুনা নিংথৌগী শক্তি শিজিন্নদুনা মানা শেন্ তালক্পনা চাইরেল্ খুঙ্গংগীসু মতাং অমা লাক্খিদো মথক্তা ঐনা হান্না পন্খিবা ষন চারুবগী মতুংদা মাংই হায়দুনা শেল পীদুনা শেংগৎলবা মতুংদা মথক্তা পনজখিবা সোরাৎ অদু করম তৌবগে হায়বদা হুইনা চীকতুনা শীবা মীনি, মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা বামোন্ শুরুপনা মাঙই হায়দুনা সোরাৎ অদু শোনবদা কীনরেদো লৈকোক্ লৈকাইগী অহনশিং ফাওবদা বার্তন ফংলবসু অহল কনাসু লাক্পীদ্রেদো নিংথৌগী শক্তি কীবনা মদুদা চাইরেল মৈনো অকনবনা শোল্লু হায়না শোলহন্খিবা অদুগী মরমদা নিংথৌনা কোনুংদা য়ৌরবদা ব্রাকৎলমইদো, বামোন্ সুরুপ্না শিন্দুনা কোনুংগী দোলাইপাবা থারম্ই মৈনো মাবু ফারুনবা মতম অদুগী দোলাই পাবা হায়বসি কোয়েৎ অঙাংবা য়েৎপনি, নিংথৌ য়াথং নত্তনা বমোন্ সুরুপ্ মানা শীন থারকপনিদো চাইরেল খুঙ্গং য়ৌরবদা মৈনো মাবু ফারেদো নিংথৌ য়াথংনি হায়দুনা সোরাৎ থোকলিবা ইমুংদো থব্রাইবুদি ব্রারেদো অসুম্না নিংথৌ মনাই লোইননা চাইরেল মৈনোদো নিংথৌ কোনুং য়ৌখিদো কোনুং য়ৌরবদা ককচিং বামোন সুরুপকা লেপনরেদো বামোন শুরুপনা নিংথৌগী মমাংদা পোইরে মৈতৈ লৈবাকতা নিংথৌবু অনি পাল্লেদো শোনবা য়াদবা সোরাৎপু মৈনো মানা ফম্দুনা শোলহনলে হায়বা মরাল শীরবদা নিংথৌনা অকনবা নংদি করম তৌরুরিবা হংবদা চাইরেল্ মৈনোনা তাবীয়ুনে ইনিংথৌ সোরাৎ অদু শোন্দবা তারেদো অদুদা ননাইনা করম্ তৌবগে হায়রবদা ননাইগী পুক্লদি চাউইদো ননাইবু পোক্পী পালেম্নদি লাইরবীনিদো ননাইনা পুক্পু থল্লক্তবা কুইরেদো ইনিংথৌগী নাক্তবু নৎতনদি ননাই পুক্পু থনজদেদো মরমসিনা সোরাৎ অদুসু ইনিংথৌবু কীবনা শোনদবা মতারেদো লৈকাইগী ভাবোক্ কনা য়াওদ্রেদো বামোন কনানা শোনবীয়ু য়াদ্রেদো মদুদা মনাইনা ফোলা অদু চনিংলদুনা শোল্লু হায়না বামোন্ অদুদা হায়রেদো ননাইনা

ফমদুনা অহানবদা য়েনদু অমদি লাইজনা শেংদুনা শোলহল্লী হায়না ইনিংথৌদা হঙ্গৎচখিবা অদুনি, অশেংবা মক্তি ননাইনা সোরাৎকী সনদেশ অদু মরাং কাইনা চাগনি খন্দুনা শোলহনজবনি হায়না মৈনোনা খুন্নবদা মনাইগী গর্ভনদি চাওবনিনা মবুক্পু থন্নবা হোৎনবনি খল্লুরগা নিংথৌ পেনবীদুনা, বামোন সুরুপতা ওনশিন্না নংনা ঐনা চান্নি হায়দুনা মৈতৈ লৈপাকসে মাংইগা শেংইগা শেলবু লৌনা লৈবদো করিগীদমক্ ঐগী অকনবনা তৌবদা নংনা পংয়েং য়েংশিনবনোদা অতৈদা তৌবদি ননিং তৌহল্লী ঐগী অকনবা শোকপনিনা নং ঙসিদগী থা অহুমবুদি ফাদোক্তা লৈবা তারেদো হায়না বামোন্ সরুপতো নুমিৎ অদুদগী হৌনা থা অহুম্ ফাদোক্তা লৈখিদো মানা ফাদোকতগী থোকলবা কান্দা মৈতৈ লৈবাক্কী অমাং-অশেংশু খরা ফখরেদো, অসুম্না মৈনোনা চাইরেলগী ব্রাথোক্লা মরম্ ওইদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী অশেং অমাংগী মরম অদু বামোন্ সুরুপ্না শান্ননিংবা মওংদা শান্নরম্বা অদু য়াখিদেদো পোইরৈ চাইরেল্ লমদমদনা কম্দৌরী কালেন্ থাগী থাজিন্দা অয়াং লৈমা পান্থোইবী হরাও মথোই থোং খেল্লাগী পুংদোই হৌরেদো কালেন্ হরাওবা লোইরগা মুক্লাবুদি শীংনৈদো চাইরেল তাংজেং অনিদো তাংজেং খুঙ্গংদা শাহৌ ফবা গন্ধ্রসিং কৌবা অথোইবা নিপা অমদি লৈদো খুনজশিংনা মৈনো গন্ধসিং অনীগী কুম্মৈবুদি য়েংসি হায়না লেপ্নরে অকম্বা অনিবু মুক্লাগী যাত্রা হাপনৈদো, ঙসিদি মুক্লা শান্নবা নুমিৎনি তাংজেং খুঙ্গংদবু চাইরেল মখৈ চৎকনি মুক্লা রোই মখৈনা মাগী মাগী ফিবু য়োম্ পুনৈদো যাত্রা মৈনো মাগা লোইননা তাংজেং খুঙ্গং পাংলকপা চাইরেলগী থোঙ্গাল খুদিংদা মঙ্গল ওইনবা হায়দুনা চাইরেলগী ইমা ইবেলশিং থোঙ্গাল্ খুদিংদা সনাবুলদা ঈশিং থন্না হাপ্ ধুক্ থাওমৈ থাদুনা মঙ্গলবুদি পীরেদো অসুম্না মুক্লারোই মখৈগা লোইননা চাইরেল নিংথৌ ফমনাইবগা লোইননা তাংজেং খুঙ্গংগী লোকনিংথৌ লাইমাংদা মুক্লাবুদি শান্নরেদো মরক্কী মুক্লারোই মখৈদি চাইরেলনা খরা থা তাংজেংনা খরা থা অসুম্না থানৈদো চাইরেল মৈনো অমদি গন্ধসিং যাত্রা অনিগী কুম্মৈ য়েংগদবগী ভাবোক অমত্তা কাইনদেদো অসুম্না ঙাইনরকপা মতম ওইরদুনা নাকল অনীগী যাত্রা পুথোক্লরেদো, যাত্রা অনি ফিবুদি শীন্নরেদো চাইরেল মৈনো অকনবা খরবুদি পংইদো ষনজাওনা ঙমওন থুংদে হায়বা পাওরৌদো চুমই হায়না খল্লিদো মীয়ামদগী থোই হেন্না ব্রাং চাওরবা নিপা অনী

অসি কোন্নরকপা অনী অসিনা মুক্না শান্নবা নাকল অনীগী প্রজাশিংসে যাত্র অনিনা চেপপদা তেপইদো অসুম্না শান্নরকপদা ফাগিবুদি হৈবা অকনবা মৈনোদো পেহৌ পেহৌবুদি তৌরকলেদো মুক্না শীনবা চাইরেলগী কাংবুনা চংদুনা হংবদা অকনবা মানা খুমইদো মানা খুজিন্না শিকলে হায়না যাত্রা অনী অমুকপুদি ফাদোকনৈদো মথংবুদি শান্নহল্লিদো মথং অনি অদুদি থোইনবুদি কুইনদেদো চাইরেল তাংজেং অনীসে মিৎপুদি কুপ্পদা য়েংনৈদো খরানা তাংজেংনা খরানা চাইরেলনা থানৈদো ময়াম্না ঙাইনরীদো অকনবা অনীগী কুম্মৈদো অকনবা অনী অমুক কোন্নরেদো অকনবা অনীসি লৌবুদি অমত্তা হৌনদ ফিবু পায়না লেপ্পরেদো ময়াম্না অকনবা অনীবু য়েং অমনা অমবু থাগৎনৈদো অসুম্না থাগৎনবা ষনজাওনা ঙমওন্ থুংদে হায়বদো অনি অসিদি মুক্নাবুদি থোইনা হৈনদেদো শাম্বা পাঙ্গল ফবা ময়ামদগী থোই হেন্না চাওবা অদুদা য়েংবগী পেনবা নাইদেদো অসুম্না শান্নরকপা অকনবা অনী অসে চাইরেল মৈনো হায়বা অসি মতম্ অদুদা মাগুম্বা ব্রাংচাওবদি পংলৈবুদি লৈদো অদুদা চাইরেল মৈনো অকনবা মঙোনদা চীংঙু মাগী অরুবা খুদম্নুদি পীরিদো মাগী মমিৎ পিশুম অনিদা চক্রবুদি লৈদো মসি চীংঙু মাগীলাংওন্নী তাকইদো মরমসিননি মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজনা অকনবা মাবু লুনা তৌরিবা অশুম্না শান্নরকপা নাকল অনীগী প্রজানা কনানা থারগদবা হায়না ঙাইনরকপা চাইরেল মৈনো অকনবা চীংঙু মাগী লাংওন্ ওইবনা মানবু থাখিদো নিংথৌ ফমনাইবা মখৈনা তরেৎ শেনজাবুদি থারেদো যাত্রগী মনা ফিবুদি থারেদো অসুম্না চাইরেল তাংজেং অনিদো মুক্না শান্নবা লোইদুনা মাগী-মাগী ময়ুমদা হন্নখিদো, মতম্বু খর লৈরগা মৈনো অকনবা অদু কোনুংদবু কারেদো নিংথৌদবু হৌখিবা ব্রাবু তমজৈদো মনাইনা ঙমই তাবদা নিংথৌ থব্রাই নুংঙাইজৈদো। মৈতৈ নিংথৌনা মনাইবুদি য়েং তাকপিরেদো অকনবা নংদি থাংবু-তাবু পায়বদা পকচদেদো নংদি শহিগী গদাবুদি পাইয়ুদো হায়না নিংথৌনা তাকপিরেদো মনাই অমাবু শহিগদা শাহল্লী নুমিৎ অদুদগী হৌনা চাইরেল মৈনোদো শহিগদা পাইখিদো, নিংথৌ কোনুংদা মৈনো মাগা শামান্নবা অকনবা অমসু লৈরমই, নিংথৌনা মনাই অনীগী কুম্মৈবু য়েংজরগা নুংঙাইজৈ শাম্বা পাঙ্গলবা অনিসে মৈতৈ হুইয়েন্ লালওং তম্বীদে মখোয়গা পাবা য়াবা মৈতৈ ওজা লৈতেদো পাঙ্গলনা বিদ্য খুদিংদগী অথোইবনি হায়বদো

অকনবা অনিনা উৎখিদো মখোয়গা পাক্নবা কনানা মাইথিদনিংঙাই লৈতেদো নিংথৌনা মনাই অনিসি থাক্ থমইদো ময়ুম মোংবা মরানয়াইদবু চৎনিংবা চৎহল্লীদো কোনুংদবু লৈনিংলে লৈহল্লীদো চাইরেল্ মৈনোনা শাম্বা পাঙ্গল মপুং ফা তাইবং শারেপ্ লোইরকপা মতমদা তালোইবুদি থিরেদো য়ুমলেপ্ চারা তমলেদো থরো কৌবী নুজা অমা মানবু থোইনা পামজৈদো মৌবু ওইনা লৌইদো থোইনা কুইনবুদি লৈতেদো মপামদবু হন লৈখিদো অসুম্না লৈনরকপা চাইরেন্দা অথৌবা অহনশিং থোইনবুদি লৈরমই শিংউৎ চোরোৎনা জঙ্গলবুদি ওইবা মতমনি চাইরেল্ লাইবুংদা কাওরেন্ ষনয়াম য়াইরেকফমনি পাম্বা তোইনা লাক্ কাওরেন্ মরক্তা চং অফংবা পাম্বানা শারাক্ তমইদো কাওরেন্ মাবু শারাক্ তম্ই খঙলবদা কাওরেন মপুনা মীবু কনা হৌনদ পাম্বা মাবু লুম্বদা ষন্বু মদোম চৎলিদো শীংজংখোক্পু পাইনা পাম্বাগা থেংনবদা শিংজংখোক্ল ফু অসুম্না পাম্বা কয়াবু হাৎলিদো অসুম্না পাম্বা হাৎপা অহনশিং থোইনা শীংথানদেদো মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহাকথক্ চাইরেলগী অহল্ মরৈবুদি কৌবনি ঙানুগী খুনুবুদি শারাক তম্ পাম্বা মানা মথি ফোংলবদা মরৈবু কৌবা অহলদো শিংজংখোক্ পাইনা পাম্বা মাবু তান্না নমদুনা ফুরগা পাম্বা মাবু হাৎখিবা নিংথৌনা চাইরেল লমদম লাকপদা পাওবু তাবদা অথৌবা মাগী থৌদৌদা নিংথৌনা মনা ফিবু পিবিখিদো অসুম্না পাম্বা হাৎখিবা চাইরেল অহলদি থোইনবুদি য়ামইদো, মৈনো মানা তালোই খাইনা লৈরকপদা পোইরৈ মোইরাংদগী লৈমা অমা মনা ওইনা লৌইদো মোইরাং নিঙোল অদুসু কুইনবুদি লৈতেদো মোইরাং নিংঙোল খাইনরবদা খোইজুমান্দগী নিঙোল অমা অমুক লৌ পাননৈদো খোইজুমান্ নিংঙোল্ অদুসু থোইনা বুদি কুইনা পান্নদেদো, হান্নাগী থরো কৌবী নুজাদো অকনবা মানা কাওঙমদেদো মৈনো মাগী অকনবা চাইরেল অহলশিংনা চীংঙু মাগী লাংওন্নি হায়নৈদো অকনবা যাত্রা অনিনা অকনবা মাবু ফা মখুৎ নাম্ম-নাম্ম পাইনা খোংফম্ শেমনা তিংথৌ চোংরোৎ পাইনা খাম্বদা অকনবা মাগী খোংফম থুগাইববুদি ঙমদেদো চাইরেল খুনগীযাত্রনি পুংদোল হায়রিবা অহনসি মানবুদি ফাবদা য়াওইদো কয়াবু লুম্বা য়েংনিংলে মৈনো মাগী মখ্বাংদবু কোল্লেনে স্বর থীংনা থাংগৎপদা মখোং খুনিং তমক-কাংখৎলি মৈনো অদো নংসি ফনা কল্লীহে ঐ স্বর থীংগে থাংগৎপা ঙমগদ্রা হায়রবদা হেরা ইবাই ঙমদবদি হায়না স্বর

# নিংথৌজা সলাইনি ঙাংয়েক্কী মচুনী।



থীংহল্লবদা থাংগৎপদি হায়রুনু লেঙববুদি ঙমদেদো মৈনো অকনবা থরো কৌবী নুজাদো কাওববুদি ঙমদা অমুকপুদি হনজিন্নৈ অদুবু কুইনা লৈয়ু য়াদেদো অসুম্না অমুক হনজিন্না অমুক চেনবসে নিংথৌনাকোং য়ৌরমইদো, মদুদা নিংথৌ পুক্লিং নুংঙাইরম্‌দেদো নোংমা কোরৌ নুমিৎতা নিংথৌদো শুগ্নু খুনগী মখাদা ইম্ফাল তুরেল মরিল্দা নুংথোং কৌবা মফম অমা লৈ, মফম অসিদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা য়োৎকী পৌরোন অমমম শিন্দুনা লোন্‌লম্মী। শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারজাগীসু মথৌদাং য়োৎকী পৌরোন লোনবা লাকলমই অদুগা চাইরেললোমদবু হল্লকই ব্রাগৈ হীদবু লেঙলকই হীদবু কারকপা নিংথৌতাদবু নিংথৌ লানবা য়াদবনা নিংথৌতা য়ৌদ্রিঙৈদা নিংথৌদো ব্রাগৈ হীদগীবু খোংলেঙখৎলিদো অসুম্না নিংথৌনা লাকপনা চাইরেল মৈনো অকনবা মাবু লোইনৈদো চাইরেল খুনগী অব্রাংদবু লৈরিবা অচৌবা মানদোপ্তা নিংথৌ মনাই মশলগা লোইননা লৈরম্‌ই, মদুদা নিংথৌনা মনাই অচানবশিংগা লোইননা দাসবুদি শান্নৈদো দাস শান্নরিঙৈ মতমদা মনাই অচানবা মৈনো য়েংনা কোলোইগী মপাও হায়রকইদো অকনবা ঈশৈবুদি শকউদো হায়না অকনবদো নিংথৌগী নাক্তা ঈশৈবুদি শকইদো মনাইবু অমা থারেদো ঐগী মৈনোদা লৈয়ু য়াদে হায়বা নুপী অদু কৌরু হায়না নিংথৌ মনাই অমা চৎতুনা থরো হায়রীবী নুপী অদুবু কৌরুরে, নিংথৌ য়াথং ওইবনা নুজাদো কিনা লাকচৈদো অসুম্না থরো মানা লাকলবা কান্দা নিংথৌনা অশাওবগা লোইননা অসিরা ঐগী অকনবদা লৈয়ু য়াদে হায়বদো হায়না মিৎচিনা হাইফেৎতা য়েংলম্‌ইদো মতম অদু ঈশ্বরগী শক্তি নিংথৌদা লৈবনা নুপী অদু চহি অদুবু লান্দনা শিখিদো নুপী অদুবু শাওনা য়েংলগা নং ওইরে ঐগী অকনবদা লৈজৌ হায়বা য়াদে হায়বদো, চৎলো য়েংনিংদে হায়না নুপী অদুবু থাখ্রেদো মথংদনা কমদৌরী চাইরেলগী অঙাং মখৈ নিংথৌ লাকই হায়বদা চাইরেল প্রজা তিনবদা য়াওরমই মথোং খঙদবা অঙাংশিং নিংথৌনা দাসবু শান্নরিবা মনাকপুদি নকশিল্লি মদু উবদা নিংথৌগী দোলাই পাবনা লাউদুনা অঙাং ময়াম তান্‌থোকই, মদু উবদা চাইরেল মৈনো অকনবদো থব্রাইবুদি নুংঙাইত মানা শকপা ঈশৈদা লেপককপুদি তৌখিবা নিংথৌনা মনাই শাওই খঙদুনা দোলাই পাবদা লাউদুনা নথৌ করি লৈ হায়দুনা দাস চেখুম্না থাখিদো, লাব্রাইগী অঙাং তানবা য়াবরা শোককে শোকচসনু মখোইনা

শোকলবসু ঐ করিসু শাওদে হায়না মনাইগী শাওবা নেমহনখিদো মৈনো হান্নগুম্ ঈশৈ শকখিদো ঈশৈবুদি শকপা লোইরগা মনাই য়েংনা তাকপিদো অকনবা ঐনা লৈরিঁভেদা নোংয়াই খোংলা-তোরোং লাউবীরা অমা নংগী নমিংদা পীনবীগে হায়বদা চাইরেল মৈনোনা পামজদে হায়দুনা য়াখিদে, মদুদগী চাইরেল অহলশিংনা চাকয়াম চাবা অপংবা হায়না অকনবা মাবু চৈনখি, অসুম্না নিংথৌদো নোংলেন অহিংদুবু লেল্লগা ময়ুম কোনুং পাংখিদো অসুম্না চাইরেল মৈনোদো কোনুংদা লৈনিংলে লৈ, পোইরৈ চাইরেল্দা লৈনিংলে লৈ, মনিং তম্না লৈরক্পা পোইরৈ চাইরেল লমদমদা চহিগী কুমজা খুদিংগী কালেন মেরা হরাওইদো কালেন হরাওবামতম ওইরদুনা কালেনবুদি হরাওরে, চাইরেল ফমনাইবশিংনা ককচিং খুঙ্গংদা মুক্লাবুদি শীংনরে ককচিং মখৈনা হায়রেদো চাইরেল মৈনো মাবুদি য়াওহনগনুদো হায়রবদা চাইরেলগী অহলমখৈনা হায়রেদো ককচিং নখোয়না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তগী থোই হায়না খনবদো নেকউদো মৈনো মাগা পাঙম্বা অমবু নেকউদো মাগী কুম্মৈবু য়েংসিদা হায়রবদা ককচিং ফম্নাইবা মখৈনা ফরে অদুদি ঙসিগা থানা কোরৌগী শিংবুম্ তরেৎনি শুবা ফাওবদা মৈনো মাগী লাম্বাবু ঐখোয়না থীগেদো ফংলবদি অকনবা মাগী কুম্মৈ য়েংসি হায়না লেপ্পরেদো, কক্চিং অহল মখৈনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী অথোইবা নিপা কনানো থীরকলেদো অসুম্না থীরকপনা পোইরৈ ব্রাংজিং লমদমদা কাওবা হায়না কোলোই মিংথোনবা থোইনা শাম্বা পাঙ্গলবুদি ফবা মীওই চাউদম শাংদম্বা মুক্লা কাংজৈদা থোইনাবুদি মমিং লৈবা অথোইবা নিপা অদু নেককে খল্লেদো, ককচিং অহলশিং চৎতুনা কাওবা মাবু উনরেদো চাইরেল মৈনো লাম্বা পাও হায়বদা ব্রাংজিং কাওবা হায়বা অথৌবা অদুসু থোইনবুদি চীংনদে লৈপাক কুম্মৈ তৌসি হায়না য়ানরেদো ব্রাংজিং কাওবা অসে চাইরেল মৈনো পানবা কোরৌগী নুমিৎ মঙানি চুপ্পা চনিংবতা চা মশা থাক্তুনা থম্মেদো কোরৌগী মঙানি শুবা নুমিৎতা ব্রাংজিং কাওবদো যাত্রগী ফিবু শেৎ কোয়েৎ ফৈয়েৎননা লৈরাং পরেং নীংথিবা হুকনা মরোই-মনাও লোইননা চাইরেল্ লাইবুং তম্ লাকইদো ব্রাংজিং কাওবা হায়বা অথৌবা অদুসু থোইনবুদি ফজৈদো য়েংবগী পেনবদি নাইদেদো মীয়াম্ লোইননা কাওবা মানা লাকপদো মীয়ামদুদগী মানা কোকতোনবুদি লিংখৎলিদো কাওবা মাবু লাকলে তাবদা চাইরেল অঙাং মখৈ থোক্লা য়েংনৈদো কাওবা মানা

থুংলবা চাইরেল লাইবুংদা পুংজাওবুদি থীনখিদো, চাইরেল মৈনো অকনবা যাত্রগী ফিবু শেংনা মমাংদা ঘোং পুজা তৌনা শ্বরবুদি য়েংনা ঙাইবনি স্বরগী অফবদা মৈনো অকনবদো খোংবুদি শাল্লক্লেদো ফজৈ নিংথিজৈ মৈনো যাত্রাদো য়েংবগী পেনবা নাইদেদো নাক য়েং ওইদা তম্বা অনিনা শেন্না মতুংদবু মুক্লারোইশিংবু ইল্লিদো মৈনো মাগী ফজবা ঐনা করম্নবু থাগনি ঐনা থাবনা মব্রাংলনি অকনবা মানা ফজবনা মহেল্লি, অকনবা মাগী ফজববু থাবদা ঐনা অসুম্না হায়নিংই, মৈনো অকনবা মাবু পোকপাদগী হৌনা উরক্লবা চাইরেল ফমনাইবশিংদো অকনবা মানা যাত্রাগী ফিবু শেং অঙৌবা লৈরাং পরেং ঙক্তাশি, অঙৌবা কোইয়েং ফৈয়েংন অকনবা মানা লাকপদো চাইরেল অহলশিংদো পোকঙৈদগী উদ্রিবগুম্‌ য়েংনৈদো, অমরোমদনা কমদৌরি চাইরেল লাইবুংদনা ব্রাজিং কাওবদো থাগংনৈদো অউবনা মপোক ফৈদা কাওবসে অসিননি অকনবা মৈনো মাবু পাগে হায়রিবসে পাবা য়াই তোপ তোপ্পা মগুন লৈ হায়না থাগংনৈদো চাইরেল্‌ লাইবুংদো মৈনো মানা চংলকপা হান্না থুংলবশিং অদুনা পুমলাং লাংইদো কাওবা মাবু থাগংনা লাংলম্বদো মৈনো মাবু উরকপা লাংলম্বা অদু নেমথখিদো ব্রাবু অমত্তা ঙাংনদেদো কনানা ফজৈ হায়ঙমদেদো অসুম্না অকনবা মৈনো মানা অসুম অসুম নকশিল্লকলগা মীয়ামদো তুমিন তুমিন লৈনৈদো মৈনো মানা লাইমাং য়ৌরদুনা চীংঙু খোইয়ুম মাবু খুরুমজৈ। মখা থংবা নাকন্দা চাইরেল্‌ মৈনো মুক্লারোইগা লোইননা ফমইদো, চাইরেল্‌ লাইবুংদা তিল্লিবা মীয়ামদো অকনবা অনিসি থাগংনবগী লোইবদি নাইদেদো য়েংবগীসু পেনবা নাইদেদো অসুম্না ঙাইহাক লাংলবা মতুংদা মুক্লারোইশিং থাজিন্নদুনা মুক্লা শান্নবা হৌহললেদো মুক্লারোই ১০ মুক শান্নরকপা ফাওবদা মীয়াম নীনবদো ফাথববুদি ঙমদ্রেদো চাইরেল ককচিং খুঙ্গং অনীগী অহলশিংনা হায়নরকলেদো যাত্রা অনী হান্নবু শান্নহল্লসি নত্রবদি মুক্লা য়েংফম খঙলরোই হায়নদুনা নাকল অনিমক য়ানরদুনা যাত্রা অনী কোন্নরো হায়না থাজিন্নরেদো, অকনবা অনিসি চীংঙু খোইয়ুম অনিবু খুরুমনৈদো, লাইবু খুরুম্নবা লোইরগা স্বরগী পুংফম য়েংনা চংশিন্নরকপা কয়াগী মত্কি ফজবা য়েংবগী পেনবদি নাইদেদো, তাইবং মপোক্তা থোইনাদি পাঙ্গলবা অনিসে অমনবু ব্রাংতেদো অমনবু হেনদেদো হায়নৈদো অনি অসিনা অসুম্‌ অসুম্‌ চংশিংন্নরকপা নকশিন্নরকপা অদুককী মতিক চাইরেল

মৈনো মানা ফজবা হেল্লকইদো চীংঙু মাগী মখুৎথা হৈরাং ওইবনা ফিবুদি পীনরে অকনবা অনীদো ব্রাংজিং কাওবা হায়বা অসিসু চহি কুমজা কয়ামুক্তা কাংজৈদা মাতনা থোই লাম্বাবুদি লৈতবনিদো ময়াই কাবা শামু লমশা পাংখকনি, অকনবা অনিসে, মীজাও শাজৎ তোপ-তোপ্পনি থোইনবু পাঙ্গল ফবা মহৌশা মাগী পুক্লিংদো চমইদো চাইরেল অহলশিংনা চাকয়াম চাবা অপংবা হায়না চৈবীদো মাগী চমজবা অদু মক্তনা কাওবা মানা মৈনোমাবু থাগে হায়না হোৎনজবা কয়াগী মতিক্ চেক্শিনজবা চাইরেল মৈনো মাদি মুক্লাসু হৈদেদো মাগী পাঙ্গল অদুমক্তনা মাগী অথোইবা বিদ্যানিদো কাওবা মানা চপখৎলক শান্না পঙ্গল য়েংগে খন্না চপ্পুরেদো মৈনো অকনবাদো মীনা হৌরকলবা অদুদদি মবুকনিংদা শাওর মাল্লে অমক্তংবু স্বর থীং শামান্ন-মাবু পান্থোমনা চপ চিংশিনবদা ব্রাংজিং কাওবদো খাংববুদি ঙমদেদো ময়াং কোন্না চংশিনখিদো অসুম্না চিংশিনখিবনা মৈনো মানা নমকোৎনানা সুপথেক্লনা থারেদো ফনা চাওবা কাওবদো মৈনো মানা মথক থং ননবদা কাওবা মাগী মকোক্লা অকনবা মাগী থবাক্তা সদল ওইনা শাফু ফংলবদা অকনবা মৈনোদো পংথরেদো মৈনো মানা পংথবা থোইনা পাঙ্গলবা কাওবনা অমূকপুদি মথক্ থং ওনখৎলিদো মৈনো মাবু করাংদা থম কয়াবুদি লুম্বা হায়না থাংগৎনা য়েংলমইদো লৈমাইদগী খুবাক অমারোম থাংগৎলকইদো মুক্লা শীনবা মখৈনা লাইজ খিকলেন চাইনা অকনবা মাবু লাইকননৈদো অকনবা মানা জ্ঞান তারকলাবা কান্দা চাইরেল নিংথৌ অমদি ককচিং ফমনাইবা মখৈনা মনাবুদি থাইদো মৈনো পোকপা তাইবোং চৌকিদারদো মচানা মুক্লা থারবদা মনাবুদি থাবা থোরকইদো মৈনো মঙোন্দগী হেন্না চাওবোই নিংইদো পাকপদি মানবু হেল্লি হায়নৈদো কাওবা অমদি মৈনো অনীসে মৈনো মানা খুদোল অহুম্বুদি ব্রাংবা হেল্লিদো শাবানবুদি ফজবা মৈনো মানা হেল্লিদো নোংশা শাবান্নীদো অসুম্না মনা থারগা মুক্লারোই অতৈদু শান্নহনদ্রেদো, ভাবোক্পুদি লৈররোই হায়না য়ানদুনা নুমিৎ অদুগী মুক্লা অদু লোইশিনখি, ককচিং মখৈসু ময়ুম মাইকৈ পাংনখিদো। চাইরেল মৈনো অকনবা ময়ুমগী লমদম্ থাদোক্লা মৈতৈ কোনুং পাংখিদো মৈতৈ কোনুং য়ৌবা কাল থোকখিবা থৌদোকপু মৈতৈ নিংথৌদা হঙ্গৎচৈ মৈতৈ নিংথৌনা মনাইনা মাইবু পাকপগী হরাওদুনা অকনবা করিবুদি পামবগে নংগী মনাবুদি পীগেদো হায়না হংলবদা

ইনিংথৌ ননাইনা করিবুদি পামগনি ননাইনা পাম্বা ইনিংথৌনা খঙবীরিবা অদু মঙাই হায়না হঙ্গৎলবদা অকনবা নংগী অসি শঙ্গোম খেরা চাগে অসিরানে হায়রবদা ঐজ্ঞ ননাইনা পামবদি অদুবু নত্তনা অতৈ করিবু পামগনি হারবদা নিংথৌনা নোকলদুনা ফরে অকনবা অদু ঐনা পীজগনি হায়দুনা মনাইগীদমক্ শঙ্গোম খেরবুদি হৌহল্লি, খের তেকচাও অমবু অকনবা মথন চাবনি মদুবু উরগা নিংথৌ পুক্লিং পেনজৈদো, মৈতৈ নিংথৌ মাগী শান্নপোৎ ওই অকনবা মাবু কোনুংদা লৈবা কাল নিংথৌ পুক্লিং নুংঙাইজৈ নিংথৌনা কোনুংদা অসুম্না থম্বসে অকনবা মাগী লাম্বা অমদি লৈবনি পাবোৎ ষনগী মতৌনি অকনবা অনিসি য়েংজরগা নিংথৌ পুক্লিং নুংঙাইজবনিদো অসুম্না চাইরেল্ মৈনো অকনবা মতম্বু খর কোনুংদা লৈরম্লগা ময়ুম চাইরেল্ লমদমদা চৎখিদো ময়ুম চাইরেল্ লমদম্ য়ৌবা কাল্ অকনবা মানা পামজবা থরো কৌবী নুজাদো হনজিননসি য়াদ্রবদা কোমলা কৌবী নুজা অমা অকোনবদা লৌরেদো নুজা অসিনা অকনবা মাগা পান্নবদা খ্বাইদগী কুইনা পান্নবা নুপীনি, খোইযুমগী নোংদম থীবনা অকনবা মাগী ধার চাইবেলদবু থনম্‌দেদো।

অসুম্না চাইরেলদা অকনবা মানা লৈরক্‌পা চহিগী কুমজা ওল্লকলেদো, কুম্বী কালেন শীন্ননা মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজনা অকনবা মনাইগী কুম্মৈ য়েংগে খন্ পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী খুঙ্গং খুঙ্গংদা পাওবু পীবেদো চাইরেল মৈনো ঐগী অকনববু লাম্বা পাবা ঙমগদবা লৈরবদি ঐঙোন্দা পাওবু পীয়ুদো মুক্না যাত্রা ওইনা শানসি লৈবাক্ কুম্মৈ তৌসি হায়রবদা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনা চেনথোকপা পাও অসিনা মৈতৈ লৈবাক্কী খুঙ্গং কয়াদা তানখরেদো অসুম্না পাও অসি তানরবদা, অৱাৎপা লৈতবা মৈতৈ লৈবাক্লিদো পোইরৈ নিংথৌখোং লমদমদা পোকপা কোলোইনা তুলোপমচা হায়না খঙনবা নিপা অসিনা চাইরেল মৈনো মাবু পাগে হায়না নিংথৌদা পাওবু পীরবদা নিংথৌ থৱাই নুঙাইজৈ ঐগী মৈতৈ লৈবাকসে অৱাৎপদি লৈতেদো হায়না চাওথোকচৈদো নিংথৌনা দোলাই পাবা থাদুনা চাইরেল মৈনো মঙোন্দা পাওবু পীরেদো নিংথৌখোং তুলোপমচা মাগা যাত্রা শান্নবা তারেদো মোইরাং থাংজিং লাইমাংদা শান্নগদবনি ঙসিগা থানা মঙানি শুবদা চাইরেল নখোইনা মোইরাং থাংজিং লাইবুংদা থুংলগদবনি,

হায়না পাওবু পীরেদো নিংথৌখোং কাংবুদসু অসুম্না পাওবু পীখ্রেদো কোরৌগী মঙানি শুবা নুমিৎতা চাইরেল নিংথৌখোং অনিসে ঙসিদি মুক্না যাত্রা শান্নগদবা নুমিৎনি হায়দুনা তরা চাকঙন চানদুনা মোইরাং থাংজিং লাইমাং তম্নরকলি, পোইরৈ মোইরাং খুঞ্জাশিংনা খুঙ্গং অনিগী মীবু তিল্লনি মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌ য়াওবনা মোইরাং ফম্নাইবা মখৈনা ফজনবা শেম শাখরেদো মৈতৈ নিংথৌসু তরা চাকঙন্ চাদুনা মনাই-মশল্ লোইননা পোইরৈ মোইরাং লমদমদা থুংখরেদো চাইরেল্ নিংথৌখোং খুঙ্গং অনিসু যাত্র মুক্নারোইগা লোইননা লাক্নরীদো, নিংথৌখোং তুলোপমচা হায়বা অসিসু থোইনবুদি ফজেগো য়েংবদা অৱাৎপবু লৈতে খল্লিদো অঙৌবা কোয়েৎ ফৈয়েৎ য়েৎ অঙৌবা লৈরাং পরেং শীনা মরোই-মনাও লোইননা লাক্পদো তোমথিন্ থোকপা থাজনি থাগৎনৈদো যাত্রা তুলোপমচা থাংজিং লাইমাংদা থুংলদুনা লৈবা কান্দা অউবা কয়ানা অথৌবা মাবু থাগৎনৈদো অসুম্না অউবা ভাবোক কয়ানা অথৌবা মাবু খাগৎনা চাইরেল মৈনো অকনবা মাবু ঙাইনরকপা মৈতৈ নিংথৌ চুরচান্দ মহারাজদো মনাই-অকনবা মানা লাক্কদবা মাইকৈদা নিংথৌ মিৎয়েং থমলকইদো নিংথৌনা লাংতক্না মনাইবু ঙাইরকপা চাইরেল মখৈসু থুংলরেদো চাইরেল মৈনো মানা মরোই-মনাও লোইননা মীয়াম মরক্তা অকনবা মানা লাকপাদো অরাপ্পদগী য়েংবদা অকনবা মাগী কোকতোন মান্নবা অতৈ কনাবু য়াওদেদো অপোকপা মহাক নত্তনা অসুম্না চাইরেল মৈনো অকনবা মানা থাংজিং লাইমাংদা থুংলবা কান্দা হান্না য়েংনরম্বা তুলোপমচাদো থোইনবুদি য়েংনিংদ্রেদো মাতা ওইরিঙৈ ফজবোই নিংলমইদো মাবু হেনবা অথোইবা অমা লাকলবা কান্দা অহেনবা অদুবু য়েংনিংবা হায়বা অসি মহৌশানি প্রজা ময়াম্না অকনবা অনীবু য়েংবা মাগী মাগী থোকপা থাগৎনরকপা নিংথৌ মাসু মাগী মনাই অকনবা চাইরেল মৈনো মানা ইচাও চাওনা নিংথৌ মাংদা থুংলরবা অদুদা মাগী পাম্বোম্নী খল্লগা মনাইবু য়েংলগা মোমোন-মোমোনবুদি নোকচৈদো মুক্না শীনবা মখৈনা নিংথৌ য়েংনা মপাওবুদি মৈঞ্জেদো অখন্নবা মুক্না ওইবনা ইনিংথৌ মুক্নারোই খরা অসি হান্নবুদি শান্নহনসি হায়না হঙ্গলবদা নিংথৌনা য়ারদুনা মুক্নারোই অখন্নবা মখৈদো শান্নহল্লিদো; মুক্নারোই অখন্নবা মখৈদো খরানা চাইরেলনা খরানা নিংথৌখোংনা অসুম্না থানখি মুক্না থাবা তুবা অনীম্ক মনাবুদি থানৈদো অসুম্না অয়েংবা ভাবোকতো

নুংঙাইবগী ইপাক্ত তাউনরিদো লৈবাক্ কুম্মৈ অসুক্ নুংঙাইরিঙৈ খঙ্‌হৌদনা নোংবু তারকপা কুম্মৈবু মপুং ফাখিদেদো নোংবু তারকলবা অদুদা নিংথৌনা অখননদা অনিগী কুম্মৈবু য়েংসি হায়না অকনবা অনি থাজিননরেদো অকনবা অনিনা থাজিং লাইবু খরুম্না মাগী মাগী স্বর য়েংনা চংশিন্দনা ফিবুদি পীনৈদো নিংথৌখোং তুলোপমচাসে চাইরেল মৈনো মাগা য়েংনবদা মানা খরা পীকইদো মুক্লাদি মইক্সরবনি, অদুবু বিদ্যা পুম্নাদগী পাঙ্গলনা অংহনবনি হায়বা অদু অকনবাসনা উৎলিদো চাইবেল মৈনো অকনবদো মীনা থৌদ্রি মখৈ মী শাওবা হৈতনা শান্না পাঙ্গল ফবা মহৌশানি মাগী অচম্বা ব্রাখল্ অদমক্তনা মরম ওইদনা তুলোপমচানা অকনবা মাগী অচেংবা য়েংদুনা চেপচিংবুদি চিংবদা নোং তাখিবগী খবাগা নানবনে অকনবা মানাগা থৌওইহৌদবনে, মখোঙ. খুকউ হাইফেংপুদি লৈপাক শোকখিদো মদুদা অকনবা অদু শাওরকলবা মাল্লি মাগী লৌদি অতৈবুদি লৈতেদো শুপথেক্লনা চিংশিল্লি অকনবা মানা চীংশিনবদা তুলোপমচাদো খাংবাদ য়াদ মৈনো মাংদা চীংশিন্ নমদুনা কোৎ মৈনো মানা মথক্ থং থারেদো মৈনো মানা মথক্ থং থারবসু মুক্লা শীনবা মখৈনা তুলোপমচানা থাবা শকই হায়রবদা মৈতৈ নিংথৌনা খুক্উ কুনবদি মুক্লা থাবা হায়বা য়াদে মদুদি লৈপাক নানবগীনি, নমদুনা মথক্ থংবা ঙম্বাবু মুক্লা থাবা কৌই হায়দুনা মীয়াম তানা ঐগী অকনবনা থারে হাযদুনা নিংথৌনা নোংমৈ অহুমলক্ কাপখরেদো নিংথৌনা হায়রবা অদুদাদ অতৈ কনাসু য়েংপা ঙম্নদ্রেদো, তশেংনা হায়রবদা মুক্লা থাবা হায়বা অসি নিংথৌনা হায়রিবা অসিনা অচুম্বনি হায়না ঐগী মোৎসু লৌজৈ শীংবা তান্নদুনা পাঙ্গল চাংয়েংনদুনা মখুৎ হেক নমহনবা অমদি খুকউ হেক কুলহনবা অসিনদি মুক্লা থাবা হাযনিংদে অদুবু মুক্লাগী নিয়োমদদি অসুম্না চৎনদে খুকউবু কুল্লবা, মখুৎপু শৌরবা অতুবা শক্কনি লোংখ্রৌ যেৎলগা মখাবু থংনা তুরবসু মাগী লৌনি হায়দুনা লোংখ্রৌনা থাবা শকহনবা মুক্লাগী নিয়োম্নি, মসিদি পাঙ্গলবুদি লৌশিংনা হেল্লে হায়বা ব্রানি তশেংবদি মুক্লা হায়বা অসিদি পাঙ্গল চাংয়েংবনি মসিগী ওন্না--তৈনবদা লৌশিং লৌমাননা থাবা অসিদি অচুম্বা ওইদে, অসুম্না নিংথৌনা মনাই মৈনোনা থারে হায়না নোংমৈ কাপখ্রগা মনা পীরেদো তরেৎ শেনজা থারেদো অসুম্না নুমিৎ অদুগী কুম্মৈ অদু লোইশিনখি। পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী নিংথৌসু ময়ুমগী মাইকৈ পাংখিদো চাইরেল মখৈসু অকনবা মাগা

লোয়ননা চাইরেল্ লমদম পাংলকখিদো মতম খরা লৈরগা চাইরেল্ল মৈনো অকনবদো স্না কোনুং কাখিদো অকনবা মানা মৈতৈ কংলা কাবদো মখোংনবু কাবনি শহি গদা পাই খাগিরং খোংগ্রাও অককপা শেৎ খাগি ফুরিৎপু লিৎনা কাবনি মৈতৈ কোনুং য়ৌরবদা মৈতৈ নিংথৌনা অকনবা নংনা মুক্লা যাত্র থাবগী ঙসিদি খের তেকচাও পীজগেদো হায়না নিংথৌনা মনাইবু খের তেকচাও অমা অকন্‌বা মাবু পীজৈদো অকন্‌বা মাগী মহৌশাগী খুৎশেম্ ফজবা অকনবা মাগী ফিভম্ উবদা নিংথৌ থোইনা পেনজৈদো অকনবা মানা কোনুংদা লৈবা কাল নিংথৌগী শান্নপোৎ পাংথকনি অকনবা মানা ঙাংথোরকপা তাবদা নিংথৌ পুক্লিং পেনজৈদো অসুম্না চাইরেল্ মৈনো অকনবদো কোনুংদা লৈনিংলে মনিংতম্ ময়ুম চাইরেল লমদমদা লৈরে নিংথৌমানা মরাকই নিংথৌনা অকনবা মনাই মাবু চীংঙু মাগী লাংওন অমনি খঙনা লুনবুদি তৌজৈদো পোইরে মৈতৈ লৈপাক্লদি চাওবনা ব্রাথোক্‌পুদি চাওইদো মতম্ অদুদা অশোংবা জঙ্গল য়াম্না লৈবনা শিংউৎ য়াংগেল, চোরোট ইবুদি য়াম্না হৌবা লমজাও য়াম্না লৈবনা য়ারৌ শাবু কল্লিদো খুঙ্গং অমগা অমগগী মরক্তা ফাওনরিবা লম্বীদো খোং লম্বী অমমম তমক লৈরমই নাইতোম্ চৎপদা নুপী অঙাংদি চৎনরমদেদো মরম অসিনা ব্রাংঙু নাপ্লা চিক্তা পাম্বা কৈবু চনখিবা অসিগী মতুংদা পাম্বা অনীরক অমসু চনখিদো লৈবাক মীয়াম চঙনা কুম্মৈ পাংথক ওইনা পাম্বা চনবদো অনীরকশুবদা নিংথৌদা পাওবু লাকক্তুনা পাম্বা চননবা কৈপল শাদুনা খুনজা মখৈ থাজিনবদা কৈপল নুংদবু চংলবা চাইরেল খুঞ্জাতনা মাঙবু থাহনখিদো অশোংবা নারক্ ওইবনা মাঙবু থাবা কীনৈদো মীনবু কীনবা মাইকেদো চাইরেল্ খুঙ্গং মাগী শরুকপুদি ওইদো, খুঙ্গং খুঙ্গং পানাবা মীবুদি হাপইদো নিংথৌ মানা অসুম্না চাইরেলনা মাঙবু থাদুনা পাম্বা মাবু থীরকপা কোরৌ মৈশা কনবনা মরম ওইদুনা চাইরেল অহল অমনা লাইজ ইখৌ লাংলদুনা তুরেল ময়া নকলকলবদা লাইজ ঈশিং থকপা কুমথখিবদা চাইরেল মায়ামদো অহলদুবু ঙাইবা ওইনা হাইফেৎতংবু লেপকক্ তৌবদা চাইরেল খুঞ্জা পানরিবা নিংথৌ মনাই অথৌবদো নৎত ব্রাঙাং মনিং তম্ চাইরেল প্রজা য়েংনা নথিবোং পানদেদা করিগীনো চাইরেলগী পলনা কোপ্‌থারিবসে হায়না হংলবদা চাইরেল্ অহল মখৈনা মী অমা ঈশিংবুদি থকলি মরমসিনা কোপ্‌থবনি হায়না খুম্বদি তাদনা অথৌবা মানা নিংথৌনা চানবা

মনাইনি হায়না হায়নিংবা মনিংতম্না থকশি খশি নাইদনা ঙাংলবদা লাইজ ঈশিং থক্‌লিবা অহলদো তুরেলদগী কারকপা তাঞ্জাদা ঙংনরিবা অদু তারেদো, তাবা নুংঙাইরকত্রদুনা ঙাইখো চাইরেল অহলশিং হৌজিক্‌ চাইরেল্‌ ঐখোয়বু পাংদে হায়না ঙাংইবদো থৌনা ফবা কনানো লৈবাক্‌ মচাশা কৈবু চনবা তোক্লসি মীবু ওইনা হান্না চনসিদো কনানো হায়না লাউদুনা থীরকলবা কান্দা চাইরেল খুঙ্গংগী মরিংজেল নীংথিনা খঙলবা নিংথৌ মনাইদো খুম্ববুদি তৌদেদো অদুবু কৈপল্‌ নুংদা লৈরিবা প্রজা য়েংনা হৌজিক্তা ঙাংখিবদো কনানো হায়না তোইনা হংলবদা নিংথৌ মনাইদো খাঙবা য়াদ চেল্লেদো নিংথৌ মাগী নাক্তা নিংথৌ মাগী নাক্‌ য়ৌবাফাও অহলদুসু তান্নবা তোকপা লৈতেদো নিংথৌদবু হঙ্গৎনৈদো নিংথৌ স্না নাক্তা চাইরেল্‌ মৈনো অকনবদো নিংথৌ থৌগল তৌনা লৈরমইদো চাইরেল অহল অদুনা উশিং থৌওইদেদো ইনিংথৌ চাইরেল ঐখোয়বু অসুম্না ঙাংবা অসিদি পাম্বা কোন্না চনসি হান্না মীবু চনখিগে হায়না চাইরেল্‌ অহল অদু শাওরবদা নিংথৌনা অহল অদু শাওরে খঙলদুনা মনাই অদুবু য়েংনা থীনবুদি চৈখিদো অহল্‌ অদু য়েংনা মৈনো মানা কীদুনা চেল্লবা মী হাৎকে হায়বা অসিদি অশিবা মনদা ফুবগুম্বনি চেনদনা মাইয়োক য়ারবদি হাৎকে হাৎনৌ কুম্মৈদুদি ঐখোয়সু য়েংনিংবনি অদুদা অমনা চেল্লবনিনা অচেনবা মীবু হাৎপদি য়াদেদো চৎলো পাম্বা কৈবু চাইরেলনা ফারগা নিংথৌদবু কৎসি হায়না থেমজিল্লদুনা চাইরেল অহলদো মাগী পল্লকতা চৎখ্রেদো অসুম্না পাম্বা অদুসু চাইরেল লৈবা মাইকৈদা হেক্তা মথেংনৈ অমারোমদা হেক্তা মচেল্লি অসুম্না পাম্বা অদুসু নিংথৌনা লৈবাক প্রজা ব্লানরকলবদা নোংমৈনা কাপ্তুনা পাম্বা অদুবু ফাখিদো, পাম্বা অদুবু নিংথৌনা কাপলবদা চাইরেল্‌ মৈনোদা ওনশিন্দুনা অকনবা কৈ কনানা ফাখ্রে হায়না হংলবদা ঐজ্ঞা ননাইনা ফাজবনি ইনিংথৌনা হাৎপনি হায়না খুমখিদো, নিংথৌনা ঐগী অকনবনা শা ফাবে, হায়না লাউথোকখি, পাম্বা অদুবু পুদুনা লৈবাক্‌ প্রজা বীদাই তৌরম্লগা চাইরেল মৈনো অকনবা মাগা লোইননা ময়ূম কোনুং য়ৌখিদো, অসুম্না নিংথৌদো লৈবাক্‌ প্রজা লোইননা নুংঙাইনা পাল্লক্‌পা মতমবু খরা লৈরগা চাংঙু খোইয়ুম নোংদম্‌ কনখিবনা বিলাতকী বরলাড সহেব্‌না মৈতৈ নিংথৌদা চিঠিগী চাজুম অমা থাবকলেদো চিঠিগী মরোলদি মৈতৈ লৈবাক্কী অকনবগা বৃটিশ ঐখোয়গী অকন্‌বগা মন্ন যুধ থেংনহনসি তরেৎকী শেনজা

থানসি নখোই মৈতৈ লৈবাকতি অকনবা অথৌবা পোকপা লমদমনি বৃটিশ ঐখোয়গী অথোইবা নিপা অসিগী লাম্বা পীয়ু মনবু থেংনগদবা মফমদি বিলাট ঐখোয়গী লৈবাক্ত থেংনশি হায়না চিঠিগী চাজুম থাবকলেদো বড়লাড্‌কী চিঠি ফংবদা নিংথৌ থরাই নুংঙাইত্রেদো ওথোক্কা উশিত্তবা মিৎয়েংনা মৈতৈ ঐখোয়বু য়েংইদা খল্লুবা নিংথৌ পুক্লিং নুংঙাইতে অদুবু নিংথৌনা পাত্র মন্ত্রি য়েংদুনা ৱাতানরেদো পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী অকনবা কনানা বিলাটকী অকনবদি পাগে হায়না হংলবদা মৈতৈ লৈবাক্কী অকনবা কনানা পাগে খুমদ্রেদো মতম অদুদা চাইরেল মৈনো অকনবা, নিংথৌনা থরাই নুংঙাইরক্তবা অদু উববদা ইনিংথৌ মৈতৈ লৈবাক্কী অকনবা কনানা বিলাটকী অকনববু পাগে হায়গদগেনে ইনিংথৌনা মৈতৈ লৈবাক্কী খ্বাইদগী অশোনবা অমদা নং লাম্বা অসি পাদবা য়াদে হায়রবা ইনিংথৌনবু স্না য়াথং তাকপিরবা বিলাটকী অকনবা অমা অদু নত্তেদা অকনবা চাম্ম-চাম্মা পাগনি হায়না হঙ্ৎলবদা নিংথৌনা পুক্লিং পেল্লদুনা অকনবা নংতনিদা, নিংথৌ ঐনা অকনবা নংবু অমুক্তা কোনগেদো হায়না নিংথৌনা মনাইবু কোনবীখি, অকনবা নংনবু নৎতনা লাম্বা অসে পানবা লৈতেদো অদুনা অকনবা ঙসিদগী মঙানি শুবা নুমিৎতা বিলাট লমদম্ চৎপা তাই, অকনবা ননিং তম্না চানিংবতা চা লৈযুদো হায়না মনাইবু থাক্কুনা থমখ্রেদো; মৈতৈ লৈবাক্কী অথোইবা পণ্ডিৎনা অফবা যাত্রগী পুংফম খোৎতুনা পীরেদো লৈবাক প্রজা য়েংনা নিংথৌনা কোলোইগী মপাও লাওখেদো হন্দক্ বিলাট লমদমদা চৎপাসে মৈতৈগী অখন্নবা মীওই চাম্মানা টিমবু শাবগা চৎসিদো হায়না নিংথৌগী অখন্নবা মীওই চাম্ম খন্দুনা বিলাট চৎননবা শেম শারেদো বিলাট চৎকদবা নুমিৎতো শ্রীগোবিন্দ লাইশংদা উসবপু চাউনা কৎলেদো গোবিন্দগী নির্মল ফংজরেদো মৈতৈ অখন্নবা মীওই চাম্মাসে হুইয়েন-লানবু চৎপা পাংখকনি মৈতৈ লাম্মী অথোইবা তম্বানিপা চাম্মানা চরৈ ফিঙৌ শেৎনা মাগী মাগী খুৎশু-খুৎলাইগা লোইননা শাজোন্ তৌরকপা কয়াগী মতিক ফজবা ঐনা থাবনা মৱাৎলনি, মৈতৈ নিংথৌসু হুইয়েন্ লান্দা শীজিন্নবা য়াবা খুৎশু-খুৎলাইবুদি পুইদো করিগুম্বদা য়ানদবা মতাং ওইরবদি খুৎপু থোক্লবা য়াই খন্দুনা শেম্ শাদুনা চৎলিদো অসুম্না লাকপনা বিলাটকী লৈবাক্ য়ৌখিদো বিলাটকী বড়লাট সাসেবনা মৈতৈ নিংথৌ অমদি প্রজা থুংলবদা লৈননবা জগা পিখ্রেদো

মৈতৈ প্রজা পুম্নমক নোংলেন্ অহিংদুবু মবুংঙোগী নাম্বু শোন্দুনা লেনখিদো নোংলেন অহিংদুবু লেনলগা বড়লাড সাহেবনা অকনবা অনিনা মন্ থেংনগদৌরিবা মফমদো শেমবু শবা লোইখ্রেদো মৈতৈ তেঙ্গোল্ পুল্লপ্পবু লৈদো বৃটিশকী মীয়াম্না লমজাও অদু পুমথন্ থনখ্রেদো ব্রিটিশকী অথোইবা নিপাদো থোইনবুদি ফজৈদো শবান্ মুর্ত্তি নিংথিজৈদো কনগদবা মাল্লিদো বড়লাড শাহেবনা মৈতৈ নিংথৌ য়েংদুনা নিংথৌ নংগী অকনবগা ঐগী অকনবগা মল্ল-যুধ থেংনবদা তরেৎকী শেনজা থানসি অঙম্বনা হাৎনহনসি হায়না হায়রকলবদা মৈতৈ নিংথৌদো পাইমা পুক্লিং নুঙাইতে ওস্থোক্লা হন্থনা খনখ্রেদা খল্লুবদা মীনা লাকচবা য়াদবা মৈতৈগী ঈনিনা ফরে বড়লাড সাহেব তরেৎ শেনজা থানসি অঙম্বানা য়াইবী থবাই লৌনহনশি হায়না য়ানরবদা নিংথৌনা অকনবা মাবু ফিবুদি শেমহনলেদো নিংথৌনা অঙাংবা য়ুবু লিক্লি অমা পিথক্লেদো য়ুবু থক্লবা কানদা নিংথৌনা অকনবা ঙসিদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্লা পোম্থনি য়াইবী থবাই পাম্মুফদেদো নংবু মীনা ঙমখিবা থোক্লবা নিংথৌ ঐনা কনবা ঙমলোইদো শামান্নবা লানথেংনবদা মীচং কনা য়াওনদনা থেংনগদৌরীবনিদো নংগী-নংগী হৈনবা তৌবদা কনানা অথিংবদি লৈরোইদো হায়না মনাইদা তাকপিরেদো নিংথৌ মনাই অকনবদো মপু য়াথং ফংবদা অয়াং লৈমা পাম্বোইবীবু অসুম্না খুরুমজরক্লেদো অয়াং লৈমা পাম্বোইবী ইমাও নংদি মালংগী নুংশিৎওই য়ৌনিংবদা য়ৌঙম্বী হুইয়েন্ লাম্বা পাবদা থোই হায়বগী পাম্বোইবী কোলোইনি ইমা নংনা মালং নুংশিৎ ওই ননাইগী, হুইয়েন লানবাংবিয়ু শাম্বা পাঙ্গল থোইববু পীনবীয়ু হায়না মমাবু খুরুমজরেদো মনবু থেংনগদৌরীবা মখোয় অনি চংশিন্নরেদো নিংথৌ মনাই অকনবদো মপোকঙৈগী য়ুবু থকত্রিদো অঙাংবা য়ুবু থকপদো অকনবা মানা ঈবুদি পীথকই হায়না খল্লিদো অসুম্না অকনবা অনীদো ময়াইকাবা শামু কাংখকনি চাগদবগুম য়েংনবা অমনা অমাগী অশোইবা য়েংনবা বৃটিশগী মন্‌বু বালাদো থোইনবুদি হৈবনি কুষ্টিবুদি পামজবনি মানা অকনবা মাগী মখোঙ য়েৎকী খোঙনমদা খোংবীনা চোংশিন্দুনা নমদুনা লৈবদা অথোৎপা লফুদা হুইবু থাগুমই অকনবা খোংনমদো ঈনা পুমঙাং ঙাংইদো চাইরেল্ মৈনো অকন্‌বদো থোইনবুদি শাওখিদো, অদুবু অকনবা মানা শাওজবতনি অথৌবা মানা তৌনিংবতা তৌ অঙাং মচা পাগুমইদো লালওংহৈবা বৃষ্টিশকী অথোইবদো

অথোই নাপল কানা মীয়াম্ মমাংদা অথোইবা মানা তৌনিংবতা তৌগুমই চাইরেল মৈনো অকনবা মতৌদা বৃটিশ মখৈনা থাকনা থাকনাবুদি নোকইদো তরেৎ শেনজা থানবা মথক্তা য়াইবী থব্রাই মাংলনি খন বৃটিশ মখৈদো হরাও মথোই কাইদো মৈতৈ লাম্মী ময়ামদো মাইথোংলৈদা লুকলকইদো মৈতৈ নিংথৌদো মনাইবু মীনা লাকচবা কুম্মৈবুদি য়েংনিংদে মচিন থোকনা হায়রকলেদো অকনবা নংগী হৈনবী তৌরোনা হায়না হায়রকলবদা চৈনা ফংনা শাওরবা মৈনো অকনবদো মমিৎ কোরি ঙাং কনাবুদি উদেদো য়ুনা ময়াই কারকপা শাথিনা চৈনা ফংলকলবা অকনবা মানা মাগী লাম্বা মাবু নমদুনা ফারগে য়াইবী থব্রাই লৌরগে খন্ ঙমদ্রগা ঐসু মখুৎতা য়াইবী মাংলগে খন্না শামু লমশা মওংনি নোমহৌ নোমহৌনা চোংলকপা খঙহৌদনা শাফু কন্না চোংশিল্লকপা বৃটিশ্ অথোইবদো চোংথোকপবুদি ঙমখিদে মৈনো মানা নমদুনা ফাখিদো অকনবা মানা অথৌবদুবু ফারবা কাল মৈতৈ হুইয়েন্ লালওং মুক্লাদো মাগী হৈনবী তৌরকলে মুক্লা হায়বদো বৃটিশ্ মখোইদি খঙদেদো মৈনো মানা থাংগৎলকপা বৃটিশকী অথোইবদো মখুৎ-মখোং তিংথোক্লা মালেমদবু তারকপা লৈথোক্কনি খন লৈরকপা মিংনা কুপ্লদা অকনবা মানা মালেমদা থাদরকপা অথৌবা মাদি লৈথোকপদি ঙমদে মৈনো মানা মথক থং নমদুনা থমলবদা অথৌবা মানা ওনখৎকে হায়না হোৎনরকপা তাঞ্জা চানা মৈনো মানা অকনবা মাবু উপহনলেদো নমগলথক্তা খুক্উনা নম্ মখুৎ ফানা থমলকলেদো য়াইবী থব্রাই পোম্থা ওইবনা বৃটিশকী বঙলাডতো থব্রাইবুদি ব্রারকলেদো অকনবা মানা য়াইবী থব্রাই তেমশিংনা বিটিশকী অথৌবা অদুগী মকোক্‌পুদি পাইনা মঙক্ থৎলগে থৌরাংলকলেদো বৃটিশ বরলাড সাহেবতো মৈতৈ নিংথৌ য়েংনা নিংথৌ নংগী অকনবনা ঙমমেদো মথব্রাইদি হাৎহল্লনু হায়নখিবদি হাৎনহনবনি অদুবু শিবগা মান্নরবা মাইথিবনি হায়না তকশিল্লকলবদা মৈনো অকনবা মাদি শাওবনা মরম ওই অথৌবা মকোক পাইনা লৈথৎলগে তৌরকপা নিংথৌ হাৎখিবনা হানবা তারে হায়না ফমফমদগী হৌগৎনা অকনবা নাকতা চং অকনবা মথাব্রাইদি কনবীয়ু হায়না নিংথৌনা অহুমলক্ হায়রবদা অকনবা য়ানিংদ মকোক পাইনা লৈবদি হৌরকলেদো নিংথৌনা অকনবা নংনা ঙমলে খঙলবা খুৎ হন্‌লকলরোইদবা মীদা অকনবা পাঙ্গল উৎপদি পাংদবতনা তৌগদবনি হায়না

মনাইগী মশা শগল পাইনা খামমেদো অকনবা মাবু নমদুনা মনংগন্দা ফমলিঁগৌদগী নমদুনা চিংখৎলেদো অকন্বা য়ানিংদনা হৌগৎখিদো। নিংথৌনা মনাইবু মৈতৈ লাম্নী মরক্তা পুশিন মনাইবু থমখিদো বৃটিশকী অথৌবা অদুসু বৃটিশ মখৈনা পুশিনখি, তরেৎ শেনজা নিংথৌনা লৌ বড়লাড্গা বিদাই তৌনদুনা পোইরে মৈতৈ লৈবাক্ পাংনা খোংশানলক্খিদো। মৈতৈ অকনবা শিংনা চাইরেল্ মৈনো মাবু থাগৎখিদো, নিংথৌনা মৈতৈ কোনুং য়ৌরবদা অকন্বা নংনা মৈতৈগী লৈবাক্ কল্লেদো নংনবু পাম্বা হায়য়ুদো করিনা মনা ওইনা পীগনি অকনবা নংঙোন্দা ঐনা পীবনা মরাৎলনি হায়না মনাইবু থাগৎপিরবদা চাইরেল মৈনো মাদি মীজাওনা পংই হায়বগুম্ তরেৎ শেনজা পামদেদো স্নাবুদি পামদে ইনিংথৌ ননাইনা পামজবদি ইনিংথৌ ননাইগী ইমানা থোংবা তরা চাকলুকতো ননাই চানিংলে হায়না অকনবা মানা হায়রবদা নিংথৌনা অদুদি অকনবা ঐ থীল্হনগে হায়দুনা নিংথৌনা জিপ্তা তোংহন্দুনা থীলহনলেদো ময়ুম চাইরেল্ লমদমদা অকনবা অদু লৈহৌরে, চাইরেল্ মৈনো অকনবনা তৌরম্বা থবকশিংদি শেল তোনখিবা মীওইশিংদগী, শেনবুনা অকনবা মাবু নেক্তুনা লৌথোকহল্লি, শা-ষণ হুরানবা মীওইশিংগী মখুত্তগী শা-ষণ খুদক্তা নমদুনা লৌরগা ষণবুদা পীথোকপি। বিলাত মহারানীগী অকনবা মঙোন্দগী খুদুপ অমা হেনবা মাবুসু চাইরেল্ মৈনো অকনবা মানা দিলিদা থৌরি চীংনবদা ঙমবদগী, মহারানীনা মাগী অকনবা অদুদা পিনবা পুরকপা তক্কমান অদু চাইরেল্ মৈনো অকনবদা মানা ওইনা পিরকখি। চুরাচান্দ মহারাজনা মাই পাকপগী তরেৎ শেঞ্জা ফংলকখি অসুম্না অকনবা মানা চুরচান্দ মহারাজনা খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দগী ১৯৪১ ফাওবা চহি ৫০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঁগৌদগী লোইনরকপনা মজা ইবুংঙো বোধচন্দ্র স্না হাকথক্ ফাওবা থৌগল্ ফংজখিদো, মশাগী চহি ৬৫ দা মহাক্ নোংগখি। অদুগা হৌজিক পাঙন্তাবীনা খুন্দারিবা মফম অসি খুন্দদ্রিঁগৌদা চাইরেলনা মফম অসিবু খিক্লোই হুইখোঙলোক্ হায়না খঙনরম্মী মফমসিদা অহানবা ওইনা খেলাখোঙদগী পাঙন্ চাওতোননা হান্না খুন্দারম্মী, মহাক্ হুরানবনি, চাইরেলগী পুনানদোগা মতাও শান্নরম্মী, পাঙন চাওতোননা চাইরেলগী ষন্ পুম্বা হুরান হুরান্দুনা য়োনবা অমদি নুপী অঙাংদগী পোৎ মুনবা তৌরম্মী মদু খংলকপদগী চাইরেল খুন্না মাবু য়াম্না শাওনরম্মী মফম অসিদা লৈবা য়ারোই হায়না তাল্লম্ই

চাওতোন্‌না মফম অদুদা লৈবা য়াররোই খংদুনা মতাও পুনানদো কৌদুনা লৌ পরী অহুমগা ইরোই্ লাবা অমগা মপীমচা অহুমগা পীরম্বী। মফম্ অসিদা পাঙন চাওতোননা মাগী নুপী অঙাংগা লোয়ননা লৈরিঙৈদা চাইরেলগী তরেৎ খুৎনা অহিংদা চৎতুনা থীবদা মাগী ইম্খোলগী ব্রাদা কাদুনা লোৎলম্বদগী তরেৎ খুৎনা তানা থিনদুনা হাৎখি। অসুম্না পাঙন চাওতোনগী নুপী অঙাংশিং অদু তানখি অদুগী নুমিৎ অদুদগী মফম অসিবু পাঙন তানখি হায়দুনা পাঙন্তাবী কৌখি। মফম অসিদা চাইরেলগী পুনানদোনা নুপী অঙাংগা লোয়ননা লৈদুনা খুন্দাবা হৌখি পুনানদোগী মচা নুপা মরিনি মখোয় অদুদি (১) সোরোখাইবম্ লুকতাসিং (২) গৌরবীধু (৩) থম্বাল (৪) তোমচৌ অসিনি অদুগা মচা নুপি অহুমদি (১) তাখেললৈমা (২) তোমবেম্মা (৩) তোম্বী অসিনি। চাইরেলগী তরেৎ খুৎকী মমিংদী (১) সোরোকখাইবক তোমপাপু (২) নাওরেম্ হেরাসিং (৩) লাইশ্রম নোরো (৪) লাইশ্রম হাজুরসিংহ (৫) লাইশ্রম খেমাতোসিংহ (৬) সোরোখাইবম্ মোহোরী (৭) মোইরাংথেম অচৌ-সিংহ অসিনি। পঙন্তাবীদা চাইরেল পুনানদোনা হৌদুনা খুন্দাবা হৌখিবসি খৃষ্টাব্দ ১৯৩০ অদুব্রাইদগীনি।

চাইরেলগী হুইদ্রাওবীগী মমিং চাইরেল্‌না তৌজেং পনদোল ব্রাংপোকপী হাইরম্মী। অহিংদা খোংনা লাওনা লাকই হায়দুনা নোংয়াইখোং কৌই। অহিংদা মুনা মমনা লাকই হায়বগী মুহিং খোং কৌই। ঙাইহাক্তং পল্লমই হায়বগী পংনা লৈরম্মী হায়বগী অপং খোং কৌই। উক্রোং লাইরমদা কারগা মিশি পলদা কাখি। হুইখোঙলোক্কী মরুদা থুমখোং লৈ মদুদগী থুম শুংলগা চারম্মী। চাইরেলগী কোম্বৌজম্ ধোনসিংশু থুম শুংবা য়াওহৌই।

## মপালশুবদা পানবা নিংথৌ ঃ

সোরোখাইবম্ হেরাসিংনা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৪ অদুৱাহৈদগী খৃষ্টাব্দ ১৯৭৯ অদুৱাই ফাওবা চাইরেলগী নিংথৌ ওইদুনা পানখি। লাইশ্রম তোমানগা মহাক্কা নিংথৌগী ফম্ মুন্নরম্মী। লাইশ্রম তোমাননা লৈখিদ্রবদা হেরাশিংহনা লাইশ্রম্ নিংঙোল লাশমতোন পাননদুনা গোপাল্ পোকই অসুম্না চহি ২৫ মুক নিংথৌ ওইদুনা হেরানা পাল্লমলগা নোঙ্গাখি।

## তরাশুবদা পানবা নিংথৌ ঃ

নাওরেম্ ফাইবোক অমদি মোইরাংথেম্ ইবোতোনগা চাইরেলগী নিংথৌ ফম মুন্নাখি। অসুম্না মুন্নরকপনা ইবোতোননা লৈখিদ্রবদা ফাইবোক্কা খৃষ্টাব্দ ১৯৮০ অদুৱাইদগী কৃষ্টাব্দ ১৯৯২ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পানখি।

## তরামাথোইশুবদা পানবা নিংথৌ ঃ

লাইশ্রম মনিচৌবানা খৃষ্টাব্দ ১৯৯৩ দগী খৃ:........... ফাওবা নিংথৌ ওইনা পানখি। মহাকনা পানবা মতমদা চাইরেল অহল্লুপ্ চাইরেল নহারুপ অনী অসি তোঙান তোঙান লাই হারাওবা হৌখি। ইমা পান্থোইবীগী খুভম্ অমদি লাইগী সমপতি মুন্নবদা চাইরেল্ অহল্লুপনা শাবা শংলেনশিং চাইরেল্ নহারুপনা মৈ থাখি। মমৈদা অহল্লুপ নহারুপ য়াশিন্নদুনা অনী থোক্লা খায়দোকনদুনা লাইগী সমপতি য়েন্নখি।

— লোইরবা —